# লমজা পরশুরাম



ইজব

শ্রী জি, সি তোংব্র

যামিণী সুন্দর গোল্ড মেদালিষ্ট,

হেদ ওফ মণিপুরী ডিপার্টমেণ্ট, ইম্ফাল কলেজ।

মমল লুপা ৩·০০

# লীলা মা

১। পরশুরাম ( মমিং থর শেপ্পী ) চহি ৮০

২। লৈবাক্লে ১গি মমা মেত্রিক ফেল ৩৫

৩। থম্বাঙ্গাও „ মাম ৪১

৪। বিক্রমসিং „ মপা M. A. Bar-at-Law ৩৯

৫। চন্দ্রকান্ত সিংহ ( S. P. ) B. A. ৪০

৬। ইন্দ্রাণী স্নুংশিবী মেত্রিক, ছাত্রী ১৬

৭। সনাজাওবী ( 2nd wife of No. 4 ) ৩৪

৮। কাহ্ন'ই Head Master B. Sc. ৪১

৯। কাক্লৈ ( লংজা ১গি মরূপ ১৯

১০। তোমাল ( লমহুই ) „ ১৯

১১। (ক) অঙাং পরশুবাম—চহি ৫

১২ (খ) লমহেনব পাগড মচা থর

১৩। (গ) পুলিশ অনী।

১৪। (ঘ) নিংথৌ—৪গি মীনাই।



# লমজা পরশুরাম

## অহানব মতাং

## আহনব উপ

স্কুল অমস্তুং কলেজ চংনব লম্বী অনী ফাংনভমদ, থুমিদাংবাই, দরবাব মেম্বর ওইবগ্ন থম্বৌগি অমত্ত ডায়জব মচা বিক্রমসিংহন পায়জামা অমস্তুং খুদাং লাওবী অভোবদ waist coat অভোবী নম্নগ কেবহুন একাগাড়ী অহনব অম হন্দুন মী কোইয়েং য়েংহুন চংলি। মাভদ, য়েত্ত-ওয়দ থিরির মী ফংদহুন চংথি। তুংদগি কাহ্নাই B. Sc ছাত্রন Science কি Piactical Exeicise Book অম পায়হুন কৌরকই। মতমসি বিক্রম চহী কুনলোম শুরে, 3rd year B. A. তম্মি। অনীশুব লাঞ্জাও মমাভদনি; March থাগি লোইরমদাইদ থোকপ থৌদোক্লি।

কাহ্নাই : কনা মাওথিহুন থিবিরিবনো বিক্রম বাবু ?

বিক্রম : কাহ্নাই বাবু, Practical class য়াওবিরুরাও ? থর রাবিযু Scintist অম ওইবিদোরিবনিন।

কা : য়ায় লাংতক্নন থিরিববু কনাবুনো ?

বি : Biology গি experiment অমগিদমক ঐগি Pantner অমবু শা অমত্তং ফ'রুচো থাজখিব, স্কুল লম্বীগ কলেজ লম্বীগ ফাংনবসিদ উনসি ঙাওনখিবনি, উত্রহুন খিজরম্মিবনি।

কা : B. A. গি History Politics লৌব ছাত্রবু Biology গি experiment দরকার ওইব্রাও ?

বি : বন্ধুখোয়গুম্ব মরম ওকপ ছাত্রদি ভাব তারোইদ, experiment অসি Art লৌব লৌদব, Science লৌব লৌদব পাখঙ ফারব ছাত্র খুদিংমক চাং যেংদব য়াদ্রবনি।

কা : ও : ভাব তাজরে, মখোয়গি পরীক্ষা লোইখ্রবীত্ব নত্রাও ?

বি : মানি বন্ধু, ঈশ্বরগি কৃপান মহাক পরীক্ষাদ নিংথিন ইথিদ্রে। শোয়দন fail ওইরনি হায়ব তাবে।

কা : করি য়ানোনে, বন্ধুন Private অহুক থরাই য়াওন জম্বিবহু কায়দ্রে।

বি : ঐদি মাবু পাশ ওইনবতম্বিব নত্তে, ফেল ওইহল্লগ কান্ননি হায়হুন .....(নোকফেং)

কা : ঈশ্বরন চানবিহুন fail ওইদোরব ? (নোকই)

বি : খঙদ্রে, Experiment তা ঈশ্বরন করি তম্মিগবা।

কা : ঐখোয়সু লাই নীংজগে। (চৎমিন্নখি)

(মেট্রিক থাখিবত ডায়রিবী লৈবাক্লে অমসুং B. A. 3rd yr. তম্মিব চন্দ্রকান্ত সিংহ য়ারী শাহুন লাকই। হেক উবদ মখোয়নিমক মশা নাল্লবসু লায়রব মচা ডাক্তনি হায়ব ফিজেং চাকচাদম্পি খঙব ঙমই।)

চন্দ্রকান্ত : মাইবী শেগ ভল্লুববু করি হায়রকপগে ?

লৈবাক্লৈ : পরীক্ষাদি ফেল ওইনি ; নমিংদি চৎলু হায়ব লৈ হায়রকই।

চ : মাইবীন পরীক্ষা fail ওইনি হায়রগবু থাজরব্রাও ? করম্ম ইথিবগে ?

লৈ : English ক অঙ্কগ য়াম্ন ফংথিদে, fail ওইরকপ তাই।

চ : কনান ওইহল্লিব fail নো খঙলব্রা লৈবাক্লৈ ?

লৈ : মীননি, নঙন নত্তে। মী অতৈস্পু নত্তে, নঙগি Private ওঝা বিক্রম সিংহ বদমাস তুননি।

লৈ : কদায়দেনো দাদা, হায়হৈদে, ওঝাদ তাইনব হৌনদে।

চন্দ্র : No, চন্দ্রকান্ত ঐন য়াশক্তুন হায়রিবসিনি, বিক্রম্ম নঙবু পরীক্ষা ফেল ওইহনবনি। মহুগি লমন মহাক্ল শিংগদবনি। নঙবু ফেল ওইহনবগি ক্ষতিপুরণ মথক্ত তানগদবনি।

লৈ : করি য়ানো দাদা ; মীগি মেম্বর অচৌবতুগি মচাহুদ করম্ম তাইনরুগদগে ? ছাত্রন ফেল ওইরগ ওঝাদ তাইনরবদি তুংদ কনামত্ত প্রাইভেট তম্বিয়ু য়ানথরোই।

চন্দ্র : য়ানদ্রগ তোকচসম্ন, তাইনদব য়ারোই। ছাত্রীবু প্রাইভেট তম্বিরগ করিগিনো মহাক্ল লালাদ, সিনেমাদ, বারুণী কাবদ পুত্তুন চৎলিবো ? ( লৈবাক্লৈ ইকাইজত্নন মমায় লোৎলি ) লায়রব ঐন প্রাইভেট তম্বিরবদি নঙ ফেল ওইগদ্রাও ? প্রাইভেট ওঝাবু লায়রব ইনাক্খুনব নঙন থায়রুবগি মহৈন হন্দক নঙ ফেল ওইদোরিবসিনি। নথোই তাচৌন

নঙ্গোন্দ প্রাইভেট ওঝা কনা পাম্বগে হংবদ ম¯ন ইনাকখুনব
মচা বিক্রম খনখিব নত্রা ? ( মপি তৈথোকশিন্নৈ )

লৈ : মদুগিদি য়ারোরুম্মু দা'দ, মান ইনাকখুনব মচানি, তম্বিমগ
য়াম্ম লৌবিরোই খল্লুবদগিনি ।

চন্দ্র : মথোৎ কারক্লবী, মপুং ফারবী নওবু প্রাইভেট তম্বিবদ
মমল লৌগে হায়খিব্রাও পা'খঙ ফারব ঐন ফম লায়রবুনমু ?

লৈ : হায়ববুদি হায়খিদে পুকচেল চাউব দাদান । ( একাগাড়ী
ইন্দুন বিক্রম ইল্লকই, অনীদু উবদ লাউরকই । )

বি : কদাই ক'ায়দ লেডউরিবনো ?

চন্দ্র : Hallo, বন্ধু উনব মুংঙাইরেদা ! থিজরকইবনে ঐথোয়নি
চঙহুন ( লোয়্ম মমিৎ খংলি )

বি : করিগিনো অনী চংহুন থিবকইবদি ?

চ : ঐন ওসি হায়গদৌরিব য়া অসিদ বন্ধুন য়াবিদ্রবদি তাইবং-
পানসিদ বন্ধুন লৈহোব অম ঐন লৈহোব অম ।

বি : বন্ধুন তাকাপখিব য়াদ ঐন য়াদব করম্ব লৌখিবগে ?
তাকপিয়ু করিনো ? করিগি তোঙান তোডাম্ম লৈমিম্নরুদগে
মরূপ মপাংনবো ? বন্ধুমু, ঐমু, ইবেম্মসিম্ম পুন্ন তাইবংপান্দ
লৈমিম্নব য়াগদব মরমহু তাকপিয়ু; চঙনিংব শেল চঙজসমু
বেরা লৈতে । মত্তে, ঐগিসি ইনাকখুনব মচানি হায়রহুন
নাপল তৌবগি য়া নঙ্কদেকো ।

চ : ইবেম্মসি হম্মক থাখিব পরীক্ষাহু ফেল ওইরকপ তারে ।
মাইবীন ক্ষাওবে, মশানমু শোঝরনি খল্লে ।

বি ঃ ইস, অঙ্কুদি মুংঙাইত্রব য়ানিদা ।

চ ঃ ম'ন ওইগদৌরিব 'ফল-সি মীম ওইহনব নত্তে, বন্ধুননি।

বি ঃ ঐন, বন্ধু ?

লৈ ঃ নত্তেদা কদায়দৈনো ।

চ ঃ মানি, লৈবাক্লে নও তুমিন্ন লৈয় । ( মফি থব শেস্মি।) মরম অদুন বন্ধুন, ফেল ওইদৌ'সসিগি ক্ষতিপুরণ পীবিব তাবে ।

বি ঃ ঐন পীগদব ক্ষতিপুরণ ? ওঝা ঐন ?

চ ঃ মানি ; ওঝান লিলা, সিনেমাদ, ইভৌরোক মহাদেবদ ছ ত্রী তোযন পুবিবদগি ওইব ফেলনি। ফেল ওইরিবসি শিঙ্গদ্রা শিংওইদ্রা তাকপিযু । ( মফি শেস্মী, লৈবাক্লেন থামই, বিক্রম মচুবা মেত্তুন চিন্তা তৌই।) শিঙ্গগদ্রা শিং'ইদ্রা বন্ধু জবান পীদব যাৱোই ।

বি ঃ করিনো তাকপিযু বন্ধু, ঐন ওমজব ওইরবদি শিংজগে ।

চ ঃ লৈবাক্লে'স ওসিমক বন্ধুন চেনব তাবে ।

বি ঃ ওসিমক ঐন ইবেম্মসিবু চেনব। ( ওকই )

লৈ ঃ করি য়ানোমে দাদান হায়বিবত্থবো, অঙুক লায়ন ?

চ ঃ তুমিন্ন লৈযু লৈবাক্লে, নওন খওপোং নত্তে । মীগি মরীল য়েংদোরিবনি ।

বি ঃ বন্ধু, ইবেম্মসিবু মশান য়ারব্রাও ?

চ ঃ য়'দব য়াদে বন্ধু, য়ানিংদ্রবদি করিগি মহাক ফেল ওইনব কোয়ন চংপদ নতুং ইঙ্গুনি'। লোগেরা লোরোইরা বন্ধু !

লৈ : মীন ভানহুন লাকপ মায়ব দাদান হংইবহুবু হাকমদ্রাও ?
ইন।কখুনব মচান লাইরবী মচা কনা লৈজদ্রী অমবু লম্বীদগি
বাক চিংহুন চেনব হৌনদ্রাও ?

খি : ইশান য়াজরে বন্ধু, থোক্লব লাক্লনি ।

লৈ : হয়েং পাবুংথোয়ন কদায়দৈ হৌদোং মচানো লম্মাংদ
থাদোকউচো হাম্বক্লবদি চোপ্তুন তোক্লনিকো । মুম্ন থন-
খিহৌ, মাইবীন ঐবু ইমিং চৎলু ক্লায়ব লৈস্নু হায়রকই ।
হৌদোং মচা লম্মাংদ থাদোক্লদব ওইন ইমিং চৎপদি
পামজদেকো ।

চ : শাগৈ ক্লাং অফব, মপা মপু অচৌব মচান তোল্লবী নুপী
মচাবু থাজহল্লগ হাংপ হৌনদে । নিঙাই তৌনু লৈবাক্লে ।

লৈ : মী কর্যাগি থম্বাই ওইবিব চাক্লগি যু শুংব যাই, যুন হু
ওইহুন মী কয়া মাঙই । ক্লজরব লিললগি ময়দ মী হাংপ
ঙম্ব হু ফুমই । মশক য়েংবদ কিব যাব কিহোম, থৈবোং
মমুংদ অমৃতমুক থুম্নব মহাও য়াওরি । মরম অসিন তাইবঙ
মীশক থঙবসি য়াম্ন শুই দাদা ।

খি : ঐবু চিংনগম্নু শকহেনবী, ঐ ইপাগি মচানি । থৈবোং
পাম্বীদ হৈবোং পানব হৌনদে । ইবানী শক খঙনরক্লিব
য়াওশং, কাং, কৃষ্ণজন্ম, বাক্লনী মণীং ক্লাঙ্গক্লে । পুজি
অসিদ নঙগি মুক্তিবু থম্মোইদাগ কৈদোঙৈদম্নু মুথংজরোই ।
করম্ব য়াশক, করম্ব চাংয়েংন থাজগদগে পরীক্ষা লৌবিক্ল ।

লৈ : কাউবু কাউখিরোই হায়রবদি রাশকপিজ্রবস্থ হোত্তন য়াক্ত-রনি। অহোডব পোংনি হায়তুন লায়নদদি তৌবিহু।

চ : হো, মুপীমচা হায়বৰু অদুনিদনা। কদায় বন্ধু, লুপা ১০০ পুথোরকউ; নওগি অহানব পরীক্ষা হায়বৰু অদুনি।

বি : করিগিনো ?

চ : রারোইপোং লৈনবনি। লুপা ২০ ওসি চাক চানশি। চাগদব মীদি ঐখোয় অহুয়ে, তা' থম্বালজাও মতৈমনাওনে, লুপা ৩০ ন অরাংভম ফম্ব ঐগি দক্ষিনা; লাইরিক থর লৈনগে, B. A. তম্বদবু লাইরিক য়াওদন তম্বসিবু খেংব মুংডাইব্রাও হা ইবেম্মা ?

বি : ৫০ অমন কৈদোদোরিবা ?

চ : তা থম্বালজাও মতৈমনাওদ পীগদব ঘুষ, মচীন মেয়ব শেল।

লৈ : ঐগি শরুক্তি ?

চ : নিপাসিন নংগি শরুক।

বি : তুনিয়াদ অদোম্ অপাম্ব পুম্ব পীনব ঐ লৈজরে।
( চাম চংপী অম ফুরিংথাওদগি লোথোক্লুন পীব। লৈবাক্লে কেন মকোক থুম্মি। )

চ : ( লোরগ ) Thank you so much, ঐ কৈথেল্লোমদ চংখ্রগে, ডা-চাক লৈরুগে।

বি : ঐখোয় অনীন সিনেমা হোলদ চাক ডাইরুগে, করি হায়বগে ?

লৈ : ঐদি ইমিং চংলু হায়ব লৈবনিন বেরা লৈজরে, মিংদাদ থীহনবিহু।

চ : গাড়ীহু ঐ পুখ্রগে কদায় ! ( লৌরগ চংথি ) থডব্রে ভসিব ভানপ অতেকপ ফংগত্রা ?

লৈ : পাবুং তার'দি রা থোক্লোইত্রাও ?

বি : ( চংমিল্লবদ ) নভগি নমিংন ঐগি থম্মোইদ চুদূন থোকহল্লিব রাসিনি থাংভমদব মৈ হৌরিবদি, পাবুংগি রাসিদি অরাইবনি ।

লৈ : ভসিসিবু করি হুমিংনো ?

বি : খ্বাইদগি ফব হুমিংনি, ইমানিন য়ানব !

লৈ : অরোনব থবকসি থক কুইব য়াদে । হয়েং করিগুম্ব ...!

বি : ঐ চেল্লোই, করিমত কিগন্থ । ভসি ঐগি থম্মোই লকান Epicentre, যুহারাবগি হৌরকফম কেন্দ্র ওইহুন হকচাং পুম্নমক নিকইবসি ভুমিকম্পগুম্ব মহৌশাগি অকনব ইথিন্নি। নিপামচা অম ওইন লাইবক য়েংব তাই । থোক্লব সাক্লনি, ঐ চেল্লোই লৈবাক্লে ।

( পায়দি পায়নদন লাপ্ন মথুং শম্বগুম পুথি । )

---

### অহানব মতাং

# ইশুবা উৎপ

চহি অম লৈরগ চৈরাওব মুমিত্তনি। মুমিদাংব্রাই 'থম্বালজাওগি য়ুম মচাদ মোডা অম থারগ চন্দ্রকান্ত ফম্মি। থম্বালজাও সনাশাবন খুদোপ অম তক্লি কোল্লংদ ফমহুন।

থম্বালজাও : হাকুম য়াওশং মতুংদ চানখিব চাক অদু য়া থোকপ তারে ইবো চন্দ্রকান্ত।

চন্দ্রকান্ত : তা-থম্বালজাও খোয়সিদ চানখিব চাক্তি মশীং লাক' ঙম্পোাং নত্তে। কবস্থ চাক্লো য়া থোক্কোরিবো? লাইথরোই পুলৈাগ চাক্লা; শরেং ঙাক্রোগি নক্রগ ঙানপকি চাক্লাও? কাঙবু কাউরেনে ঐদি!

থ : হেরা, নঙন অরাংভম ফমহুন লোম্ন চানখিব য়েক্লম য়াওব চাক্কু কাউরব্রাও?

চ : ও, ও! করম্ন য়া থোক্কোরিবা? অহুগিরা ইমানিবু মান চিঠি থারক্কুন কৌথোরকইবা? মশা লৈত্রাও?

(ইমুংদ য়েংই)

থ : লৈতে, অমহু থিব চংথি। কেকু লোইপ য়াবোইদোরি, কমদৌদবনো থঙদে ইবো চন্দ্রকান্ত। কুপথ্রব সনা মতং, মরৈগি চেংগুম শোব ঙম্ব থম্বালজাওনি। হন্দাকি রাসিদি ঐগি মুংথংন গুজিন্দুন 'থম্ব য়াম্নোইদৌরি।

চ : মচা-থায়ন হেক্ত হায়রোবা তা-থম্বান। নত্তে, কৈদৌরবগে ?

থ : লোম চাম্নথিব চাক্তু থা ৫/৬ শুরে, লোৎপ য়াদ্রবনিন নথোয়ন গৌহাটি চংশদ নত্তুং ইল্লান হায়রে, কমদোস হায়বগে ?

চ : লুপা কয়া চঙব রাফম ওইগনি তা-থম্বান ; মশীং হেক্ত হায়যু, রা শাংথননুশি।

থ : শেলন য়াররোই, রা থোকপ তাবে। ঐগি উপায় লৈত্রে।

চ : মাইব মাইবী, কবিরাজ, ডাক্তর, লুপা লোব ওম্ব মী লৈবাক অসিদ লৈত্রবনে ?

থ : হৈম্বু হৈত্রব, শেলম্বু পামথ্রব মী মশীং য়াম্ন লৈ। মুশী মশান যাদে ; নিপাত্বুদ লৈতব ওম্মোই হায়রি।

চ : মীগি পাবি পুরি কুপ্ন থিরক্কদব মেম্ববগি মচাত্বুদ মান লৈবদি থব হাকমল্লাও ?

থ : চৈ চাগদব রাত্ত্ব ভাংমুনে ইবো, মান লৌনি হায়ত্বুন রাশকই হায়নে। হৌজিক চেনবদি কদায়দগি য়াগদগে ? কনা লৈত্রে হায়ত্বুন চন্নু অমবু উশিত্তব য়াত্রাও, পোকমিন্নব নত্রবম্বু ঐ মাগি মবুংনি।

চ : শাউথিন্নু তা থম্বান। ঐন হায়বিবসিদি ফত্তব রা নত্তে। মথেম্ননি মত্তম থব চেল্লগ লৌনম্নোকো, মপাবুংন য়াদবনিন থাইনরক্কনি। ইবানিগি করি কান্নৈ, মথোয়নিগি করি কান্নৈ ? ঐন মীমাংদ ইচানি হায়ব য়াত্বুন ষষ্ঠী শোল্লো, মমা মচা থারুব শেন্দ মান মবাইন হুক্কনি। ইবানিন মথোয়নিগি কেকু লোৎপী শান্নব য়াওবগি তলব চাগনি।

তা থম্বালম্নু লৌরাক অম লৈহৌব য়াই, ঐস্নু বি, এ থাবগি থবচ ফংহৌনি। শেল ফংবসিবু কান্নদ্রনে তা থম্বান ?

থ: শেল ফংববুদি কান্নৈ হ'য়ববু, নুপী হিংচাবীসি হায়ন তানব য়াব নুপী নত্তে হ'য়মি মহাক য়োকচবগি য়ুম পানগত্রা হায়বগ ঐহাক চোপ্প য়াওগদৌরি। নতৈমনম্নু তানথোকখ্রো হায়দুন রা থোক্লপোংনি। থওদ্রে হন্দক্তি নথোন্ন ঐথোয় লোইন চোপমিন্নরা করিনো থওদ্রি।

চ: লৈবাক্লৈসিবু ত ধন কয়াম্না অশেওব ? মমা মপা কদায়দ লৈবগে ? তা থম্বালন নচন থাকই হান্নরিবসিবু মহাকম্নু লাইশ্রম মচাবাও ?

থ: করিগিনো হৌজক্ত অত্থক কুপ্ন থিগংলকইববো ?

চ: নত্তে, নিংথৌ পানব লৈবাক্লন লৌনব য়াইগ য়াদেগ তৌনরক্কনি হায়রিব, ঐদি বেবা লৈপোং নাও। বিক্রম বাবু খোয়দি মপান য়াম্ন কুপ্ন থিগংলক্কনি।

থ: মশূন থা ৫/৬ শুথ্রবদ মান পারী পুবী থিগংলক্লন কৈদৌনি ? য়ুম্নাক নাইদ্রবম্নু নশূ ওইদব যারিব্রাও ?

চ: তা-থম্বান, য়ুম্নাক তাকপু কৈদোগে ?

থ: তাকপ য়াদে অশেওব, ঐগি য়ুম্নাক লাইশ্রম্নি, মাগিম্নুনি হায়ন থওজু।

চ: করিগিনো তা-থম্বান অশেওব লোংলিবো ?

থ: লৈবাক নিংথৌ তারগা ফত্তে; তাকপ য়াদে। মাগি য়ুম্নাক

হাক্সবু মন্নায় তনৌ তনৌরহুনি, মশক হেক উবদ মুংশিব অম পোক্লুাও ?

চ : মুংশিরবুদি পোক্লুন মী ঙাওনবিব নত্রাও ?

থ : অদুনদি মাগি যুম্নাক মুংশিরম্নি মী ঙাওনবম্।

চ : মরৈ ওইন তৌম্নু তা-থম্নান। মাসি যুম্নাক পারি পুরী অহুঙ্কি মতিক ফত্রগ ঐদি হবাওদৌরিবনি। করিগিনো হায়ববু লৌব য়াব মুপী ওইরগদি বিক্রম লৌথিনি। মান লৌর য়াদবী ওইবগ ঐন মঙোন্দগি অউনপোৎ য়াওন লৌদৌরিবা ঐস্ম লমজ্ঞানি, ইমা লুখ্রাবী লৈত্রে। B. A. পাশ তৌনিংই। কৃপা তৌহুন ঐঙোন্দ পীযু মুংশিবম লৈবাক্লেসি। জাৎ তাহুন হাওজোংবন্দ লৈব তারবস্থ লৈখিগে বি, এ দং পাশ তৌবগ। মাগি মশক্তুবু য়েংহুন লৈব য়াববদি দ্বীপান্তবদ সমাজন থাজসন্ন ঙাওজথিগে।

থ : তুমিন্ন ঙাঙউ মী তাথিনি। ঐ তাঙ্গা যেঙ্খিগে, ঙাইবদ কল্লু নঙন নবুকপু চপ য়ুংলবদি।

( লৈবাক্লেন মাঙ থাবহুন বিক্রম লাকই। )

লৈ : দাদাস্থ লৈবিরম্ব ফরেদা।

চ : মী ফাক্করিত্রাও ইবেম্মা ? Good evening বন্ধু!

( লৈবাক্লে নোকফেৎ তৌহুন ইমুংদ চঙথি )

বি : Good evening—তাধন করম কবম পানবিরিবগে ?

থ : কয়া কুইরে লেঙখোরকপা ? রাবেন্ট-য়াওত্ররদি ঐথোঅমিদ চঙরকপা-য়াত্রবাও ?

বি :- ঙসিদ লাক্লদবগী থোকচরকইরনে ; ওরাংদ বমুন্দুশিমিক্কবনি ।

(চন্দ্রকান্ত মান ফম্মন্দ, মোড়াঙ্গ থাইদ লৈবাক্লেন পুখোবক্কপক্তুন মান ফম্মি ।)

ঙসি চৈঙ্গাওন্না নুমিৎনিন পুক বিক থম্নরে, হয়েংদি চাক চানব তায়রে তাধন ।

(লুপা তরা চংগী অম পী)

চ : চাকসিদ্দি চানগদবনি তোঘন তোঘন, যেঙ্গাং মহাও মরেক শেংন খঙ্গলিডৈসিদ ।

থ : নথোয়বু অঙাংশা, চাক চান্নবসি খীজ্রিকরাও ? '

চ : হকচাং ফবিব, চান্নগ তুম্মিন ঐথোয়দি খীম্বিদে ।

লৈ : ক লেম্হা চঙলক্লবদ চাক পংচা চানব ফত্তে, চাশিন্নগ তুম্ব ন্নাবদদি হুনি । হাকুম য়াঙশং মতুংদ চানথিন্ন চাক অদুগী হৌজিকপু মীন্না ঙাঙনদ্রবদি মবুক থন্দব, য়েপ্পাং হাউব য়াওদব কৈরোই লৈকাইন ন্না ন্না লাউনরে । অরেপ্প জবান অম ঙসি খঙজনিংহুন কৌথোকচরনি ।

চ : ঐথোয় চেনব মী নত্তে লৈবাক্লে । 4th year B. A. তম্মব, যুম পানব য়ারব ছাত্র অরিব ঙাক্তনি ।

লৈ : চেনগদব মীতাম্নু লৈ দাদা, লাইরিক হৈবন্ন ঙাক চংনদে মী হায়বসে ।

চ : মীন চেনব্রক্কসু ঐদি চেনগদব মীতা নত্তে, খঙবিহৌ ইবেম্মা ।

লৈ : খুমগদব মীবু ইথুম খুমদ্রিবসিনি ।

থ : মানি, হুজিক্তি ইবুংঙোম্নু অরেপ্প জবান অম পীদনু য়ারক্তু ।

অহুল লময়, কৈরোই লৈকাইন ষষ্ঠী পূজাগি তল ক্ষীর চাগদৌবগি মুপীমচাসিগি মশক উবদ মতিল ঋোংনরে। বাসক কৌগদ্রা, ফাগি কৌগদ্রা হংনবন করিনো সোরোক খোকপ য়াদ্রেনে ঐদি। লৈকাই অসিন মীয় ভাউনব প'স্বসি সত্য!

বি: বন্ধুন খুমথিবত্ ঐগিস্মুনি। মমাংডৈদ চেল্লোই হায়জখি, হৌজিকস্ু চেঞ্জরোই।

( চিন্তা তৌই। )

লৈ: কৈদৌডৈ গৌহাটিদ চডবিগদগে ?

বি: থিংবিদ্রবদি পরীক্ষা কুইদ্রে, হয়েংলা হংচিংলা হেক্ক হুং চডখ্রগে হায়রিবনিমে। শেল খুম অচিনব কযানো মশীং হায়রো।

লৈ: শেল পীরম্মগ চেনখ্রগে সিরাও ? ঐদি শেলগি কৌথোকচব নত্তে।

বি: কনান নডোন্দ চেল্লগে হায়রবগে লৈবাক্লে ?

লৈ: চেন্দ্রবদি লুহোংব ভারিব্রাও ? নোংম নোংমগি মীন নোক্ক-শিল্লক্লে, কালেন্থাদ কিজাও ইনবসিবু হুমাং শৌদ্রা, কারিগিনো হংনরক্লে। ইথন্ত ইকাইহুন শিজখ্রো হায়ব্রাও ? ( কপ্পি )

চ: বিষ্ণু বিষ্ণু! হায়হৈদে ইবেম্মা হায়হৈদে। করিগি ঐথোয়'সুক য়াম্ন লৈরিডৈদ।

বি: ময়াম্মাংদ ফোংদোকপসিবু ত'পন, ঐবু পরীক্ষাসিদদি থা-দোক্লিংখ্রেদা। করি করি উপায় লৈবগে, চডগে হায়ব শেল মখৈ চডজসন্নু।

লৈ : পরীক্ষা চহি অম রাংলিবছু ডাইথিনি, নও চাউরকথিমু হায়রছুন হায়নব রাগত্রাও? 'সুম্ন হাথরবদি ফররাও ? (শাউই)
বি : মহৌশাদি অহুক শাউন অমুক্ত ডাডথিদে । করিনো লৈবাক্লৈ, নঙন ডসি ভাধনসু বন্ধুসু লৈ ।
লৈ : শিবন হেন্ন ফন, লৈবাক মমাংদ ইকাইব নংলবী ঐন হায়ব য়াদব রা অতৈ করি লৈরিবগে ? ডসিদি ঐ থর ডাডজদৌরি । ঐবু ইকাইহল্লগ শিহন্দোরিবসি কনাননো ?
চ : ভাধন, মৈতৈগি চৎনবী য়েক থোকপ, শাইরুক তিন্নব, লৌনব য়াব য়াদবকা হায়বছুদি বেরা লৈরোইকো ? নত্তে, বন্ধুথোয়গি পাবুং মেম্বরদি শ্রীযুৎকি অমাং অশেং লোয়শওগি থোবুরেন্নিন হয়েং বেরা লাক্লগনিকে ।
থ : ইবুংঙো ইবেম্মা নথোয়বু থঙন চান্নদ্রিঙৈদ য়ুন্নাক শাগৈ, য়েক-শাইরুক, জাত-বিজাত হংনহৌত্রাও? মিংকুপ অমত্তং চেকশিলহৌদবদ হরাগাড়ীন তক্লরিব নত্রাও ?
লৈ : ঐদি য়াম্ন হায়জহৌই, শাগৈ জাং মফম মরাং খঙদবী, অহল লমন লৈজত্রবী তোল্লবী মৈতৈ চন্নুনি হায়ছুন । ওইনিংবত ওইজো, নও মৈতৈ নুপীনি, ঐন মৈতৈ নুপানি, নঙগি নশক নতোন শাগৈ জাংনি, নবুকচেলন মৈতৈগি মত্তিক চাব মমা মপানি । নরমচৎন ডাম্ন থঙ্গোং ঐগি ইতিক চাব থোংবান্নি হায়বিথিবছু কনানো ? নিপানিন লংফৈদ চেনবিখ্রগেরাও ? ( কপ্ন কপ্ন ডাডই )
বি : ঐনি লৈবাক্লৈ, করিমত্ত চেল্লোই । কালেনগি কংলব মৈতৈ

লৈবাক্তি লৈজেঙ্গাই খিনগাইহুন ইমিৎ পেন্না ফাওরক্কবী মঙবু ঐন কৈদৌভৈদ থাদোক্লোই। থান্নবসি লীচং শাজং চংনবীন মচু চেংন শওলব পাবুংসি অহল য়ায় ওইবে। কুইরবোই চহি অনী অহুম মঙায়রে পুন্সিববদ। মরক অসিদ নঙবু ইবেম্ম বন্ধু চন্দ্রকান্তগি নামাদ থৈহুন থর থমখিগে হায়ববু কয়া য়ায় কায়রবগে বন্ধু? তাধন, শেল কয়ানো ঐ তিংজগে। পাবুং হেক লৈখিদবগ ঐন লৈবাক পুংজাও থীম্মুন লৌগনি নঙবু লৈবাক্লে।

চ: ঐগিদি খেরা লৈতে, বন্ধুগিদমক থরায় অসি ফাওব বন্ধ ন থমদোকপদ নত্তুন চানন যোম্হোকপিবদ চিংনব লৈজদে।

লৈ: ঐবু মোংফমদগি তৌথোক্লগ লৌবিদোরিব্রাও? ভাঙনবিব খ্বাসি তাবিরিব্রা ভাচৌ? ঐবু মী নত্তব, অচম্ব থিরোল —লিক-কোল বন্ধান থম্ব য়াব পোৎলনে?

থ: নত্তে নুপী মচা, মশক মত্তৌ ম্বাংতবী, মহৈ হৈবী, লমচং ফজবী নুপীমচানি ঐগি ইচন্দি। নঙন খিত্তং কায়খিব হায়রবু প্রেম ফমনখিব, থাঙব থর ম্বাংখিবহুদনি। অহুবু অকায়ব করিমত্ত লৈত্তে নুপীমচা। বিক্রমসিংহ হায়বসি ফররবাব মেম্বরগি অমত্ত পোকচব, থাজব য়াব, মরীল লৈং নিপামি, চেনগদব মীশক নত্তে।

লৈ: তাচৌন মাগি জামিন য়াবিব ঙমগদ্রাও? করিগুম্ব চেনখিং খোক্লবদি ঐদি শিব ওম্ব মীনি হায়বসি কাউবিম্ব।

থ: ইবুংঙো নঙবু বিক্রম, মাইমু পৌমচা শিখিব লৈবাক অসিং

ঐবু হাৎলম্মপ চেনথিগদব জাৎলা ? মুপীমচাসিস্নু শিব ওম্নি, মৈতৈ চমুনি। রাথল মুম্ন তৌ, হৌজিক হৌজিক্কি লৈ-থোক্কব রাথন্দ থনগনু।

বি : ঐ ইপাগি মচানি তাধন। বন্ধুম্নু রাফম অসি য়াবিরোকো ? চহি অম অনীদং নামা থাংবিবা, চানন পাট্টাদার ওইবি-গদবদি নত্তব।

চ : হংলক্তি্ৰডেদ ঐদি নহান্ন যাথবে বন্ধু। ঐবু চিংনবিগনু, থাজব হাংপ নিপা নত্তে লাযবরবস্নু চন্দ্রকান্ত ঐদি।

বি : তাধন অমস্নুং বন্ধুন হন্দক ঐবু কনবিবসিগি পুন্সি চুপ্প কাউজবোহ। করি ওইন লমন শিংগদগে ?

থ : লমনাগি রা করিমত্ত থল্লুনু হনাওসিদি, ঐথোয় নিপামচা মশেন্নি। ঐথোয়নিন খিত্তং ফিত্তম ফত্তবদগি ইনাওদ লৈত লাযব যাহা-তাহা, কবি হায়বগে ইবো চন্দ্রকান্ত ?

বি : মহুগি কবিমত্ত চিংনবিগনু, ঐ লৈরি।

চ : তাধন কৈথেল্লোমদ হয়েংগা পোৎ চৈ লৈব ওইন হাযদোকউসিবাও ?

থ : ফৈ চথোকউাস, কবি লৈদোবিবনো ?

চ : শেলবু ইয়াও য়াওদে, থেংউপ পম্পম্নুজ অমত্তং লৈনিংবনি, সেন্দল ওইন লৈগদ্রা কারনো !

থ : ঐগিস্নু ইবুংঙো থোংউপ ত্তোংব য়াত্রবনি। মতৈমনস্নু ফুবিং অপাব অককপ লৈবিদে হায়ত্তুন রা থোক্লপোৎনি।

বি : শেল থর য়াওরি সি পুবিথো।

( ফুরিংখাউদগি লুপা ৪০ লৌথোক্লগ পী, অনীহু হরাও হরাও চৎথি )

নওগিদি করি করি লৈনিংব লৈ ?

লৈ : ঐদি পোৎকা অমত্ত পামজদে ।

বি : অতুগ করিদি পামই ?

লৈ : মণিপুরদ লৈবিরবদি মুমিৎ খুদিংগি ঐথোয়গিসিদ কৌনব মাইদন লাকপিগদবনি ।

বি : লাকনি মুক্তিগি । নোংমদ অনীরক লাকপদি ?

লৈ : দাদা চন্দ্রকান্তবু ষষ্ঠী পূজা মুমিত্তু নত্তন মুমিৎ অতৈদ ঐথোয়দ চঙহনব যাদে ।

বি : থবক লৈত্তন চঙগমু হায়ব করিগি য়াদনি ?

লৈ : পাবুং হেক লৈখিদবগ ঐবু কৌশিনবিগদবনি লৈবাক নিংথৌ কিদন ।

বি : মদু ঐগি রাশক্নি ।

লৈ : ঐন হায়জবিবসি অমত্তং কাযবিবদা ইমা-ইচাদ কবিগুম্ব রা হায়বিরকপ য়াদে ।

বি : কায়বোই লৈবাক্লে, ঐ নঙবু চানন মুংশি ।

লৈ : রাবিরিব রাফমশিংসি দলিল ইত্থন পীবিয়ু ।

বি : চে পীয়ু ইগে ।

( কলম লৌথোক্তুন ভাইব, লৈবাক্লে চে লৌব চংথি )

---

অহানব মতাং

# ৩ শুবা উপ

লমী, মুংথিল পুং ৫ রোম তারে। মাওশং মমাঙদনি। লৈবাক্লে মচা পরশুরাম চহি ৫ রোম শুরে। মাগি মাম্মান থম্বালজাওন মুংথিল লাইরক তম্ব মল্লকপ ওক্লুই, মখুৎ শম্মহুন পুবকই।

থ: নিপামচা, কবিগিনো নঙন মীদ পংথক্ত থংনরিববো ? হা পরশুরাম! নখোয ওঝান নঙবু লাইরিক তম্ব ওহল্লমু হায়রি।

পরশুরাম: করিগি মাম্মান ?

থ: নমান্নবগ থংনবাগ।

প: মথোয়ন হৌরকপগি ফুংর্থপবনি। থংনব নত্তে মচীন থীবগি ঐন ফুবনি মাম্মান.

থ: মথোয়ন করি হায়ন হৌরকপগে ?

প: ঐবু মপা লৈতব লমজ হায়। অহায় খুদিংগি ফুনি ঐদি। লাইরিক তম্ব তোক্লবমু তোকনি।

(থম্বালজাওন মকোক হোত্তুন লৈরিডৈদ মমা লৈবাক্লে পরপ পরপ লাকই)

লৈ: করিগিনো নিপামচা নঙন লমীদ নিঙাই তৌরিবছুবো ?

( পরশুরাম থুমদন মথুউ পুন্দুন তুমিন্ন ফম্মি )

করিগিনো তাচো মান্ন তৌরিব নিঙাইসিবো ?

থ : মাবু মমান্নবন লক্কে হায়য়ে অহ্নাগ নিঙাই তৌরিবা ।

লৈ : কনা কনান করি হায়ন লক্নরকইবমো হা নিপামচা ?

প : মপা লৈতব লমজ্জা হায়রিব মথোয়ন ।

লৈ : নখুং পান্দ্রা, মচীন মচীন্দু থুত্তুম্ম থাজিনব য়াদ্রা ?

প : থাজিন্নিবনি, ওঝান ঐঙোন্দ ফুরিব ? লাইরিক তম্ব য়াওরম্ম হায়রিবা ।

লৈ : মীবু লক্নব অঙাংশিবুদি তাম্মোক্কে হায়ম্রদন নঙোন্দ তাইন-রিবা ! তম্মুরম্ম মতীক চাদব, অঙাং ন্নারকপ ঙমদব মীচং মীথায় নাইব ওঝাত্নে । য়ুমদ ওঝা অম থম্নগ তমহনগনি । চংশি লাকও য়ুমদ ।

প : ঐগি ইপা কনানো তাক্ত্রবদি য়ুমদ চংলোই ।

লৈ : নঙন লম হেন্দন, মরম ওক্ন লাইরিক তম্নবদি তাক্নানি, অদু নত্রবদি তাকথিরোই ।

প : পারা ফাব অঙাংস্থু ফাদব অঙাংস্থু মপা মশক থঙই, লৈমিন্নৈ, মপান মচাবু লুন তৌই । ইপা মশক তাকউ য়াদ্রিব করিগিনো ; তাক্ত্রবদি ঐ চংলোই ।

লৈ : লম্বীদ অহুম নিঙাই তৌ হায়দ্রুন নপা হূরানব লৌনম তৌবদ্রুন তাকপ্রা ? চংশি লাকও ।

( চিম্মংলি, থাঙই ; মমান থুপাক্ন পোপ পোপ থাই—চিংনৈ । বিক্রম উকিলগি পোযাক্ত কোর্ট কুম্মকপদ কুম্মেন্থ উই। )

বি : করিনো, কৈদৌনবে ? কবিগি অঙাং মৈরিরি—?

লৈ : ( পোপ পোপ মমাঙদ ফুবগ ) চংশি লাকশুনে। লৌনম তৌব তাকুগি মচা ত কাত্তি, লম্বীদ নিঙাই তৌরিবু করিগিনো ? ( নমহুন পমথংলি )

বি : কদায, করিগি নিঙাইনো ? ( লুপা ১ পী )

লৈ : ( অঙাং পমখত্তুন হন্দোক্লগ ) লুপী লৈবব নিপান ঐভোন্দ অমসুং ইচাদ শোকপিবকনু ।

বি : লৈবাক্লে !

লৈ : রাশক ঙাকপ ঙমদব নিপান ঐগি মিং কৌশিরকনু।

বি : মরম চাদন ঐবু শাওবগ কবি কানৈ ? ইপাগি will মতুং ইন্না থিরুব লুপান, ইপান থনম্বলন ময়ামসি নমা নচাগি শৈক্রনব লুহোংশন্নরুবনি । শেল মতৌক চান পীরগ লুপীসি পাইনানি ; নমা নচাবু যুমদ তপ্প পুশিনগে হায়বসিবু করি শাউভম লৈবগে ? হৌজিক ইপা লৈত্রে, নঙগি খুসি ওইরনি ।

লৈ : লৈবাক মমাঙদ ইমা ইচাবু হাংলগ—লুহোংখিব নিপাগ রা ডাঙনজনিংদে, মথা তারমুশি। ঐদি শাগৈ জাং নাইদবী লুপীনি, যুমদ চংসি নিপামচা । ( ফুহুন চিংহুন পুখি )

প : ( খাঙন-খাঙন ) ঙম্মোই কৈনু, ইপা মশক তাক্ত্রবদি চংথিরোই ।

লৈ : ( চংখিবদ ) নঙগি নপা লৈতে, সমাজসিদ নঙদি লমজানি । ( হিক হিক কপখি )

বি : মমা হিংচাবীসিন অঙাংসি মাঙহনব তারে । চৎসি তাধন রা থর ঙাঙনকসি।

থ : ইযাম্বন ফন থেম্লে, মসি নুপীসি পেৎলু য়াক্লে, মুঙ চঙক্লে, গতি লৈক্রে।

বি : মমা মচাগ রা থর ঙাঙনব পাম্মি; য়ুমদ চৎসি তাধন ।

থ : মমা মচা থোঙ লোম্দুন ইমুংদ লৈথিনি, রা ঙাঙনব ফংলোই ।

বি : মপান্দ লৈরগ ঙাঙনজগে ।

থ : চৎপবুদি চৎসি, কান্নরোই; মৈ ইক্লব লৈবাক চেক ওন থিবগুম মহাক্কি রাথল ঈশিংদ তুম্মু যাবরোই থাজদে ।

( থর চৎমিন্নবগ )

বি : অঙাংসিন মপা মশক কন্ন হংলিবসি করিগিনে তাধন ?

থ : মমা মচাবু ইকাইহনবগি, কপহনবগি মপা ফুংগ হাংকে হাযরি ।

বি : অঙাংসিগি মিং পরশুরাম হায়সি কনান থোল্লুবিবনো ?

থ : মমান থোনবনি ।

বি : লাইগি মিং থোনব ফত্তে, তৌহৈবম্মোই । তাধন মাগি মমিংসি অম হোংবিসি ।

থ : মমান য়ারোই ।

বি : অম্বুক পীক্লিব অঙাংব… … ।

থ : ইবুংঙো, মাগি লম মহেনসি ন্নুংশা থী ইয়াম্বথোক্ল ।

( চৎমিন্নথি )

---

## অহানব মতাং

# ৪ শুব উপ

লৈবাক্লৈগি ই-ব্রান শাব শঙ্গোয় য়ুমগি ইমুংনি । নোংজুথাগি থ'ক থোংনা নোং তাব মুমিদাং পুং ৯ লোম তাব মতম্নি । চহি তরুক কল্লব অঙাং পরশুরাম অনাবৈ হিদান অমদ তুম্মি । থাংমৈ পোদোন্দ মপি তান লৈবাক্লৈ ফি অরাংব মতুপ অম ইন্দুন মোড়াদ ফম্মগ ফিশাফাম থাতুন চিঠি ইরি । মপান্দ মুংশিং শিংপ নোংখোংব তায়, য়ুম অহোবদ নোংথাং পাইশিল্লকপ মরক মরক্ত উই । লংকৈ চংনব ফি ময়োম, তরং উপু মচা শেমতুন থম্ব উই । কপ্পন চিঠি ইব লোইব ওমদবগুম তোই । থোঙদগি নিপা অমন মপান্দগি কাক কাক থীনব তায় ।

লৈ : ( মপি তৈথোক্লগ ) কনা ওইরবনো ?

মপান্দগি : ঐনি ইবেম্মা, থোঙ অমুক্ত হাংদোকউ ।

( লৈবাক্লৈন থোঙ হাংদোকপদ I. P. গি পোষাক শেংপ চন্দ্রকান্ত ছাটিন অচোংপ অম পায়তুন চংঙকই, রুমালন মমিৎ মমায় মকোক খর চোংপত্থু তৈথোকই । )

লৈ : পুং কয়া তাখ্রবগে ? করি থবক্কি ওইরবনো ?

( মোড়া থাই, চিঠি থমজিল্লি )

চ : পূং ৯ তাখ্রে ; কৈথেন্দ পাখণ্ড থব ফুনবগি রাথোক য়াও-রিভৈদ থেংদোকখ্রে, ঐ থর ঙন্ন লাক্কে থল্লম্বনি। ইবেম্মবু হয়েং নবদ্বীপুরা, বৃন্দাবন্দরা চংকনি হায়ববু শোয়দ্রবরা ?

লৈ : শোয়দন চচ্চরনি।

চ : করিগি চত্তোরিবনো অত্থক নহা ওইন ?

লৈ : পাপ কোক্লব চত্তোরিব তীর্থনি।

চ : চংপ কান্নদে পাপ কোক্লব ওইরবাদ। নঙগি পাপ লৈতে।

লৈ : শাগৈ জাং মকম থওদবী, মপ লৈতব লমজাগি মমা, সমাজন মিংয়েং চঙলবী, ঐগি কনা লৈজদ্রবী মুপীবু করম্ন পাপ চেন্দ্রিবা ? মীচং নাইব, মুংশি হৈত্রব লৈবাকসিদ ঐ হিংজনিংদ্রে।

চ : মপান হায়বম্ব ইন্দুন নিংথৌগি মচান্নুপী লৌখ্রব, ইনাকখুনব মচা বিক্রম বাবুন ইবেম্মবু লাইন তৌববম্ম মান পংহেন হেন্দব ঐথোয় লৈরি। ইবেম্মবু ময়ুমদ পুশিল্লবদি মুপীন য়াবোই, মান ওইগে তান্নরিব District Judge জু, ইবেম্মবু ফোংন লৌববদি লৈবাক নিংথৌন য়ারোই হায়ত্নন চহি ৬ কি মমাঙদ রাশকথিবত্নু মহাক্ক কাউথোকখিবনি। অচাওবম কাব পাম্ব, ইনাকখুনব, থাজব হাংপ, মুংশিব থওদব বিক্রম গুম্ব ভাক্ত লৈবাক সদ লৈব নত্তে। সমাজন হায়নিংব হায়সম্নু, মাংই হায়সন্নু, থবক ভোকহন্সম্নু ; ইবেম্মবু মীন নোক্নরিব অত্থগি শরুক য়ামিন্নরকপগি য়ামিন্নরকপ ঐথোয় য়ুমদ লৈরুরসি অভাংসি ঐ য়েক্লুগে।

লৈ : তাকপিরিবতু নচনবু য়াম্ন চানবিব য়ানি। ইঙ্গংলাংগি লৈবাক মমাঙদ ইকাইব নংবিরম্লিবনি। করিন দাদাগি লন্ডন শিং- জগদগে ঐন থনবদ থোক্কে। মপোক অাসমগি দাদাবু কাউবক য়াপোৎ নত্রে। অতুম্নদি ওইরদ ঐবু ডাকপিয়ু, ঐসি পুকচেল থারবী হিংচাবীনি। ঐগিদমক মতুং অাসদ মীম্না তাবিরন্নু। লৈশাবী অম নুংহোংলনি তারিবত্তু শোয়্দন পৌবিয়ু, ঐগি রাখল তৌবরম্মু। ঐহাক লৌব দাদাগি মতিক চাদে, ঐস্নু লাইবক থীবগি থীব মী অতৈ অমদ য়েংচবরোই পুন্সি চুপ্পা।

চ : ঐগিস্নু অহানব লুপা লৈখিদ্রে, ইবেম্মগিস্নু অহানব নিপা। লৈখিদ্রবগুম্বনি। ইবানি লৌন লৈনবদ মতিক চায়। অরেম্বদ রানব রথল তৌগন্নু।

লৈ : ঐবু ডাকপিযু, ঐ খুকমজগে। (খুক্কমই)

চ : (মপি রুমালন তৈথোক্লগ) নওন য়ানিংদ্রবদি আপত্তি লৈতে। লায়রবব ঐন নংডোন্দ পীব ডমগদব মতেং হায়রবু অসি ফাওব লৈ হায়ব অাসদ ন। নহা ওইরিবৈ বন্ধু বিক্রেম্ন নঙোন্দ কোম্নরিবৈ ঐন মতেং পীরক্নুন নওবু অক্সাবসিদ তাহনবগিদমক্ত ঐবু নওন ডাকপয়ু। মতম পুন্নমক্ত ঐবু নবুংওম্ন থল্লু।

লৈ : ঐন করিগুম্ব লংফৈদ লৈখ্রবদি ঐগি ইচাসিবু থর থর য়েংবিয়ু। মসিনি ঐন দাদাদ হায়জবমগদব অরোইব রা।

চ : ইচানি হায়রুন মীমাংদ য়াথিবত্তু তাত্নুম নুংঙা তৌগনি,

মতুপি করিমত্ত চিংনগম্বু । হয়েং থরচ ওইথিনব লুপা ৫০ সিরং পায়খো । (পী)

লৈ: (মপি তরং তবং চেন্দুন) য়াম্মল্লে, ১০ থক্তং লৌজগে । (অনীমক কপই)

চ: অহুদি থেংখ্রে, ঐ চংলে লৈবাক্লে ।

লৈ: কনি দাদা ।

চ: (খুর চংলুরগ) নত্তব য়াথলকাদি থল্লুহু ইবেম্মা, অরেম্বদ মাঙখিব পাম্মুইকো ।

লৈ: ঐ শিব ভমদবী পাণ্ডদবীনি দাদা ।

চ: তীর্থ কয়া চংলুরব মতুংদ নডন করিগুম্ব ঐডোন্দ নবুকচেন ওল্লক্কবদি ঐদি হয়াওন য়াগনি হায়বসি নঙন থক কাউগনু ।

লৈ: কাউজরোই দাদ । (কপই)

চ: নথম্ভ শিনিংদনব ঐন নডোন্দ পীব ওম্ব আশা হায়ববু, অদুন লোইবে লৈবাক্লে ।

(মপি তরং তবং চেন্দুন য়েংলম্মগ চংখি; লৈবাক্লেম্ভ কপ্প কপ্প য়েংহুন লৈহৌই)

পরশু: (মমঙ্গদ) ইমা, ইমা? কদায়দ চংলিবনো? অমুক্ত হল্লকখো ।

(মমান মনাক্ত ওম্ব চণ্ডখিবদ নাম্থোক্তুন ভুমথখি । মতুংদ স্থুম হুয় তৌই । য়াওনবক মরোল শেংলন য়া থর জাল্লগুম্ব তৌই—"এদি ইপাক্ত লৈজদে" হায়বগুম তৌই । মপাঙ্গপি থয়াঙ্গাঙন কৌরকপ জায় ।)

লৈ : তাচৌথ্রা ? ( হাংদোক্লগ ) চঙবিরকউ ।

( বিক্রম্ তু' পংথুন থম্বাঙ্গা'গুন মাং থাহুন চঙলকই । লৈবাক্লে মক্তোক কা'য়রপ থুমই, মোড়া অমম্বুং কাল থ ই । বিক্রম অঙাংগি লিক্লইট টিন ফমুং ময়াদ থম্মি । মচাবু মুন্ন য়ে'নগ কৈনু । থর হায়দোকপি অহুগ মমাদ মুন্ন য়ে ই । )

লৈ : করিগুম্ব তাকপিগদব তাচৌ ? ( বিক্রমম্ম ফমই )

থ : নহাক হয়েং চংলনি হায়ব পাউ ইবুংঙোদ তম্মবনি । ইবাদি চঙহুন চংকম্মু হায়হুন থেমগে লাকইবনি ।

লৈ : পাউ তাকপিরুদ্রবম্ম যাগদবদ !

বি : কৈদোন ত কওইদৌবিবনো ? অঙাং চহি তরুক্ত ঙায়রিবসিবু হুন্দোক্লগ নক্কাপ্ত লম্বোইরুগে হায়রিব্রাও ?

লৈ : মপা লৈতে হাযহুন ম'ন নোয়বিহুম মথরাইঁ চাক্লব অঙাং মমঙদ ফাগুব লাইন ইন্সিনবগুম মপা লেজদে শোক্লব অঙাংসিদ থাঙব ঙমদ্রহুন হয়েং মপা তাকপিনি হাক্লে । অবানব তাক্লিংদব মমা ঐ হয়েং নে'ং ঙান্দ্রিবৈঙদ মাগ উমদল লংফৈদ চংগ্রনি । তীর্থ চংকে থল্লি, কৈদোইঙে হক্লক্কদগে হায়ব ঙমদে । শিসি কদায়, শিন্নসি কদায় ; ঐ হায়ভম থঙদে । তাচৌগ ইনম্মগন অঙাংসি মমা মপা শাহুন থব য়োকপিহৌ ।

থ : মহুগিদি কাবিমত্ত চিংনমু, ইচা লৈত্তবনিন ঐথোৱাদি য়োক্লিং প্রংপোংবান । অহুদ, ঐঙোন্দ মমা কদায়দ চংগ্রে হংলেক্লবদি —।

অচুগি মখক্ত অতোপ্পা অক্তব রা অমন মচীন্দ্র অাইহেনৌবগুম মপা আক্তবদি ঐবু হাংকে হায়রি। অরোংপু মপাবু মশক খঙলবদি মম। কপহনবগি মাবুগু হাংকনি হায়রি। নচানি থক হায়বিক্তনু ময়াক ইবুংঙো পুক্সিবিনিংলবদি।

(ওক্র বিক্রম রাখল তৌই, চংশিন্দুন মচাবু য়েংই, চুপই)

বি: অমুক মুংশিব ইচাসিন ঐবু হাংকে হায়রবদি হাংচসম্ম, ঐ কল্লক পেম্মি। নও থাম্ব য়াদ্রে হয়েং শোয়দন চংপ তারে?

লৈ: শোয়দন চংলনি।

বি: নঙন পাম্ব মতুং ইহ্ম ঐন লোপ্প লোম অডাংগি মতেং পীগনি। করিমত্ত চিংনগম্ম, নঙন চংনিংব তীর্থ চংলুরগ হল্লকউ। District Judge হেক ওইবগ নমা নচাবু য়ুমদ পুশিনগনি। Bank cheque অসি পুংথা, লুপা লিশীং মঙ্গা কাওবগি মতুংদ নঙন ইনীংব মশীং ইহুন Imperial Bank তগি লৌথোকপ য়াগনি।

লৈ: মমাংঙৈদ পীরম্ব শেলদগি তুম্মৎচবুন তীর্থ কয়া চংপ হেন্দোক্ত কোয়্যগনি। মদু অডাংগি থম্বিয়ু।

বি: ঐবু থাজদে হায়বগি নঙন পায়ব কৈ; নচা মুংশিবসি ঐডোন্দগি নঙন হেল্লি হায়ন নিংজরবদি নঙন পায়বন অডাংগি কত্তাও?

লৈ: অডাংগি মনাক্ত থম্বিরম্মু। (বিক্রম থম্মি মচা চুপী)

বি ঃ ঐ চৎলেদোঁ নওন ভাল্লবনিন ।

লৈ ঃ নমস্তে । ( মপি তরং তরং চৈন্ন মখুৎ লোন্নে )

বি ঃ অভাংসিন পাখত ঝাত্রি ক্ষাওবদি নও লম্বোইরকনু ।

( মচাবু চুপ্পম্মগ মপি তরং তরং চেন্ন নোককেৎ তৌত্নুন ক্লমাল্লন তৈথোক তৈথোক্ল চৎখি । লৈবাক্লে চপ লেপ্তুন কপ্তুন লৈহৌই । মচাগি মনাক্ত চঙছুন শংত্রিক য়েংই, হিক হিক কপ্তুন নাল্লগ, কোল্লগ মচা য়েংতুন ঈশৈ শকই । )

( ঈশৈ )

পারী ইবুংঙো ঘুংশিব

তাক্লমদে হায়তুন কপকনু লাইবক থীব

লৈহৌরোকো মণি মতুম

নোক্ল চাউব তাইবঙপান্ন

কাউবিথিনব পলেম পম্হৌ লমজা নঙগি

লোৎলগেকো ইমাদি ।

লোন্ন চেন্নে ননাক্তগি

পারী পীক্লব কায়নবগি কারখ্রসনু

খম্মোইসিদি পাঙদবীগি ।

পারী ইবুংঙো ঘুংশিব

পম্হৌ কনানো খঙনিংবদো

তাইবঙ মপুম হাংজখোরোকো ।

# লমজা পরশুরাম

## অনীশুব মতাং
## অহানব উৎপ

লৈকোল ; খুমিদাং পুং ৭॥০ রোম তাব, ৪ নি প্যানব থা মচেৎন ব্লারক উরক্ত থোকপ মতম্মি । উপাল অমদ থম্বাঞ্জাওবু পরশুরাম অমম্বুং মাপি মরূপ অনীন পুন্নুন থম্মি । পুনব মাওরম্মগ অনীহু চংখিগে তৌই. উশা অম পরশুরাম পায় ।

তোমাল : মারূপ্রা মরূপ, ঐখোয় চংলগে ।

পরশু : মারনি, ঐ হৌংনজহোৌরগে লেংও ,

কাক্লে : মীয়ৈ মরূপকী পাখৌন মাম থম্বাঞ্জাওসিবু জ্ঞান তাহনব মৈহুন রারকপ কান্দ থনবিগদব রাখান্দ—অহল্লোন ওজব্বন নহারোল মাওবনি ; নহারোলবু চাওখংহনগে হায়রবাদ অহল্লোনবু নিংথীন রারকপ তাই হাওবসি নিংশিংবিব, লৈবাক্ক কনব, অহল রারকপ জোব লৈতে ।

পরশু : ইশা-ইনাদ পান্নুন থওনব ঐখোয়ন তাকিনি কাউক-তগে । অল্লোয়ন অহলপিমতৌ তমাহন ননাংহৈরিব ঐখোয়পি নিচংপু থাংবংকোনি হাওবব্ নোমজিব্ মখোয়গি, মৈহুন চৈহুন.

য়ারকপদ য়ারবদি য়ারে, য়াত্রবদি নহারোলশি খরাজ মাঙদনব অহল্লোল মথৈ অঙাং ওনহনব তাই। নৈবাক্তী য়ুম্বিদ শুম চাহনব মখোয়সন্নি।

কা: মরূপকি য়ারেপ অচু কাক্লে ইশান য়াই, পাওথোক্লব অডম ইত্তেং পীজনি।

তো: মরূপ অনীমক মথংগি প্রোগ্রাম ওইম ঐথোয় খুড়াতোন মতৈ মনাও য়ারকপিনব ঐন ভয়াং কচ্চথিব বার্ত্তোন্দু শোয়বিব য়াদেকো। (শয় থুরুমই)

কা: করি য়াথোক্লো কাউবু কাউরেনা?

তো: হেয়া, বাজিন থনম্ব শেলথুম লৌ-ইংথোম্ম খুড়াতোয় ওইনা পাত্তুন ঐবু কাংক্রম য়ৈহন্দবগি শেঙ্গ পামগনবম শনারৈথোয়গি লম্পাক্ত কাংজৈ শায়বদ সনাশূবম নিপামচান থোইখিত্নুন তাঙাং উপাধি লৌখিব নত্রাও? মদূগি লম্মন ইপাগ পোকমিয়ব ইখুড়াগি ঈখুজোক অনী লৌব পাম্মী হায়বত্থু কাউবিরত্রা?

পর: কাউদে মরূপ, শোয়দন লম্মন থুমগদবনি। লমন মথুম্ব, নথুড়াগ নন্দোনপ পূম হাংপ্রা?

তো: নত্তে মীয়ৈ মরূপ পাথৌ। ঐন পামজবদি থোঙনা লেল্লগ মরূপ মথায় লুট চঙবিরকপ। ঐন শেল, সনা থত্তম লোট্টিন তাকেচব। লুটকি কংলুকপ শেল তথায় অমন মীয়ৈ মরূপকি, ক্রত্র ওইবগ তথায় অমন ঐগি থম্মোই, লৈকোলগি কুন্তুখিব লনায়ৈ চারাদো ক্লায়গি, মতুমব অমুক।

My dear ( পরশুরামদ ), ঐখোয় সাইকল য়োনবগি কেশ অমত্থু চংলুখিগে ।

প : ফনি, লেঙবিরুরো । ( তোমাল, কাক্লে চংখি ) নঙন নহান মখৈ ঐবু নচানি নমাক্কি হায়জিন্নবিব করিগিনো ?

থ : নঙবু মীন নপা লৈতে হাযত্থুন লরুদনব ।

প : মীন ঐবু হৌজিক লমজা হাগত্থুন লরুববনিন নঙগি তাক্ত্রু কায়দ্রে । হৌজিক ঐগি ইপা অশেঙব তাকউ । তাক্ত্রবদি ঐদি যৈনি, নঙন ঐবু পিক্লিডৈদ থীন থীন মুংশিব থঙদন যৈথিবত্থু ক উরব্র' ?

থ : কাউদে, নবানগিদমক ফুবনি । শেল হুরানব, জুরার শান্নব, মী ফুনবগি য়ৈথিবনি ।

প : হৌজিক ঐন নঙবু ফুদোরিবসিম্নু ঐগি ইপা লাংপ নবান-গিনি , মবম য়াওদন ঐস্নু ফুরোই ।

থ : নঙগি অশেংব নপা ঐদি থঙদে, নথোয় ইমাদি থঙইনি ।

প : ঐথোয়' ইমা কদায়দ লৈ ?

থ : নঙন চহি ৬ চঙলকপদ তীর্থ চংকনি হায়ত্থুন চংখ্রগ হল্লক্ত্রে, মন্না-মপাউ অমত্ত তাথিদ্রে ।

প : নচিম্থিব ব্রানি । ( চৈন কল্লি )

থ : অশেঙবনি পরশুরাম ।

প : চহি ৫/৬ তঃ ভায়রিব অঙাংবু হুন্দোকলম্মগ মমা-মপা লমশাশিংত্থুন চংথখগে চাক্লবদ নঙন য়াত্থুন ঐবু য়োক-হৌরিব করিগিনো ?

থ : হুজ্জেল্লুমগ চেনখিবনি, য়োক্তব য়াদহুন ননেন নমা শক, য়ামন নপা শক্তুন লৈত লৈত্ত য়োক্লকপনি। ননিং থুংহন-খিদবগি নপাঙ্গল কল্লব নঙন হৌজিক নপা শক্লব ঐবু নখুং পেল্ল ফু। অত্থুগ ঙসিদগিদি নঙন লৈনিংব মফমদ তৌনিংব থবক তৌহুন লৈজখ্রো; নহাক অঙাং নত্রে, পাখঙ ক্লারে। ঐন হায়ব নঙন ইন্নিংদে, নঙ ঐবু মুংশিদ্রে। ঐসু নঙবু কিরে লৈমিন্নগদবা।

প : ফরে, মতুংসিদ ঐন নঙোন্দ ওৎলরোই। নঙন ঐবু পীক্লিখৈঁদগি চাউরকপ ফাওব য়োকপিরকপগি লমন্দু ঐ কোন্ন শিংগে।

( পুনব থাদোক্লিখৈঁদ পুলিশ সুপারিণ্টেন্ডেণ্ট চন্দ্রকান্ত অমসুং হবিলদার অম লাকই )

চন্দ্রকান্ত : কনা কনানো ? কৈদোনরিবনো ?

( টোর্চ কাপ্তুন য়েংই। )

প : করিগিনো ? করি থবক্কিনো ?

চ : ঐন হংলিবসি হান্ন খুমথো।

থ : পুলিশ সাহেব ! ঐগি ইমাক অসিন ঐবু ওক্তে হায়রহুন য়ারকপিরম্মিবনি।

চ : ওক্তব হায়রবদি ? অঙাংন অহনবু উদ পুন্দুন য়ারকপা অঙকপ নীতি !

প : পুলিশ সাহেব, মসিগি অহল অসি অফব মী নত্তে ; ঐগি ইপাসু ইমাসু মান মাঙহনখ্রে, পুখোক্লকুব য়ৈরম্মিবনি— পুলিশকি ময়েত্থু মতৌ তমহুন।

চ : পুল্লিবহ্ থাদোকউ। মী মাঙব থিবদি পুলিশকি মথৌনি, ঐ থিবিগে। মবাল লৈ হাযন খল্লবস্ নখুৎন মীডোন্দ দণ্ডি পীব যাদে। নঙবু চাউনব য়োকপিবকপ মীবু অহুম্ম থীন তৌব হৌনব্রা ?

( পুনব থাদোকই )

খ : কৈ মচা চাউনব যোক্লগ চাগে হাযবকপত্ ঐদোন্দ থোক্রে সাহেব। ঐ মাগ লৈমিন্নগদব কিরে। সাহেবন পুবিখ্রো, মাগি মমা মপা খর থিবিদব যাদ্রে।

চ : নঙগি নমা নপা ঐন থিবিনি। ইত্ং ইল্লকউ চংসি।

প : মী থবন সাহেবপু ঐগি ইপানিস্থ হাগব যাওই। অওইব্রা পুলিশ সাহেব ? নত্রগ ঐবু অতিযাদগি তাবকপ্রাও ? সমাজন ইমাযদ তিন শিংহনব ঐবু প কপিরম্ব ইমা-ইপাহ্ কদায়দ লোৎখ্রবগে ?

চ : ঐখোয়দ লৈকসি ; ঐ নঙগি নপা অশেঙব তাক্কে। মবক অসিদ ঐবু নং নপাগম্ম খল্লু। মপা অমন মচাদ তৌব হৌনব থবক্তু ঐ নঙোন্দ তৌগে।

প : ঐসি পাক ফোং যাদবগি মচা ওইব তারে, কৈ চংসি

( চংমিন্নখি। খম্বাজ্ঞাও অহানবদ মুম্ন রাখল তৌরগ, সুংশা হোন্দোক্লন রাই শংহৌই। )

# অনীশুব মতাং
# ইশুবা উপে

এস, পি. চন্দ্রকান্তগ যুমজাও মাঙোল। টেবল অম থাবি, অকেয়বদ চৌক কযা থাহুন বিক্রমসিংহ, কহ্নাই, থম্বাঞ্জাও, চন্দ্রকান্ত অমসুং সনাজাওবী ফম্মগ অনৌব স্কুল অম লমহেন অচাংশিংগিদমক লিঙ্খংনব নত্ত্রগী অবিবদৈ ওন্থেরব য়া তানবি ১তম্ন শবৎ থাগি অযুক পূং ৮ লোম তাবদনি। পনশুবান্ন এস, পি, গি যুমদ ইন্দ্রাণীগি মবুং গুহ, গীনাই গুই, শেন্নব শাহুন য়াবী লীব ওইবকইব থা মথায় অমরোম ফাবক্লে।

কাহ্নাই: ঐখোযগি Modern হায স্কুলসি ফিদম লৌনফম ওইব স্কুল অম ওইহনাসি হায়ববদি ছাত্র চেও মচং মবক্ত য়াল্লিব ফৌমানাশিংহু ফজন থৈদোক্তব য়াদে।

চন্দ্র: ফৌমানশিংহু থবদ ওইববদি থপ্তোক্লগ জেলদরা করিনে। থমাজনখিসি হায়বব ঐন নহান ছাত্রশিংগি Conduct register ফাক্কুন যেংববু ভক্ষায় অমদৈ হেন্ন ফৌমান ওইরম্ব থেংনৈ। ছত্র ফত্তবশি হু তান্থোকখ্রগ ত্রস্বিব য়াদব, মশান হৈনিংব লমহেন্দব ছাত্র ডাক্তগি স্কুলদ ওন্থোক্লসি হায়ব্রা, অম লেপ্পদব য়াশিল্লক্কে।

সনাজাওবী : ওক্তব ছাত্র, লাইরিক তম্লিংদব, মমা-মপাগি মমিত্ত উফুল চাইব কারকপশিংত্নগ তিম্নত্নন অফব অভাং অতৈ ওল্লক্তে । লমহেনব ভাওশিন্নব নহা মশীং নোংম নোংমগি হেঙ্গৎলকইবনি । লৌনগনব লায়্নাগি মত্তৌনি । অওকপগ ওক্তবগ তিম্নহনব ফত্তে ।

থম্ব : অওকপগ ওক্তবগ তিন্নরগ ওক্তবশিংত্ন মরম ওকথংল্লক্রবদি ম্লারোইদবনিসে । ওক্তব লম্বী হায়বসিন কোলাস থাব লম্বীদ একাগাড়ী থোবগুম মুংভাইদো । অত্নগ মরম ওকপগি লম্বীন চীংথক কানব শেম্বনিন কম্লাক চোকইদো । লাই-রিক্কি ম্লারী কাম্নব শাশি হায়রবদি অয়াম্ব অভাংন হকাম চৈন্নে । অত্নগ ম্লারেম থোরেম, মডগি ম্লারী, সিনেমাগি মুংশি মুংঙনগি মরম ওইরবদি উইবদি হায়রুমু নহারোলশিংন মপি তান তায় । মরম অসিন ঐগি মোত্ত অফব ছাত্রগ ফত্তব ছাত্রগ তিম্নহল্লবদি অফবশিংত্ন ফংচিল্লকওই, ফত্তবশিংত্ন ফগংলকওই । ওক্তব ঙাক্তগি স্কুলদ ওম্হোকপ নত্রগ অওকপ ভাক্ত তম্নব স্কুল ওইহনব ।

বিক্র : অফব ছাত্রনি হায়রবদি স্কুল অতৈদ মমিং চল্লুব লায়ন ফংগনি ; ফত্তব ওক্তব ছাত্রবুদি স্কুল অতৈন পাম্নরোইদব-নিন ঐথোয়' Modern স্কুলাস লমহেনবগি স্কুলদ ওম্হোকপ পামজ্জে ঐগ মোত্তদি ।

সনা : ওঝান কিনরব, স্কুল স্কুলদ পাম্নত্রব, লমহেনব অভাং মথৈ ঐথোয়ন শেম্ব তারবদি, অফব লৈবাক্কি কাম্নব থবক্কিদি হায়রবু লুদি থম্ন লুব ভাই ।

চ : অরুব, অরুব থবক তৌববু থবক তৌব কৌবনিন ঐদি লাইবক য়েংশি হায়ব য়াজরে।

কা : ওঝাদি চৈ থর চাদোরিবনিন তলবর চাউন পীবিব তাই, নত্রবদি ওঝা ওইব কিননি। (থরন নোকই)

চ : Dear কাহ্নাই, ছাত্র অঙাওবন ওঝাবু পাক পাক ফূব য়াব গৌনদে। করিমত্ত কিবিন্নু, অপায় মত্তমদ পুলিশকি help ফংবিনি।

কা : ঐদি কিজদে, তলবতি থর চাউরপ।

বি : তলব চাউন চাউন পীগনি, অরুব অরাব থবক্কি মতুং ইম, মতীক চান।

সনা : লাইরিক্ত নত্তুন খুংশা হৈবগি থবক থরম্ভু তম্বিন ফৈ।

থম্ব : মদূনি সনা ইবেম্মা, খ্বাইদগি মরু ওইব য়াকমদি। শেল থোক্রুব লম্বীদি লৈতে, Hotel, Cinema না শেল পুরকউ হায়ত্থুন তোয়ন কন্ন লাউরিব, মতুদদি মীগি ফুরিংথাওদ মানিংলকই, পোৎ অতাব খুন্নিংলকই।

(পরশুরাম চা পুথোক্লুন য়েল্লি। বিক্রম মুম মুংশিন য়েংই। চন্দ্রকান্তদ লোম ইঙ্গিংন কনানো হংই। "কোম তাকে" হায়ন তপ্ন থুমই ময়াম চা থক্লে।)

কা : ঐথোয়গি School committee meeting অসি লোইংশিনব য়ারে। য়ারেপ হায়ববু অক অকব ছাত্রবু School অতৈদ হোংথিনব Certificate পীথোকপ, লমহেনব ছাত্র

অনৌব কয়া লোব ; লাইবিক্ত নত্তন খুংশ হৈনব কান্নব থবক কয়া ভম্বিধ ; তলব চাউন পীতুম ওঝা অক্ষব মপীং হেন্নহংহনবা ।

খি : মহুনি ছাজিক ময়াম্ন য়ানরিব ব্রা হাষবতু, থবক্ত পাওথোরুব হেড মাষ্টর কাঙ্কাই বাবুন হোংনবিব, ঐথোয়স্ন য়াওজনি। পুংস্ন ৮ হেল্লে। Office কানগদব, School কানগদব —…।

( ময়াম চুংনখি, চন্দ্রকান্তন খিন্দোকখি। পরশুরাম্ন গ্লাস লোইশিল্লি, মেজ চৌকি কম্হোকই, তকথোকই। লাইবিক থর পাযরগ মেম মচাগি ফিজেং শেংপী ইন্দ্রাণী ঔবাইগদবগি খোরকই। উফুল কম্হোকপগি হোবদ— )

ইন্দ্র : হায় ভাইথো, উফুল হোহনগনু।

প : ঐ উহৌদ্রে মেম্মা।

ই : নভবু কনান উফুল কম্হোকউ হায়? পুলিশ তোম্বন মরাইন তৌজ্রগদবদ। পাবুং থানাদ কাথ্রব্রা?

প : মিটিংগি মীয়াম খিন্দোকখি।

ই : কয়া থাপ্ন চংথ্রবগে, থানাদ ওইরিনি য়েংউচো।

( পরশুরাম থোকখি ইশৈ ভংহূন লাইরিক ফাক্তুন ইন্দ্রাণী ভাইহাক শান্নে )

প : ( হল্লক্লগ ) ব্রাণী শাহুম আঃ য়ৌখ্রে, থানাদ লেঙথিব ওইব জারে।

ই : অত্তুদি নংগি ভরারগি ব্রারী মথাক্তু লোইথোক্লো। থবক অতৈ খমথো।

প : ঐগি ম্নাৰীহ্ মুডাইত্ৰাও ?

ই : নোভেল পাবদোন লুংডাই।

প : ঐন নখোয়দ শৈরকইব থা মথাই অমরোম ফারক্লে। ঐন লীখিব ম্নাবীতুদগি ঐগি মবমদ কবি কৱি খডলে ?

ই : নঙসি নমিং য়াম্ন চংপ অক্পাওব নিপা অম ওইগদবদ শোয়খিবনি।

প : শোয়বব মীগি ম্নারী মথা তাথবগি করি কায়দগে মেন্মা ?

ই : শেংয়হম্নিংদতুন শেমগংপ য়াব পাষ্বে থিনিংবা !

প : ইমা মাওখ্রব ঐগি ইমা শাবিঙ্কুন নওন ঐগি ম্নারীসি তারকইব ওইববদি মথা লীগে তাও ইমা-মচা ইন্দ্রাণী। চহি ৮ শুরক-পদ ঐখোয় স্কুলদ তমিন্নব অয় স্ব ছাত্র মুক্নাদ, ফুনবদ ঐডোন্দাগি চহি ৩/৪ হনব ফাওব ঐন ডম্নখি। মতুগি মনা ওইন ঐ কবি ফংখি ?

ই : ওঝান স্কুলদগি নওবু তাম্হোকপ।

প : ঐবু মুক্না শাম্নৌ, মী ফুনৌ ইন্সিনখিবদি কনা কনানৌ ?

ই : ওঝাশিংন।

প : থংনৌ. মুক্না শানৌ ইন্সিনবস্থু ওঝাশিংন, পাণ্ডব অতাং মমা মপাগি ম্নাকত্নগি ঐবু তাম্হোকপস্থু ওঝাশিংন। ঐন শাউনিংবদি মদু নত্তে।

ই : করিগিনো অহুদে ?

প : ইমাম্নবশিং, মখোয়গি মমা মপা ময়াম, হুনিয়া পূম্নমক ঐবু মম্না মপা মশক খঙনব "লমজা-পরশুরাম"। শ্রীজিকম্

মথোয়্গন লরুবত্থ নাকোং ময়েশিনবমথৈ তাল্লি। (মথা চিক্লুন, মনাকোং মেস্থিন্দুন থাওব)

ই: তাইবত মী অগাম্বন মীগি মবাল, অহোব ছিত্রদ থিনিংই; লৈজরিব মতিক মগুণত্থদি উবিদে। মী থাগৎপদ মুংভাইব ওমদে, মী নোরবদ, ছন্থবদ মুংও'ইব ওমই। মদু নপ্রবদি মণিপুর সনা লৈবাক অসি নহান্ন চাওখৎপগি থাক কয়া কাবম্মগদবনি। মতম্ন অশেওব উৎসক্তিব ফাওব থর থাওথিব তাই দাদা; থ'ওনব থোনা লৈবিযু।

প: ঐবু য়োকপিব মাম থগ্বাঞ্জাও, ইনে লৈবিক্ল ফাওব ঐবু তাকুনি, হূরাল্লি, জ্বার শান্নে, মী যৈনৈ. ওক্তে অসিনচিংব হায়তুন ময়ুমদগি তাম্হোকুব লাক্লে। মতুম্ন হায়ভিল্লগ মথোয়নিগি করি ওইজ্রব ঐ থদ্দে। মথোয়দ লৈত্রবম্ন থোক্লব লাক্লনি হায়তুন নহান্দি মামতু পুল্লগ থব ফুক্লরে। মতুদগি নথোয় পাবুংন থামতুন সিদ লৈবাবব, নওগ শক থওনরবিব অসিনি।

ই: ঐন য়াম্ন তানিংইব মতাংদি মদু নত্তে।

প: করম্বনো?

ই: নওগ কনানো অময়গ য়াম্ন মুংশিনৈ হায়বদো।

প: ও: মদু ওইরে। ঐসি মেম্মা তাইবওপান্দ লৈব মূলী অমতুন মুংশিবিত্রব নিপানি।

ই: করম্ন থওইবা?

প: ইমান ফাওব মুংশিত্রতুন হুন্দোকপিরম্মগ "চেনপ্রবদ ঐবু

হুংশিবিগদব লৈত্রে খল্লম্মি। অদুবু অঙকপ তাইবঙপান্নি, সুপী মচা অমত্তংদি ঐবু মতম খব হুংশিবিরম্মি।

ই: কৈদৌবদগি হুংশিনখি? অচুম্ব হায়য়ুকো।

প: নোংম ছাত্রী ময়াম স্কুল কান্নব মতমদ পাখঙ মচা ঐখোয়' লেংগা ৪/৫ ন খব চাউবা অমবু লৈক্লে। ঐন খাম্বদগি মখোয় মরি মঙা চঙহূন ঐবু হৈগে তৌই। মখোয় মরি মঙাদু ঐগ ফূনৈ। অমন কোক্ত চেক্তুম্ন থাবম্মগ চেনখি। ঈ য়াম্ন থোকপ উৎবদৈ মখোয় অতৈত্তুসু চেনখ্রে। সুপীমচা অনৌবী অদূন মুগাগি কনাল ফজখ্রব অমন ঐগি অকাযব কোক্ত কিবিবম্মি। সুপীমচ মযামদু ঐগি মীচং ঙাক্তনি মুমিৎ অদুদ। ফরে কৈসু তৌদ্রে, নখোয় স্কুল কারো থেংখ্রনি হারম্মগ ঐ যুমদ চল্লবই।

ই: কোক কায়বদু নাদ্রাও, কয়া থীন কায়বগে?

প: (উৎলগ) মফম লৈরিবদু য়েংউ, ফন থীন কায়ব জাংনি। অদুবু ঐদি নাব খঙখিদে।

ই: করিগি?

প: সুপীমচা শঙ্কু অমগি Hero নবু নাব খঙব হৌনব্রনে মেম্মা

ই: হুংঙাইরেদকো কোক্কায, মখা লীথৌ।

প: মরি মঙানি লৈরগ, কোক্কায়বাগ চৈনাখোন্সু কয়া লৈ[illegible] কান্দ——

ই: মমৈদ কোক্ কায়বগি চৈনাখোন খরদি ফাওরকপ রা ওইরে?

প: করিনো, কোক কায়ববু নাদে হায়ব্রনে মেম্মা। মখোয়'

মমাগুদ কপ্পুৰ ইকাইবদগি নাশিন্নদবনি। ঈ মায় তাখিবগি কোক ভাওরি ভাওরি তৌথি, য়ুমদ হল্লকুগ চীক্ চীক্ লাউন ফন কুইন নারিপোৎনিনে।

ই: মথোয় মমাগুদ "অয়ো ইমা" হায়হুন কপকেদি হায়ত্রগ— মথা লীথৌ অপগু!

প: অহুদগি ঐন রুমালদো, মুগাগি ফজবদো?

ই: হোয়নে, রুমালদো কৈদৌরবগে।

প: কনাগি রুমালনো নিংশিংইব্রাও?

ই: লৈশাবী অচৌবী, নগন থর ফজৈ থঞ্জব অহুগি রুমালনিনে।

প: ইথস্তুন ফজৈ থঞ্জবগি রা নত্তে মেম্মা। লম্বীদ চৎপ পূম্বন মাবুদি থুদি থীনি হায়ব কাউবমথৈ য়েংনব জাৎনি।

ই: থগলে, ফজজরো; মথা করি?

প: মান পায়ব রুমালহু ফাওব ফজৈদনা।

ই: ঈ তৈথোকৃব রুমালহুবু কয়া ফর্জানি হায়বগে?

প: (মাগি রুমাল মুগাগিহুন মকোক্ত য়েংচৈ) হকচাং সাপোন, মনম হুংশিবন ফজন শুদোক্রুবনিনে ঐন। মঙ্গোল্দ নোংম মী পাংয়াম য়ায় চৎনদব তাঞ্জাদ পীরুরে। মান মচীন

ই: থোয়রুম তৌবহু থুম্মগ ফত্তে, য়ুমদ পীবিরো হায়রক্রে।

প: অহুক উশিত্তন হায়রকইববু য়ৈরম্বদি কৈদৌই?

প: য়ৈরুবদি হায়রুম্নু, ঐ কোকসি উরু-রু ভাওবনিনে।

ই: করিগি?

প: ব্রাখুল্প চময়বা। ইস, তাইবংপান্দি সত্য, পূমগুম ভানবনে.

থাবয়, খুরম লক্ষ্মী অম কৈয়াদ ফজন পাকথোক্লক্লবগে হায়বা ঐগি ইমাজন—করিনো। লক্ষ্মীতুগি নাকন য়েং-ওইদ থাবৈম্নে, কথোক্লে, শিঙ্গাইনন পূমডো।

ই: লক্ষ্মীতু চংলগ মথোয়' নযুম তাত্রাও ?

প: অচৌবী লাইরিক ঙৈরাইশংদ তাতুন ফম্মুরবনে, করি করি নারান খুরুম্বগি ফোলাকা লৈরমতুন চারগ ফমতুন ওহাক রারী শারে। মুংশিখ্রেদা তাইবঙপান, ফজখ্রেদা মতম অতুগি রাথল। অতুদৈ ইথঙ খঙহৌদন থাবন্দুদ নোং থাকক্লপবু।

ই: কদায়দগি থাক্লকইব নোংনো ?

প: অচৌবী মপাতু থোক চঙলক্লে, শংত্রিক য়েংলগ—কনানো, করিনো ইবুংঙো ? সিদ ফমগন্নু চংলো। ঐ নপান্দ ছুং থোকই, যেনথাদ ওহাক লেপই। অচৌবী মনঙ্গন্দ খুত্তুম পোপ পোপ, মপান বজ্র থাদরিবা।

ই: নোং থাকপ হায়বতুরা ?

প: নত্তে, থাক্লকইবদি মথোয় মপাগি মথনাওদৈ,—মমা মপা মশক খঙদব তাকু, লমজা অতুবু করিগি নঙন ফমহল্লিবনো ? ঐগি নাকোং অনৌসি চিথ্বায়বমানে থল্লি; য়ুমদ চেক্লমই তাইবঙপান্সি থুম্মম মমখিরম্মি মতম অতুদ। ঐগি য়ুম খঙদে, লৌমুক লম্মাংদ চতুন ঐনা ইপা কৌতুন কপ্পমই; মমা পাঙব তমথীরব ইমাসু ইপাসু কনাঅমত্তম ঐম কৌজবতু খুম্বিথিদে—তাইবঙপান্সিদ ঐগি অম্নি মতা, মরূপ মশাং কনা-মত্ত লৈজদে ইত্রাণী ইথেম্মা। (কপই)

ই : ( মপিল মমিৎ থুমগ ) নঙগিদমক্তু ঐ লৈরি, কপকম্ু । নঙগি মরীমতা, মরূপ মপাং লৈনব ঐন হোৎনগনি । মম উরব তমথীরব তাইবঙপান্সিদ নহাক্কী থাবস ঐন থোকহনগনি ।

প : মেম্মা, অদূক মুংশিব য়াহৈত্থু নঙোন্দ কনান তম্বী ?

ই : ইমান তম্বী ।

প : ইমা লৈতব ঐদি মেম্মা, ইথরাই চাক্লব কান্দ অদূগুম্ব অইংব য়াকৈদো তাব ফংদেদো । ঐ কাউখ্রে, ঐন কম্মদ থেম্বিব ইমাদো ঐ মশক কাউশিল্লক্লে মেম্মা । নঙন ঙসি নিংশিং-হনবসিদি তাকু ঐগি পুক্নিংসি নৌখ্রেদা করিনো ? মরক মরক্তু তাইবঙপান্সিদ ইমাগি থোঞ্জেল—শূক্লব অহিংগি নোংম্নুংশিত্তু কম্মাংনরব ঐঙোন্দ নোংথাংন মিকুপ অমত্তং লম্বী তাকপগুম ইমাঙদ তম্মরিবনি থঙই । তাইবঙপান্দ ঐগি মরীমতা, ইমা ইপা, মরূপ মপাং কনামত্ত লৈতে ; পূম্নমক ঐবু লক্লরিব ঙাক্তনি । ঐ লেম্ন থক তোক্লোই । সমাজ ! নঙন ঐবু শীংহৈবদো মাইয়োক য়াম্নি পরশুরাম—নঙন ঙম্ব্রা, ঐন ঙম্ব্রা য়েংনসি ।

নঙবু ঙাওরব্রা ও দাদা ? সমাজগ অতুম্ন শীংনব হৌনব্রা ও ? নহাক্কিম্নু মরিমতা, মরূপ মপাং করিমত্ত য়াৎলোই ; পাবুং লৈ, ঐ লৈ, সমাজন নঙবু নোক্লবগি করি মতীক লৈবগে ? পাবুংন নঙবু মতম থরগি মতূংদ সমাজন কল্লক্লগদব মীশক অম ওইহল্লকনি হায়বনি । মীংব কায়গম্নু ; আশা চাউন, মুংঙাই মুংঙাইরব য়াথল থন্দন শাম্নসিবা ।

প : (মপি তরুং তরুং চেয় মমায় তৈথোক্লগ) মুংঙাইব য়াখল থন্দুন শায়গদবনি মুংঙাইন মচাদি মেম্মা। ঐন কাউহুন ঐগি অয়াব য়'বী নঙ্গোন্দ লৌরুরে।

ই : নঙসি ভাব ত'থিদ্রেদা। মুংঙাইব য়াখন্দু থন্দুন শায়বদ নঙস্মু য়াওগদবনে।

প : চুম্মি মেম্মা, য়াওগদবনি। বসন্ত ঋতু চঙলকপদ উ-রা পুন্নমক য়েন্নিং হুনব মতমদ শামু মথক্ত তোংহুন লুহোংগদবনি মেম্মা, ঐন নতুংদ তোংহুন পেত্রোমেক্স থাওমৈ পায়গনি সংঙ্গোশান হরাওবদ ত'ইবঙমী পুন্নমক হরাওগনি, ঐস্মু মীনি, কবিগি য়াওবো'ই!

ই : নঙ পঙমল্লি, লাইরিক তম্ব য়ারোই বুহু।

চন্দ্রকান্ত : (পরপ পরপ চঙলকপদ হায়ফেং তাহোহুন) মুপীমচা, নঙন লাইরিক তম্ব য়ারোই বুহু হায়রিবু কনাবুনো? লাইরিক তম্ব য়াদব মী লৈতে, ব্যবহাব কায়ব য়া থক ডাওফদে।

ই : ঐথোয় ইমায়ব অম য়ায় পঙবগি য়ানি পাবুং।

চ : কমদোন পঙইবা?

ই : হেরা, চাক চামিন্নসি হায়রগ ঐন চাব স্নুম য়েংহুন লৈরিক্র ঐথোয় Class fellow অমন। ম'গি য়ারীনি।

চ : নঙগি দাদাস্নু স্কুল অনৌব ঐথোয়গি Modern স্কুল, মমিং চল্লগ তমহনব তারে।

ই : ফরেনে; ঐন লাইরিক তম্ব কাবদ লমী ফন শাংন ভিন্নরে।

প : ঐবু হুজিক ক্লাস টেন্দ মিং অমুক চন্দুন তমথিবা!

চং : য়েন, তমথিগদবনি, অতৌ অতোব ছাত্র য়াম য়াওরিবা লাইরিক তব কাব থেঙজ্রিব্রা ইন্দ্রাণী ?

ই : চংলনি পাবুং, পুলিশ তোঙ্গু লৈতে, কনাম থিমবিনি ? সরকারগি পজিশু থম থিলহনব য়াথোইজ্রাও ?

চ : সরকারগি থবক্ত ঐবু তোংতুন চংবু হায়রতুম পীবনি । নঙন তোঙব নিয়ম নত্তে । নঙগি দাদাবু থিলহল্লু ।

পা : থিনবিগে চংসি মেম্মা, জীপ তোংববুদি চংনব থোঙন চংপন হেন্ন মুংঙাইনিদা !

ই : চংসি লাকও ।

( ইন্দ্রাণীন মাঙ থারগ পরশুরাম মতুংদ চংথি, চন্দ্রকান্ত য়েংতুন লৈহৌই । )

---

## অনীশুব মতাং

# ৩ সুবা ংউংলপ

পরিক্রি পার্বত মুমিদাংবাহই বিক্রমসিংহ জজ (39 years) অমসুং মাগি লুপী সনাজাওবী শারী শেংপী (34 years) য়ারী শাহুন হবা চারী।

বিক্রম : মতমগি অফাওব পণ্ডিতকি মোত্ত পৃথিবীগি মীশিংসি মোংমদ লিশীং ৪০/৫০ হেন্নগাংলিং হায়রি। শেন্দোয়ন শেন্দোয় পোকপীদ হেন্নংলিব। চাং অসি হুন্থত্রথদি পৃথিবীগি লৈমায়সি মতম থরগি মতুংদ মী অমমমদ বর্গ ফুট অমমমদ থুংহুন হিপ্পব লম লৈরকওইদ্রা হায়বগি চিংনবন মিপাইব য়াওনরে। ইবানিগি ইমুংদি মী অম কাওব হেনগত্তে কররে?

সনা : য়াত্তপাদন পাল্লিবসিবুদি অডাং য়াওরগ নোংতুন থেহুন চারা নাম্মত চাবন হেন্নমুংডাই হায়নবত্থ চুম্ব তাই। অতৈদি লায়রহুন অডাং লৈতবসিদি মিংগোকম লৈতহুন য়াম্ম মতা চাদব মতমবু লাকইনে।

বি : ইবুংডোগি পাবুং হায়ব য়ানব, কৌব কোয়দনব য়া লৈদো মহারাজ কুমারী!

সনা :- মাইব মাইবীন অডাং শোয়বোহই হায়হুন কোঁশ্রিব শেলগি লুপা লিশীং ১/২ বু শুত্রয়িনি। অদি-লমসি মাইবীগি য়া ওইরবনা মথোয় পাবুঙ্গ অকপিদোম্বিনিবো!

বি : মাইবিগি রা নত্তে, শোয়ত্রপোৎনি হন্দকিসিদি।

সনা : লুপা কয়ামুক চণ্ডগনি হায়বগে মাইবত্নবো ?

বি : লুপাসু চগলোই, মাইবসু য়াওপোৎ নত্তে।

সনা : অদুদি নৈশাবী চহি ১৮/১৯ শুববীন হায়ব রা ওইরব্রা ? মদুদি ঐ কৈদৌডৈদসু য়াব ডম্মোই। ইথব্রাই মণ্ডাসিদগি অমত্তংবু হকচাংদ পল্লিডৈদ ঐন হেক নুপী অতোনবী থীহল্লবদি ঐদি নিংথৌন পোকপী নত্রেদনা।

বি : শাউগৎথিন্নু সনাজাওবী, নুপী অতোম্বী অম থিবগে হাযব রা নত্তে।

সনা : (নোকফেৎ তৌরগ) অদুবু নত্রবদি কবিনো তাকপিযো, ফিগাও শান জজ্জ সাহেবকি হুকুম যাজরিয়ে।

বি : থাযন মমাংডৈদ—অা ——

সনা : মথোয় পাবুং থায়নদগি পাখঙ ওইবকইব্রাও ?

বি : চুমই, থায়ন নত্তে, নহা ওইরিডৈদ ঐগি মরূপ অম লৈরম্মি, মদু.... .

স : নিপা মরূপ ওইবিরব্রা, নুপী মরূপ ওইবিরব্রা ?

বি : ঐগ ইতাও শান্নথিব নুংশিথ্রব মরূপ্নি।

: মশা লৈত্রব্রা হৌজিকপো ? নোংমত চাক কৌশিবা ?

: মশাদি লৈত্রে, মচা অম থনম্মি।

: মমাদি কদোমদা ?

বি : মমাদুবু খুওদে, মমুম পানথ্রব্রা, লংথৈদ জগোই শারুনি হায়ব্রা, বৃন্দাবন চৎকনি হায়ব্রা করিনো চৎথিবদগি অদুম লাইরৈবাক্ত য়োথ্রে হায়ব্রা করিনো ঐ মুম খঙদ্রে।

স : মচা পিশক হুন্দোক্লম্মগ চেনখ্রিবী অফাওবীহুবু লাইরৈবাক্কে লৈকমগদ্রনে জজ্জ সাহেব ? মাবু খিবিরুগে হায়রবদি যম লৈবাক লোমগি টিকেট ককপিখো—মহুদ জজ্জ অমন করম্ন নোবোক যৌনব টিকেট ফংগদগে ? ( খঞ্জিন্নবগ ) এঃ ওইদব রা থব ভ'ওবিববদি টিকেট লায়ন ফংবিনি ।

বি : ভাব তাংখা সনাজাওবী, মুপীহ খিব চংলুগে হায়ব নত্তে, নিপামচাত্ত মপান ঐঙোন্দ শিন্নরম্মি, যোকশি হায়বনি ।

স : মমাবু য়াওদ্রবদি য়োকশি হায়রিবনি, বেরা লৈজদে । ইমা কৌদি য়ানিকো অঙাংহুন ?

বি : জ্ঞান তাবব পাথঙ ফাবব অঙাংনি, ঐঙোন্দ পাবুং, নঙোন্দ ইমাশি ।

স : ঐঙোন্দ ইমাশি কৌবিগদব ইচা, যোকপ ব্রাদন ফংসব ! কদাযদ লৈবগে, পবপ পবপ চত্তুন লৌকবসি মাগি পাবুং ?

বি : সনা নঙবু হযেং 'অঙাংহু পাথঙ ফাবে, ইমাশি কৌব মথোল হৌমল্লেকা হায়ুব জাংল' ?

স : করিমত হায়জরোই, কৌদবু কৌবিরবদি । মমিং করি কৌবগে ?

বি : পরশুরাম ।

স : মমিংহুদি কিজৈদা । মাপি মমিংহু রামসনাকা হায়হুন ও য়ারোইদ্রাও ?

বি : করিগি য়াদগবনো অহুবুদি । ( চংমিন্নখি )

\ পরশুরাম, তোমাল অমসুং কাক্কে রারী শাহুন লাকই ।

পরশু : পুক্নিংদ লৈব ৱা লোত্তুনা থম্ব নিংমচাশিংগি মতক চাব লিচং নত্তে। হায়নিংব ৱা হাবযু, হংনিংব ৱা হংউ, নিপামচা অম ওইনা তাক্কে। ইত্থংদ ৱা ভাঙনব, তকতা শন্দোকপ, ওইদব ৱারেম্ন মাবু মাংহন্নব হেংনগনি।

তো : অশেঙব হায়বগী শাউরোইদ্র ও?

পরশু : অশেঙব ৱাগিদমক ঐ কৈদৌউবা শাউদে। ঐনা য়ম্ম শাউবিবসি অরানব ৱান অশেঙব শাহুন মাবু মাঙহন্নব হোৎনবর্নি।

তো : পাম্বো শিংজং পাগবন হুজিক থাদাগি S. P., ইন্দ্রাণীগী পাবুংথো।দ লৈবিবতু নগাবোল থবন নিঙোল মরা ওইদোবিব নত্রগ নিঙোলগি পিবা ওইন . .

ক্বা : নত্রগ নিঙোল শেম্নব C. I. D, পাথৌ মরূপ লাংথাকপা।

পরশু : তকু মরূপ ঐগি মবমদ সুক থঙানংঙিবসি কবি মরমগিনো?

তো : ঐথোয় তাকু মরূপশুগি ৱা নংও অথোব! লৈবাক মীযাম শাওং শাদা নিংথীব, নথোনা লৈব, নবোশিং চাউব পাথৌ নহাকপু মচা ওইনিংই, মগাক ওইনিংই, য়েকব ওইনিংদে। মরম অতুন মরূপকি ৱাসি খ্বাইন থঙনিংই, থিগৎনিংই।

: মরূপ ক্বাক্লেগি মোতসু অসিবা?

: অশেংব হাযনি বন্ধু, কাক্কে লংজা ঐগি মিৎশিন থিবিবসি শেল অশিব হায়বদি কোম্ন থব পোং, চেকশিন্দন লৈব লাকপ মাগদব হুপীমচা। শিংখ্রব নিপানি হায়তুন কুবিৎথাউ

থওইদব, অডম অথৌ মতিক লৈব ইমুংগি লৈশাবীনি হায়তুন লম্বী লমথাংদ কোম্ন চংপ, পোৎচৈ কোম্ন লংথোক্তুন থম্ব পূম্নমক ঐডোম্ব শীংনবনি। ত্রোযগি হেসেন, ইজিপ্তকি ক্লিওপেত্রা—I dont liko, ঐন থরাইন তাজবদি S. P. ন পোকপী ইন্দ্রাণী, সনা লৈবাকসিগি শকহেনবী।

প: মরূপ ক্নাক্লেন ইন্দ্রাণীদ থরাই তাবিবাস মান লাইবিক তম্ব কাবদ চপ্রাসী ওইন লাইবিক পাযতুন ইন্নিংবগি ভাবনা নপ্রগ থম্ব শাবিতুন থোইবা পাম্বগি রাবাও ?

ক্না: অকোনরগিদুনি বন্ধু।

প: ওন, আশা তৌবযু বন্ধু। পুন্নিংদন আশা তৌব খুৎ যাওদবদি কাদোক ভাগদব লৈতে।

ক্না: মরূপকি আশাদ, ঐগি আশান খুবৌ ওইন থোক্রদ্রাও?

প: থোক্কে মরূপ, ঐ S. P. গি C. I. D. নত্তে, মমাক ওইব পামদে, মরূপ মযামগি দুযমন নত্তে। ঐন দুজিক পাম্বিবদি অডাংগি দুসমন ওইব মমা মপা অহল লমন, মচা মশুবু মমান্নবগি মমাডদ ইকাইব পীব, লৈশাবীশিংগি মমিক থোঙ্গোইনব, দুবানব, অডাং হাৎপশিংবুনি। মাথোয়বু লোইন হাৎপন ঐগি পুন্সিগি উদ্দেশ্যনি ; ঐবু ভাব তাবিরা?

(চৎথি অনীন ভক্ত য়েংহৌইন্দ

তো: মসি মী হাৎতোরিবনি, ফাগি তৌকনু।

ক্না: দুনিযাদ ঐন কিবসি মাবুদনি ভায। (অমীসু চংখিন্দ্র

# অমীশুব মতাং

# ৪ শুব উপে

বিক্রমসিংহ জজ্জ্গি বাঙ্গলাগি কা অমদ মতৈ মনাও ব্বারী শারি। টেবল চৌকি ফজ ফজব মফম চ'ন চ'ন থাব উই।

বিক্রম: নহা ওইরিবঁদ সত্য ঐথোয়ন ডাওবম হায়হুদি করিনো নিংশিংবদ তু চুংব ডাক্ত।

সনা: হুজিক্তি ধর্ম্মাবতাব বিচাবপতি ওইব্রবনিন কনানম্মু নিং-শিংলবোই, লোইন তমথোক্লসি।

বি: ঐথোয়গি ইমান্নবশিংহু যাওশং কে'য়বদ শেঙ্গাও লাকই; মুপী চুম্ন থেম্বদ য়াত্রবদি নম্বো থাবিবনি। তোহৈদ্রব থবক কয়া মী খওহন্দ্রবদি বেবা লৈতে হায়তুন শেল থর পীবগ অহল লমন, থানা-মুংনা তুম্মিন লৈব ডাকুনি। ঐ নম্তুব ইমান্নবশিংহু ফাদোক থম্বদ, দ্বীপান্তরদ থাবদ মতীক চাবন অয়াম্ব, অহুবু মথোয়স্মু ফন চাউর চাউরব বাবু ওইব য়াওখ্রে, অডকপনি।

সনা: লৈমশিজ মুংডাই য়াইফব ইমুংগি নিডোলসিদি ঐথোয়গুব থর নম্তুন থাজবিরুম্মু, ওক্রথিদ্রব পোংনিনে জজ্জ সাহেব। মপামদ লৈরিবঁদ য়ুম্নাক মঙা তরাদ ওংবল অয়াম্বনি।

সিপাহী নত্রগ নিংথৌগি মনাই অদুম থাতুন অপাম্ব পাথওডু ময়ুমদগি ফারুবিবনি রাবেন্ট থাতুন। মতমতুদ কিবাঁর শ্রীযুৎকি স্না মোংবা অওকপনি।

বি: রা রা লাওনত্রাও লৈবাক্রা?

স: অচম অপোগি ইমুং তোকতাদ হাপ্তুন য়োল্লবদি মরৈ তং-লোইদোবো, খী-খী কিনতুন তুমিন তুমিন মচিন ফাজিন্দুনা লৈনরিপে ৎনি। মচীন খী হাযনি; ঐখোযদি গঙ্গাজলগুক শেংব জাৎনি, থাঙ্গবিযু মায' পাবুং।

বি: মতু নত্রবদি মহাপ্রভুন হাথিব তাপি জাৎ ভাপাই ঐবু খোংবানগি ঈশিংদ থাদোক্রমগদ্রাও? গঙ্গাজলগুম্ন শেংলবী নহাকপুদ থন্দুন পাবুংন মমৌ ওইরম্মিবনিনে।

স: ঐখোয়ন খোকশি তাওনবিব পাথওসিবু মথোয় পাবুংগী খোইদোকপ মরী থোকপ অতাংদি নৎপদেকো?

বি: কদায়দগিনোমে সন! ওইদব ডাওদব, কোর্টকি বিচার তৌরিব ঐবু থাজত্রবদি Contempt of court হায়বাদ ব্রায়েন লোইশঙ উশিক্তবগি দণ্ডি ফংনরিবনি মা পুন্নমক।

স: অদুগ জজ্জ সাহেব, অতাংগি মমা মপাবু অশেংবমং লৈথিদ্রবরা?

বি: মমাতু মণিপুরদ উথিদ্রে; কাশিদরা, নবদ্বীপতরা লম্বোঙ্গু, লৈখ্রে হায়ন তায়।

স: কাশী নবদ্বীপ্পচব তীর্থ মফমদ লৈবী বৈষ্ণবীশিংদি গঙ্গা মপান্দ তাবনিন ইল চিংব হৈগ্রে হায়নৈ।

বি: অচৌব ঈশিংদ চিংব ইন্ন তা অচৌব ফাব মশান তাবনি।

(থম্বাপ্রাও, চন্দ্রকান্ত লাকই) করিমন্ত হৌহৈবিসু, চঙবি-রকউ তা থম্বাল, বক্সু ফম্বিবো ; চা থর শেমহন্নব তৌরু সনা।

স: অঙাং চাউঃবাকি য়াহুদি পুলিশ সাহেব?

চন্দ্র: অহুগি লাকচন্নিবনি অজ্ঞা ইবেন্মা।

স: করেদা অহুদি, চা লৌজরুথিগে। (চৎথি)

বি: তা থম্বাল কথম করম পাল্লিবগে?

থ: চাকচা হৈজানবগি থবক তোকউদগি সনা শুবন্মু তোকচবে মিৎ উত্রহুন।

বি: করিগিনো মিৎ অহুক থুন শোকখিবদি, চহি ৬০ শুবন্মু নত্তনা?

থ: কর্ম্ম ফত্তব, মুপী অঙাংগি দোষন ওইব তাই অজ্ঞা।

চন্দ্র: সনা শাবদগি হেন্ন কান্নব, মকদ্দমাগি য়া নোমথোক নোমশিন তৌহুন মুংঙাইরব নন্ত্রনে তা থম্বাল?

থ: কনান মুংঙাইজরুগবনো পুলিশ সাহেব। থায়ন তিন্নরব মন্নপ মপাংন হুজিক ঐথোয়বু শক থঙবিপোৎ নত্তে। ধর্ম্মন মন্নপ্নি, আইন মধী মতানি হায়হুন লৈনখ্রবদ অরানববু চুমহন্নু হায়হুন চৎনুবদ মীন ফিদা থানিংদ্রে ধর্ম্মাবতার। হায়মুদ তা থম্বাল নঙবো, জজ সাহেবকি মমাঙদ হায়-দোক্রগ ফজদে হায়হুন তৌরগ।

বি: হায়যুনে করিনো, মন্নপ অরীব মশেন যুমদ য়ারী শাববু কৈদৌই হায়বগে?

চ : তা থম্বালন শন অনীগি পাণ লৌবগ শম ১০ থারুবৈ ফাবত্থ ঐন থাদোকপ নত্রাও ?

থ : থাদোত্নুন কৈদৌদগে। মত্থুগি থোঙভমত্থ শেল মাঙই।

চ : কবম্ম মাঙইবা ?

থ : নাগ বালিদ শাগ্নর জুবারদ শেলেপ য়াওনা অত্থুম থাদোক্লম্মে।

চ : পুজাগি আসামদ চগোয় শাকনি হায়ত্নুন পুখিব মুপী ৩/৪ ত্থ কদাই কদাইদ য়োল্লম্বগে ? অসি য়ৌন হায়রবদি ফত্রাও ?

থ : অমন গুলাঘাট্টি অমন মাড়ঘরিতাদ অত্থুগ অমত্থুন বাহর-কুটিয়াদ মযুম পাপ্লহৌবনি। ঐন য়োন্দুন শেল কংহৌপোৎ নত্তে সাহেব।

বি : শন্দ নত্তুন তা থবাল মী য়োনবগি কারবারশু তৌক্রত্রাও ?

থ : জজ্জ ওইববনি যায়ত্থুন ইবুংঙোথোয়ন নচা ননাই, মমাংঙৈগি মরূপ মপাং, ছুতি মুংদি করি চারিদগে, করি শেংলিদগে য়েংলিবদি নত্তর্বনন, ননাই ঐদি ওয়ক্লোক ওক্লোকপ থবক তৌত্থুন হিংলকইবনি। ঐদি ছুজিক ইজাবমালদ ললোন্দুন মরূপ মপাং অওম অথৌগি পরীক্ষা লৌজরনি ; ফাদোক পীগে ননিং, ঐদি হল্লবোইদবনি, অশেংবদ হায়নি। দি

বি : তা থম্বালন অওকপ থবক তৌবদি তল্লিদো। অজ্জু, য়োক্রব থাদ লুপ ২৫/২৫ পী. লম হেল্লী, য়োকপ ভস্মরোং-হায়ত্থুন তোকই।

থ : ঐবু পুন্দুন ফুব ডম্ব অভাংবু থাদ লুপা ২৫ গি য়োকপগি

কনামজ য়ারোই হুজুর। মাগি মরিংজেলদি হন্দক হুজুরগী খুডবিগদব লৈরে।

চ: ঙা থম্বালন পামইবসি থবক শুদন পেন্সিল চাবনিদ। দারুগা ওইয়ু পামদে, চাপ্রাসী ওইগু পামদে; করিনো ঐ:থায়ন ভোগদব উপায়দো?

থ: ননাই ঐন হৈনভব ইশাগি পীথোরকপ, চপ্রাঃবসি কুপ্ন চচ্চব, পাউ পুথোক পুশিল ভৌবয় অতুম পুগগে।

( মথোয় মনীন নোকই, সনান চা কপ ৪ পুত্থন চওলকই।)

সনা: করিনো নোক্রেদা, নহা ওইরিঙৈগি য়ারাবো?

চ: মানি অঙ্গা ইবেম্মা। ( সনান চা য়েল্লি )

স: ফাগি য়াম্ন হৈবিবোইরে তা সনা শাবদি।

থ: ফাগি হৈব নচেদে অঙ্গা ইবেম্মা। ননাই ঐন হৈজব শিনকম কান্নহনবিদবগি কপচবদ ইবুংভোশিংন খুংশব থওদন নোকপিবনি।

স: সনা শাব নঙব করি করি শিনকম হৈবগে?

থ: মিৎ উব য়াংলকপদগি সনা শাগদ্রে। ননাই ঐন খ্বাইদগি হৈনব থবক্তি মী থওনদব থওনহনব, চান্নরমদব চান্নহনবনি।

: ঐথোয়গি ইচা পাথও অম পীনি হায়দুদি কৈদৌরবগে?

: পুরকুন কোম্বোংদ ভাইগৌরি। সনা য়াথং—

স: অম্বাংবুন থোঙ্গাল শওহন্নগ অহল মথৈন অভাং ওইরিডৈ য়ারী শাবিবিবু কয়া য়াম্ন খুংডাইগ্রব জাৎনো?

বি: ঐদি অভাংবু থোঙ্গাল লৈহৌই হায়নবু থওদ্রিনে।

থ : ননাই ঐখোয়না ঙহাক ঙাইসনু হায়দুনা তাকচব্বনি। ননাই ঐ কৌশিল্লকুগে ' ( থোকখি )

চ : নহা ওইরিবঁঙে, ঙাওব য়ারিবঁঙে নুংঙাইরম্মিদ্দ' সত্য। হুজিক ধর্ম্ম কাযদব, আইন ইনব, মরম ওকপ, অহল শাহুন লৈব সিদি সত্য, তনব জাংনি ঐজ্ঞা ইবেম্মা।

স : ঐখোয় মাগি পাবুংথোয়দোন S. P. সাহেবসু নহা ওইরিবঁঙে য়াম্ম ঙাওবিরকপ্রাও ?

চ : ননাই ঐন হুজক আইন কাই, মরাল লৈব মীনি হায়দুনা ফাজরিব ময়ামসি ঐখোয়ন অতৈ'ও ঙাওরকপ ফংপোৎ নত্তে। ঐখোয় কাঙবুহৃদি মী অচৌবদি পঙন হাৎনদে, মী মহা —ঙারোই মচা—ঙমু মহাগ জাৎত্তি ঙানম পামখ্রব ঙাক্তনি।

স : বিষ্ণু, বিষ্ণু। তবদ তুচুংব ব্ব' ঙাক্ত ! হয়রিব থবকসিবু মাগি পাবুংথোযসু যাওবিরুব্রাও ?

বি : বন্ধুগি পাউদম্ম কিববনি সনা। ঐখোয়দি য়াওপোৎ নত্তে, মাইব মাইবাশিংন দোষ পুজখিবনি।

স : প্রায়শ্চিৎ তৌদন হুজিক কাওব লৈবিবিবসি চুম্মিব্রাও ?

চ : ঐখোয়াদ চয়োল থুদিংগি গোপাল সহস্রনাম তায়। মন্দির অম কচ্চখ্রে, কাং—ঝুলে ন মতম মতমগি থোরকপদ থুবাব ঈশৈ নত্রগ হুপী পালামক ঙনদ্রবসু থেচ্রৌ পাগি নোংমদি পুজে। ছুটি থা মখায় অম লৌজরগ গঙ্গা, যমুনা, তাপ্তি নর্ম্মদা, কোঙ্গো, হোয়াংহো, মিশোরী, মিশিশিপি, মরে দাঙলীংদ লুপথোক্তুন পাপ পুম্নমক অমুক্তং শেংন শুদোক চরুগে থল্লিব কুইজরে।

স : অতুক য়ান তীর্থ ময়াম চংতো শকক গোপাল সহস্রনাম তারগ পূম্নমক কোকই হাযনবতুদি ?

চ : অতুস্থ কোকই হায়নৈ অজ্ঞা, অতুদ ননাই ঐথোয়ন তৌরুব পাপশিংন কবিগুম্ব কোকপ য়াব মচুগি ওইরমগত্রা হায়বগি কিজবন তুবেল ময়ামদ লংন চামথোকচনিংইবা ।

স : ঐথোয়দি কবিনো— জগোয় কংসি যাদে, নুপীপালা লিঙ্খংসি য়াদে, গোপাল সহস্রনাম তাফাও থর্বক শংদে হায়—পাপ পকওই থল্লত্রা কবিনো থডদে । অডাং থর লাযথোকউবগা ইমিগু ইচ অমত্ত উত্রে, মরাল অমত্ত লৈতব ধর্ম্ম কায়দব মাদোন নুংঙাইন লৈথোকপ ডমইদা ।

বি : ঐন হৌজিক পাপ কোক্রুব তৌরিব থবকসি, বিচার চুম্ন তৌব, ধর্ম্ম কায়দব শেল চাদব, মীশক মীমায যেংদব আসিন লোইবে ; অতৈ থাজদে ।

স : ঐন শেল চাব চারগ ধর্ম্মাবতারন থাদোকাথব, মরাল লৈজদব মধাম ফাদোক পীথবতুগি দোষতি কনান পুব তারি ?

বি : কৃষ্ণ কৃষ্ণ, মুকুন্দ মরারী—ত্রাহি ত্রাহি পতিত পাবন ! সনা ভাসিদগি মুমিং থুদিংগি গোপাল সহস্রনাম তাব হৌরো, নডন জগোয়গি মকোক চিংজগে হায়বদো মেরাগি পুণিমা নংনব হোৎনরো—হরে হরে, ঐদি নহাল মথৈ—

(থম্বাজ্ঞাওন পরশুবাম পুতুন লাকই, পরশুরাম মফি নান্দে, থোংগ্রাও থর শেগায়ব জম উপই, লিংলিব ফুরিংতু হাঁস্ত তক্কে, মনস্থ মল্লে ।)

থ : নহাক্কি পাবুং ওইগদৌবিব মণিপুর হায় কোর্টকি জজ্জ সাহেব শ্রীযুক্ত বিক্রম সিংহবু থুরুম্মু। অজ্জা, পরশুরাম হায়ব নজা ইবুংঙে ইহে, নচা ইবুংঙো ওইদৌরিব ননাইছু অসিনি।

(পরশুরাম্ন এপাবুংবু ডাইহাক মুন্ন য়েংলম্বদগি খাবমই।

বি : হৌগংলু, ঐদি লায়রবু লায়রি, নমাসিজ থুরুম্মু, নমামক্কি হায়ন খন্দুন লুন নিডগ থবনি।

(পবশুরাম্ন স্নাজাওবীদ থুরুমই)

স : কবিগীনে নচন পাথহ ফারবদ নফি নবোল অতুক মোৎন শেৎ চাবিবদি ?

(পবশুবাম ব্না ডাডদন ডক্ক মপি তরং তরং চেন্দুন লৈ, খুম্ব ডমদে।

চ : ঐন লৈবিব ফুরিৎ খোংগ্রাও অহনবশিংছু শেৎলকপ য়াগ্রাও নিপ মচা ? কবিনো ইবুংডো নংদি ঐবু হাৎলেন !

প : ঐগি অশেংব ফিবোল শেৎচন মীন ঐবু শক খডবিব মুংডাক্তগব্রা হাযতুন।

স : নডগি অশেংব পাম্ব ?

বি : মাগি অশেংব ওইনব সনা ছজিক পক্কদব মাগি চডগদব ফিরোল মপাৎ মচৈ স্নোইন লৈরুচো, লুপা ৩০০ ব্না ৪০০ পুখো। ছজিকমক চংলু ; ফমুং কাংথোল, কাংখল, ইন্নফিনচিংব স্নোইন ডসি লৈরুচো। তা থম্বাল, থব চৎমিন্নরু।

থ : অজ্জা, চৎচনি।

বি : শেল ৱাংলগ চুক'ন অচৌব অমদগি ঐন পীরকউ চায় হেক্ক হায়য়ু।

স : মশান অপাম অপাম্ব থজনব নিপামচাস্থ পুখিসিন্নাও ?

বি : লাকপদ ডায়রিডৈন মীগি মমাঙদ লেম্নহুন পুনিংঙবিনি। মুপী ; ঙসিদি মকি মোংলি, পুখিব যাদে।

স : চংসি থেঙখিনব'ন তা সনাশ'ব, কোম্ন কো'ম্ন ৱারী শানব।

থ : য়াম্ন ফনি অঙ্গা ইবেন্মা।

স : ( থব চংলুবগ ) তা থম্বাল ! মথোয়গি মোটোব সাইকল মচা হন্দক থোবকপত্থ কযাকা পীৱিদগে।

থ : কয়া যামশিল্লগবনো ; লুপা লিশিং ১/২ মঙায়।

স : নিপামচা নঙবু মোটোব সাইকল থোব হৈব্রাও ?

প : ননাই ঐ হৈজদে।

থ : মথোয় নহাদি নোংমতং তম্বদ হেক্ত হৈনি, কৈস্থ লৈপোং নত্তে।

স : হৈগদ্রাও ? ( চংমিন্নথি। )

বি : লাইরিক্তি কয়া য়াম্না তমহৌই ?

প : ক্লাস নাইন ফাওবদং তমজহৌই।

চ : লাইরিক্কা ফরিপোংনি, ওঝাগ থংনহুন তোকহৌরিবনি।

( পুলিশ অম লাক্লগ শলাম তৌরে, চে অম পী, চন্দ্রকান্তন পাগ্নগ—)

ননাই ঐ আফিষ্ট অরুব থবক অমাগি চচ্চব তারে।

( সলাম তৌই বিক্রমদ )

বি : করে চৎলো। ভাইথো my dear, ঐথোয় নিপামচাসি Modern High School দ মমিং চন্নবিব তারে।

চ : ক্লাস নাইন্দ হঞ্জিন্দুন তমনগদ্রা নত্রগ টেন্দ হেক্ত কাহন্সিরা ?

বি : টেন্দ কাহনবদি য়ানিকো ?

চ : মানবু ভমজনি হায়রবদি School authority শারিবু ঐথোয়নি। ( সলাম তৌবগ চৎথি )

বি : নিপামচা নডবু ক্লাস নাইন্দ হঞ্জিন্দুন তম্নিংব্রা মত্রগ নমান্নবগ মান্নবব টেন্দ কাবগ যুমদ কম্ন প্রাইভেটকা থমহুন হোৎনসি ভাযব্রাও ?

প : ঈন তমজবদ ইাতক চাব ঐগি অশেঙব, ক্লাস নাইন পামজ্ৰে।

বি : Yes, অশেঙ অশেঙবন থ্বাইদগি কে। ভসিদগি নড ঐগি ইচা অশেঙব ওইববনি।

( পরশুরাম মমায থাঙ্গত্তুন মপাদ মুন্ন য়েংই )

বাঙ্গলা অসি কোম্নবিব হৈকোল লৈকোল, লৈরিব মমল য়াম্ন যাম্নব পোৎচৈ ময়াম নডগি ভাক্ত ওইবগদবনি। Bank ত লুপা লিশীং ৬০/৭০ রোম ঐগি মিংদ লৈ। নমাশিগি সনা লুপা লিক কোল লুপা লিশীং ৩০ রোমগি লৈ ; ইচা হায়বু নথন্দনিন নহাক্কি ভাক্ত ওইরগদবনি। নড মরম ওক্তব য়াদে, লাইরিক হৈজব য়াদে। লৌ পম্ব; ৩৭ লৈ, ঐন তুজিক তোংলিব কার, ঐগি অরৈব পুম্নমক নডগি ওইরগদবনি। ঐগি ইচা হায়ববু নথন্দনি, ফম্মু

চৌকিদুদ ঐ চা লৌরুখিগে। (হৌগৎলগ) নঙ মবম ওক্কব য়াদে, মুংঙাইতব পুম্নমক নপুক্লিংদগি তাম্নে'কাখ্রে।

(থোকথি। পবশুবাম্ন পোংচৈ হিঙ্গোল শম্বল ময়াম কোয়ন যেংই, মঙ হাপ্তম মমৈদ ভাব ডুদন ফম্লগ রাখল তৌই, মপি তবং তরং চেল্লী, মনাদ তায-"লমজা। লমজ্জা পবশুবাম!" বিক্রম চা গ্লাস অনৌগ বিস্কুইট থবগ পুবক্লুন মপা মচ চামিন্নে থকামন্নে।)

বি: নঙন নঙ' মাম থম্বালগ থংনরুব কবিদিনো?

প: ইপা মশক অশেঙব তাকউ য়াদে। ঐবু মীওোন্দ লমজ্জা নত্তে, কৈ মচা যোকইবনি হায়দুন শন্দোকই; মদুগি ঐন মাবু উদ পুল্লগ ফুই।

বি: নঙবু ম্লোকপিবকপ মীদ অদুক থীন তৌবদি হৌনব্রা, তৌইব্রা?

প: হৌনব হৌনদব, তৌইব তৌইদবসি ঐগি ম স্নু খঙদে, ইনেস্নু খঙদে, ঐবু পোকপী ইমাস্নু ঐবু পোকপ পম্থোনস্নু খঙদে। খঙলবস্নু অহলশিংদুন চৎনবী হৌনবীমচি'ববু করিমত্ত থৌশাদে। মথোয়ন তস্বির পাউতাকি খুদুং ইন্দুন অপঙব নহা ঐস্নু চচ্চবনি।

বি: (ইকাইব মতৌ উই) পুলিশ সাহেবকি ইমুংদ লৈবদি কমদোই, মুংঙাইব্রা?

প : লৈবদি মুংভাই হায়ববু ইকাইব নংই। মহাক ঐগি অশেংবা ইপা নত্তে, মাগি মচানুপী লৈশাবী ফারবী অম লৈ। ঐন মুপীমচান্থবু ইচলগুম খল্লি, মী অতৈন নত্তব রাখল থল্লী। লৈখা তাত্থন লৈরব ঐবু অউব মীন তিন্ শিংনব অঙকপ তোকভা শন্দোকই; মদূ ঐ থাঙব ঙমজদে। মী মাঙনব রা শন্দোকপ অসুক হৈব লৈবাক্ত লাইবক থীন পোকপসি অরাবান। লৈবাক অসিদ হিংবগ, নোরোক্ত লাক্লবগ ঐডোন্দ করম্বন মুংভাইগব, ঐ খঙজদে।

বি : নঙগি মুংভাইতব অহিংতু হৌখ্রে, নরাইবক্কি মুমিং থোক্লে; অমুক চিন্তা তৌরনু। চানিংবদ চা, শেংনিংবদ শেং, অপাম্বদ ফংগদব মতমতু হৌজিক ওইরবনি। হৌথিব রা পুন্নমক অহিংদ মঙব মঙগুম কাউখ্রে। নঙগি পুন্সিগি অশেংবা মুমিং থোক্লে রাখলগি অভিয়াদ; নোংজুথাগি লেমহৌব লৈচীল নোংফাই পূম্ব শরংকি মুংভাইব মুংশিংন হুমদোকহনখ্রে।

প : লাইবক থীরব লমজা ঐডোন্দ অতুক লুন তৌবিরিব করিগিনো? রায়েনশঙগি মপু ধম্মাবতার ওইবিবন তাইবঙ মপুগি রাজত্বতকুম কনা লৈজব্রব লমজাশিংদ চানবিব হৌনব উংপিব্রা, নত্রগ .. ?

বি : তলব চাব, শেল পাম্ব জজ অমনি ঐ; আইনগি মতুং ইন্ন মী পুন্নমক মান্নন উব তয়া বিচার লোয়শঙদ ফম্বিউৈদ; চৌকিদগি কুনববদ মী পুন্নমকপু মান্নন থনব ঙমদে। ইগা

লৈতে মীন হায়তুন নঙবু য়োকপ নত্তে, নঙবু লমজা অমনি হায়তুন নঙবু কা-হেন্না মুংশিব ওহ নিপাস্নু ঐ নত্তে; নঙ ঐগি ইচানি, মরম অতুন মুংশিরিবনি।

প: ওরাং নহালদি ইচা লৈরমদব ওসিদ পোক্লিব ওইবিরিব্রা? ননাই ঐদি চহি ১৮/১৯ শুজরে, ঐবু করম্ন .....?

বি: নহানমথৈ ঐন তাকথোক্কবনি।

প: লৈবাক্কি আইন অথাং তাকথোকপ য়ানদবনরা?

বি: নত্তে, ঐবু পোকপ নবুক্নো লৈবিউেদ নঙগি নমাবু নিংথৌ মচা নত্তে হায়তুন লোগে য়াদে। পাবুংন হায়ব ইন্দ্রবদি পাবুংগি লম্মুম, লৌ-শিঙ ফংলোইগব্রা অতুগ হৌজিক ওইবিব জজ অসি ওইব ফংলোইদ্রা হায়তুন নঙবু মরূপ অমগি মচানি হায়তুন মীওোন্দ লান্ন থঙহল্লি। হৌজিক মতম চারে হায়তুন নঙগি অশেওব নপাবুং ঐনি হায়তুন তাকইবসিনি।

প: ঐবু পোকপী ইমাগি মমিংদি করি কৌবগে? হৌজিকপু লাইরৈবাক্ত কাখ্রব্রা নত্রগ মীবমলেন্দ লৈরিব্রা?

বি: কাশীদ লৈ হায়ন তায; নমাগি মমিং লৈবাক্লে কৌই।

প: ইমাম ঐবু চহি কয়া শুবদ হুন্দোক্লম্মগ চংখিবগে?

বি: মতম অতুদ নঙ চহি ৫/৬ শুররিনি।

(পরশুরাম মপি তৈথোক্তুনব্রা ভাঙদন লৈ)

ঐন নঙগি শেংন-চানব নিংথিন পীতুন নঙগি মাম থম্বাঞ্জাওদ শিন্নৈ। নঙনদি থঙলিরোই, ঐ লাপ্ন নঙবু শেন্নতুন নঙ চাউব ওাইতুন লৈ।

প : ঐবু ইমান্নবগ শান্নমিন্নবদা, লাইরিক তম্মিন্নবদ থংনরক্কুন মথোযন মমা মপা নৈতব—লমজা হায়দুন চৈবত্থু তাবিদ্রা ? খর চাউব ইথক্কি অহন্ন ঐবু নমতুন ফুব মতমদ চাউরগ ফরকনি হায়দুন ডাইতুন লৈবিদ্রা ? তত্তন ইমান্নবগ ঐন ফুনবত্থু উবিরবাদ অমুক্ত মাম থশ্বালন তুমায় চজিক, হঙ্গাম, য়েন্দেম, পান থোংবগুম্ব পীওবত্থু পুক্কেদি থন্নব পীজো হান্নবিব য়াদ্রা ?

( বিক্রেম কপই, মমায় লুকথৈ রুমালন মপি লোম্ন তৈথোকই । )

ইমান ইমান্নবগ কবক কবক তান্নব মতমদ ইানংথুংন শেংপ চাব ফংখিদব ঐন হুজিক লৌ পবী কয়াগি মপু ওইরকতুন, কিবোল উপু কয়া ফংতুন কান্ন কান্নদগে ? ঐদি লমজানি, মমা মপা নৈজঅব পিতং-পাতংপ—থ্বাইগি চৈনকম, লরুকম ওক্তুবদ লমহেনবদ প্রনান তৌনফম লমজা পরশুরামি। ঐবু ইচানি হায়বিগনু ধম্মাবতার, অমাডব, মিংচৎ থীব নত্তন কান্নব অমত্ত ফংবিরোই। ঐ শেখ য়াবরোইদব অডাওবনি, ঐ চক্চরে, নমস্তে ।

বি : (খামই) ডাইথো পরশুরম, চংশিগনু। নভোন্দ মপা অম ওইন ঐন লানথিব, ননিং খুংনব মতীক চান য়োকখিদ-বগি লমন শিংনব থুদোংচাব পীয়ু। ঐগ নৈমিন্নসি, হৌথিব পুম্ব কাউজ্রো ; মতীক চাব নিপা অম ওইনব ঐ নগবু শোমগে। নগবু লাকচখিব য়য়ামত্থু লমন থুমসি ।

প : চদংনরবস্থু পরশুরামবু মমান্নবন লাকচব ভমখিদে লাইরিক ভশিন্নব ইমান্নবন ঐবু লাইরিক ফাবদ হেনখিব ভমদে। লাইরব লমজা ওইবগি শেল মতীক চান লৈজদবগি লাইরিক তম্ব তোক্কে হান্নন ঐন তোকথোকপনি। ঐবু ইমান্নবন লাকচব ভমখিদে ; ঐবু মায়থীব পীখিবদি, থীন লাকচখিবদি ঐবু পোকপ ইপাগ ইমাগদননি। ঐন লম্মন খুম্ব তারবদি মথোয়নিগি মথক্তনি। ঐবু নুংশিবিগন্থু, মমা মপাগি য়েক্লব অভাং চণ্ডালছ ঐনি।

বি : বিক্রমগি মচান চণ্ডাল ওইব য়ারোই। ঐন নঙবু লৈবাক্ল কাউনরোইদব নিপা অম ওইনব শেমগনি, য়োক্কনি— শেংহনগনি, চাহনগনি নমান্নবশিংন নঙোন্দগি করিমত হেন্দনব। বিক্রম জজন শেমগংকনি, মচাগি তোনখিব লমন শিংগনি ; মহুপি লমন মচান শিংলক্কদব নত্তে ঐন নঙব্বু অভম্ব পাম্বৈন মী ওইনব শেমগংপগি মনা পামদে, নঙন ঐবু অহুম শাউজব য়ানি। শাউথনিংলগী ঐন অহল ওইরব শোল্লব মতমদ নঙন করিগুম্ব মত্তেং পীনিংঙ্ব্রবদি পীদব য়াগনি। ঐন নঙবু থৌশাদন অভাং ওইরিভৈদ লংথোকউবগি নঙন ঐবু হমুরব মতমদ হুন্দোকউ, মহুদ ইমানা কোক্লসি। মচাবু মপান নুংশিব উংনবগি খুদোংচাবহু নঙ অমুক্তদি মতম থন্নদং ঐভোন্দ পীয়ু। ভসি লালুরব মপান মচাদ হান্নজরি, রাখল অমুক্তং থম্মো।

প : মদু লাইরিক হৈব, কোর্টকি জজ হুজুর রালাগি রাইনি।

লমজা পরশুরাম—পিতং পাতংশ, তাইবঙপান্নগি ঙুংঙাইতব পূম্নমক্ক মপুন ওইন তাক্নন শেমগৎলক্লব, নীংক কান্নহুন শাউনিংব পূর্ণগি হৌধ চক্কম মৈগি চীংগুম্নর চণ্ডাল ঐগি বিচারগি রাই থরাইন পামজবদি মদু নত্তে। হায়হুন কান্নদে, ঐ চচ্চবগে জজ সাহেব—লৈবাক্কি অচুম্ব বিচারপতি ধর্ম্মরাজ। ঐবু ম প তৌবিয়ু।

বি: চৎপ ম্নাদে পরশুরাম, নহাক অপাম্বহু হায়খো ঙুংঙাইতব ময়াম্ন যোমশিন্দুনা শেম্বহু। তমথীরব তাইবঙপান্ন নডোন্দ তম্বিব- ইন্সিনব নব্কিংগি লাঁচিংহু ঐডোন্দ হায়দোকউ, মদু কোক্লব ঐন হোৎনগনি।

প: ঐবু পোকপ ইপাবু হাংক ম্নাশকখ্রে; ঐ চণ্ডালনি, পাপীনি; ঐবু য়োকপগে থনবিন্নু, ঐ চংখ্রগে। ঐবু ঙুংশবিগন্নু, য়েক্লব ওইন থনবা অকব খুংলাই বিবে শভবগুম্ব লৈরবদি ঐবু খুদোং চাবিদে হাতোকপিয়ু, ঐ হিংহুন লৈব পামজত্রে, হিংবদ লেবা ক্ল অঙ্গলানি ননাই ঐ।

বি: মপান মচাবু হাৎপ হৌনদে, ঐ নঙবু ঙৈম্নরোই, চৈরোই মা তম্বিনি শেমগৎকনি। নঙন ঐবু হাৎনিংলবদি হাৎলু। নঙন নপা হাৎনিংলিবহু লাক্কনানি তাইবঙপানগি মাইহৈগি পোকপ। মদু শক্লব লাযেংবে নঙগি নপা ঐগি ইথৌনি। মরম অদুন, চহি অমক্তদি নঙ ঐগ লৈমিন্নথিসি ইপা ইচাগুম্ন। মদুগি মতুংদম্ন নঙন ঐবু হাৎনিংলবদি হাৎলু, ঐ করিমত শাউরোই। চাংশিমত্তংদি নঙ ঐডোন্দ পাবুং কৌহুন হরাউ হরাউ

লৈমিন্নখিসি। ইপা ইচা লৈমিন্নবগি মন্নুংডাইহু পোকভমদন পোক্লব মপোক্লি, ইমানি চহি অমত্তুংদি চাং য়েংমিন্নখিসি। মরক্ত অসিদ ঐ নঙগি অপোকপ নমা কৌরুগে, খিরুগে। নঙন্নু চহিসিম পুন্ন লৈমিন্নবগি নুংডাইব শরুক য়াওখো।

প: (তথক-তথক্ত) ঐগি ইমা! পিক্লিডৈদ উথিব, কাউশিল্লরুব পোবি-পম্বিরম্ব ইমা! মচা কায়নহুন থম্মোই ক্বায়রম্মগদব ইমা! (মুংশুরুন) ঐগি ইমাহুবু থম্মোই পাল্লিগ্রা? মবুক থম্ন চাক চাব হৈত্রিডৈদ মচাবু হুন্দোক্লুন চৎথিব ইমাহুবু থম্মোই পাল্লিগ্রা? ঐগি করি ইরালনো তাইবঙ মপু? ইমা ইপান মীবোল তাক্লিডৈদ হুন্দোকপিহুন পাথং ফারকপ মতমদ ইশুং ইমান্নববু, মীরাদ ডাঙনবিংব তাইবংপানববু লক্লুহল্লিব অসিবো? মসিবা তাইবঙ শেম্ব মপু নঙগি মুংশি হৈব থুংশেম হায়ন ধর্ম্মগি লাইরিক কয়াদ য়াওরিবদো? (ডাওরবগুম) মীচং নাইদব তাইবঙ মপু নঙন ঐবু মুংশিব তম্বিদহুন ঐদি মুংশেব হৈজদ্রে, ঐদি চণ্ডালনি।

বি: মুংশিবগি পারা অসি কনান ডম্ন তম্মি, কনান খেঙন তম্মি। তম্ব ডাক্লস্নু পারা ফাদে, ফাগনব মীদি খিত্তং তম্বদ পরপ পরপ ফায়। চহি অমদ নঙ নমান্নব অতৈদগি হেন্ন মুংশিব হৈনি। ঐন নঙগি নমাহু থিক্লরগা তাইবঙ মপুগি অডকপ লিলাসি ভাব তাহনগনি। মবক্ত অসিদ নঙ Modern School দ হয়েংদগি লাইরিক তম্ব ফাহুন বিক্রম জঙ্গগি মচা ওইহুন মুংড'ইন লৈব থৌবো। মমা মপান মচাবু

কম্নাম মুংশিব হায়বত্থ চাং অমুক্তং য়েংউ। ঐভোন্দওসিদি পাবুং কৌয়ো।

প: (তুমীম্ন রাথল তৌতুন চময়রন্দগি) ইপা লৈজদব ঐবু পাবুং কৌ হায়তুন তাকপিরিবসিবু ঐবু লক্লবিগদবগি তৌবদি নংপিদেকো?

বি: নত্তে, ওইদব ডাওদব ইমিং চংপ বিক্রম জজনি; ঐবু থাজৌ।

প: তাইবংপান্দ লৈব মীন ওইদব ডাওদে, মুংশিব থওই, মপুকচেল শেংই হায়বুসি ঐ থেংনর্জাত্র। ঐগ ইপাসি য়ানখ্রত্থন অমদ অমুক হপা কৌহল্লি কুলী থওদে, বাবু থওদে। হুবিক জজ সাহেবন পাবুং কৌজৌ চানাবরে, হরাইবক ফব রান। অতুম্নদি ওইরবদ লমজা পরশুরাম—পাতং-পাতংপ, তাকু, লৈথাক্ল নোক্লফম ওইরিব ঐবু নতীক নগুণ চাউরব, খ্বাইন কোক নোম্নরিব জজ সাহেবন করম্ন পোকপ ওইরমগদগে—ননাই ঐ থাজব ওমজদে। ঐবু পাবুং কৌজৌ হায়রবদি ঐবু পোকপী লাইবক থীবিত্থবু সাক্ষী ওইন তাকহনবিয়ু।

বি: মত্থমক ঐন তৌগনি, নমাবু অশেংবনি হায়ব তাকহনগনি। ঐগি ইচাগুম্ন বাঙ্গপা অসিদ মুংডাইন লৈয়ু; ঐ হয়েংমক নমা থিব চংলুখিগে।

প: ইমা লাক্লি, কাওব ননাই ঐ মীনাই ওইন লৈজগে; ঐন শূব ম্নাব থবক পীবিয়ু।

*Light Off.*

অনীশুবা মতাং

# ৫ শুবা উপে

Modern School গি লম্পাক্তু, অযুক পুং ৯॥৹ তাব মতমদ কাক্লৈনচিংব ছাত্র তাকু মবি মঙাখক ৱাবী শাহুন লৈ।

কাক্লৈ: ঐন হাযৱ ইল্লবদি Modern School গি ছাত্র ইচিন ইনাওশিংন কবিগুৰু হৌবমদ থৱাব লৈবোতইদবনে। লাইবিক পাব হুংঙাইতব জাং তম্মোই, পরীক্ষাদ ঐখোযন ফাদব, ফানিংদব পারা হংলকপ য়াদে, ছাত্র শাউনব ওঝান ঙাওৱ চৈব য়াদে, ঐখোয়ন পাম্ব শাম্নপোং শাম্ননিংব মতমদ শাম্নগদবনি, য়েংনিংব ফিলম উংকদবনি—মসিবু মযাম্ন হোয় হোয় হায়ন খুম্নিংঙ্গাও?

ছাত্র ১ব: খুম্নিংদব হৌনদে, 'হোয়' লাউববু কযা ৱানগে?

ছাত্র ২ব: মহুবু পামত্রবদি ঐখোয Modern School গি ছাত্র নত্রেনে।

ছাত্র ৩ব: থৱায়ন পাম্ববু পীবিগে হায়ৱবদি বন্ধুন লীডর ওই-বিরো, ঐ অম য়াজরে। ওঝান হায়ব ইনব স্কুলদ তমদো শরুক ছাত্র ইমাম্নবশিংন হায়ব ওঝাশিংন ইনব স্কুলদ তমজগে।

ছাত্র ৪ব: মহাক্নী পুকচেল চাউরব ওঝান লাকপ স্কুলদ তম্ব তাম্নি হায়রছুন ঐখোযবু লম্চাংদ, উখোঙ-ৱাখোঙদ, Open

air দ, পোংস্নোনবী মন ক্ত তম্মিংব তম্নব, খঙনিংবে খঙনব থোরকইব নত্রাও? ক্লাসত ওঝান তাকইবশিংত্থু মোরোক অত্তেকপগ কফোইগ য়েন্দেম্মনাদ য়োম্মুক হাউত্রাও, মিৎ-ম ইশিং শিংত্রাও? হৈরে হায়বিব Head Master কাঙ্গাইন তাকপ তারাদি তুম্নিংই, হাকাম রা রা চল্লি—করি ক মদগে?

কা: লাইরিক তম্বদ নশা রাইশংন নমিৎ ননা শিংনে তমগে হায়-রবদি ঐবু লীডর হাপ্পো, চাক কোরগ হাপকে হায়ত্রাও?

ছাত্র ১ব: নঙন স্নুক লীডব ওইনিংলিবসি করিগিনো ভারা?

ক: অদাওব মীন লেকচর তৌবদ স্কুলগি কান্নবসি leader-ship অতোংদ তম্বিবান হায়; English Essay দস্নু ছাত্রন স্কুলদগি leader ওইব হৌরকই হায়।

ছাত্র ২ব: General Wellington গি The battle of Waterloo was won in the play ground of Eton হায়বত্থাগ ভাব ওইব তারেনে? Waterloo গি লান্দ Wellington ন Nepoleon বু মাইথীব পীখিবত্থু Eton গি কাংজেবুংদনি হায়বত্তম Modern School গি পোংয়োনবা পোংথোঙদ মণিপুর স্না লেবাকি মাঙতাকহন-বিদোরিব ন্যুচংবগি পরীক্ষা পাশ তৌবগে সিরাও?

কা: বন্ধুন হায়রিবত্থু কাক্লে শংজা ঐভোন্দ Open challenge তৌবিরিত্রাও?

ছাত্র ২ব: ঐভোন্দ শীংনরক্কনু Dear কাক্লে। ঐদি কুশৈ য়েংল, ঙঙসম খুনব শায় ভাবোক Voter নি, নমস্কা পরশুরাম

খোয় নৈরি Candidate ওইবদ মতীক চাব। Challenge পাম্মগ মাগ তৌও।

কা: পরশুরাম ঐঙোন্দগি হেন্দোবসি মপা অহুম শুবগি হেন্দে মতায়। হন্দকমুক্তি জঙ্গগি মচা শারে হায়ন অমুক তারি। কনান খঙনি, অশেঙব মপাদি ভিক্ষাদগি মহাজন কাখিব মিৎতাংবহুগিনি হায়হুন হয়েং claim তৌরকপস্তু য়াবি। সন্নিং হল্লি, ওক্তে হায়হুন মীন খর ডাওনরবস্তু I have only one father.

( তোমালন মখুৎ খাঙ্গত্তুন লাউরহুন খোরকই —)

তো: Hear me my dear friends! I bring good news

কা: করি পাউনো হাযয়ু তাগে ভায় তোমাল।

তো: হেড মাষ্টর কান্হাই সিংহ বহুত খরাব হৈ।

কা: ও তো পুরাণী বাত্ হৈ য়ার্, মাষ্টর লোগ্ সব্ বদমাইস্ হৈঁ, ক্যোংকি হমকো বদমাইস্ বনানে বালোংকো ভী বদমাইস্ হোনা চাহিয়ে।

ছাত্র খর ১—ঠীক হৈ ঠীক হৈ।

২—অচ্ছা আদমী অচ্ছে আদমী কো বনাতা হৈ।

৩—ঐসে আমমেঁ কটহল নহীঁ ফল্তা হৈ।

তো: ঐবু অমুক্ত তাবিখো হায়বসি য়াত্রবদি ক্লাসত্ত হল্লোরাও?

ময়াম: ত সে, হায়রোনে।

তো: Head Master য়ায় শাউহৌবৈ, ঐখোয়বু খীন খীন চৈথোরে। মপা মপু জাং নাইদব, জেলদ ফাদোক তানব

পোকপ অঙাং লমহেনব, হৌনব খঙদব, মুপী থিব ফংলোইদব মীবেম, ভারতকি চাক তাংনব, লম চিন্নব পোকপ শারোই ঙাবোই etc etc.

ছাত্র ১ব : মচীন্দ অথীব ব্রা ঙাঙব হৈনব মীসি মবুক মনুংদ অথীব পোৎ লৈবস্মোইদ্রাও ?

ছাত্র ২ব : শাউববাদি মীসি থীন থীন চৈব হৈ ।

ছাত্র ৩ব : মীসি ফৈ ফত্তে, মকম ওকই ওক্তে, মবুক ফৈ ফত্তে হায়ব শাউরকপদ খঙনগনবনি । ময়ুম পানব নৌবিব অনৌব অনৌবী, মরূপ মপাং নৌন তিম্নব খঙনব অমগ অমগ মতেং ফংনরিউঙে ফজ ফজন ঙাঙনরম্মি, মবুক ফনরম্মি । মতম অতুদ মী ফৈ ফত্তে, ফজৈগী খঙনব হৌনদে ; শাউরব মতম্গ মীহু কমদৌই—? That 's the acid test of the man or the woman.

তো : My dear friends ! You all know I am a good student. ঐন হুজিক শাউহুন মী ময়াম থারকপদ মণিপুরগি চাউর চাউবব অঙম অথৌ ময়াম, বাবু ভায়া, লুচিংব, হুহার খোমদোন লংব কনা কনানো—বদমাইস তারোইদব ? থবক হাপ্পদ চানরিব শেল, থর চাউব ঙান থর পীকপবু উম্মগ শিজিন্নরিব ; ইনাক খুনবন লায়রববু মবুক অশিংপদ মেংলিব, হিদাক কারবারীন মী হাংনব লাইসেন্স পায়বশিংগ মায়হুন অশি অনাদগি লৌরিব শেল খাজনা, থংনব পাম্ব ক্ষেত্রিমচাশিংগি মখৌরি চরমদ অচুম্বব্লু লালহনব উম্মব

উকিলগি আইন্না চপ্পুন লৌ ইথোল লোইরে, চম্ফু উয়াল ফাওব মাংথোক্লে। মীরৈবাক্তগি লেংথোকরকপ লাইমচা ময়াম থাকপদ ঐথোয় চরা হেল্লে। শরেং, ভাতিন্, ভাক্রো য়েরুপ হৈব ছাত্রবু পাশ ওইহল্লগ ঐথোয়বুন ফেল ওইহনব নত্ত্রাও? অডম অথৌ, অহল লমন, ওঝাশিং, ইমা ইপা মথোয়ন বদমাইস ওইরবদবু মচা মশু ছাত্র ঐথোয়ন করম্ম বদমাইস ওইদদগে?

ছাত্র ৪র্থ: Yes certainly, Example is better than precept হায়নবহু অচুম্বনি। চরুট থকপ লিক্লি উম্ব অহল লমন্না তম্বিবনি; কৈ ফত্তে, ওকই ওক্তে, বদমাইসনি নত্তে হায়নিংবদ হায়জসম্নু—ঐথোয় পুম্নমক ওঝাশিংগি ছাত্র ভাক্তনি।

তো: পরশুরাম কায়ক্লিবাও?

কা: করিগিনে মহাক থিরিবো? ছাত্র Union গি অপাম্ব থিবিক পাডথোক্লব ঐডোন্দ হাযযু। I am the leader পরশুরামদি লিম্ন মকু হুবশুম হুখ্রে। ভরাং নহালদগি মপা অনৌব অম ফংখ্রে মমিংন বিক্রমসিং, খ্বাইদগি চাউব জজ, মীহাৎপবু কনব ভম্ব; হাৎতব ময়াল লৈতব মাবু জেল শীব ওস্থগি Licence Holder.

ছাত্র ১ম: আদ লাক্লে তুংদ রা ভাতনম্ন অচভব মীগি।

ছাত্র ২য়: মমাঙদ থীন হায়রবদি মহাক শাউদে, মতুংদ থীন ভাঙরবসি ওইরে মান খ্বাইদগি শাউবসে।

পরশুরাম : ( লাইরিক অনীথক পায়দুনা পরপ পরপ লাক্লগ )
কনাগি য়ানো তুংদ ভাঙনব হায়বো Dear কাক্লে ?

কা : ময়ামদদি হংজ্রদন ঐভোম্ব হংইবু করিগিনো ?

প : মীগি মতুংদ অথীব ভাংব নঙন খাইদগি পকপ অহুননি শাউনু ।

কা : ত'বদ থীব নত্তে, ফজব য়াম্নি ঐন হুজিক হায়রম্মিবদি ।

প : থীব থঙদে, ফজব থঙদে কনাগি য়ানো ?

কা : কনাগি ওইগদগে, নঙগি য়ানে ।

প : করি র ?

কা : নঙগি অনৌব পাবুং মতীক মগুণ চাউব জত্র অম ফংগে, ঐখোয়' ইরক্ত তিল্লরাই ময়ামগি লুচিংব ঐবু থল্লো হায়রম্লনি ।

প : ইপা অনৌব অথা থোরক্লে হায়রগ ঐগি ইরাল ওইব যাত্রা ? মী অমন ঐহাকপু মাগি মচানি হায়রগ ময়াম মরক্ত ঐ তিল্লরোই হায়ব নঙ করম্ন থঙই ? নখোয়' পাবুংন শল হুয়ানবশিংগি মকেক শান্নিংহনব ওইরকই হায়দুনা নঙন ঐখোয় ময়ামগি লুচিংব ওইব য়াত্রাও ? নতীক করি লৈহুন, নগুণ করি উংপ ওমহুন শামু শল্লুপ পুব ওইদোরিবনো ?

কা : অহল লনন পন্দুন রা ভাঙবহুদি Dear পরশুরাম লাইরিক হেজব চাওখহ্নব মাল্লি ।

প : থীন হায়বদ Competition তৌনব নঙন হৌরকপনি কাক্লে লংজা ।

ক' : লমজা পরশুরাম নডম নপ অনী অহুমগি মরক্ত মীকা মী-পুনগি দণ্ডি পীব, মরাল লৈতব মীবু হাংনব হুকুম পীবগি Licence ফংব জজ অমন মচা লেতহন নংবু মচানি হাযুজিল্লগ ঐথোয়না অপণ্ডবস্থ নত্তন কবম্ন থাজদোরিবনো? নহাল অহিং পোকপ নডন ঙসি চহী ১৮/১৯ শুবকপসি কবম্ন থাজো হায়বগে? ধর্ম্মাবতারনি জজনি হায়ত্নন শুলব চাউন চারগ Gazetted officer ওইরগ হক্ত থাজফম পোকপ্রাও?

প : শন হবানবগি লুচিংব শন্নিংহনর্বগি মচা মচোন্দ ঐ নহাল পোকই জজগি ইমুংদ, ঙসিন চহী ১৮/১৯ শুরে হাযব থাজো হায়রবব্রাও? নঙদোন ভোট থোম্ব মী নত্তে ঐদি। নপা শন্নিংহনবগি মতীক মগুণগি মতেং লৌহন নডন লুচংব পাম্বগুম ঐদি ইপা অমত্তগি মতেং পামদে; ইপাম্বোম অমম্বং ইরৌ-শিংগি মতেংতন পুন্সি লেন্দোরিব নিপানি ঐদি।

কা : ডাইথো মজা পবশুরাম; নডন ঐবু শন হূরানবগি মচা, শন্নিংহনবন পোকপ হায়রিবসি হূবানববু অচোম্ন থবক্লাও? All property is theft হায়নৈ, লন পূম্নমক হূরানবদে লৈথিবনি, হূরানপোং হূরানববু পাপলাও? অচুম্ব ডাঙব মাঙহল্লগ ওইদব ডাঙব নপা জজহুনি ইকাইনিংডাই ওইব থবক তৌরিবদি।

ছা ১ম : জজ ওইবসি মীন নোক্কে হায়ত্নন ঐথোয়' বাজি-খোয়দি মৈথু, মহী মপঙ্গি কারবার ইকোং ফোংল তৌই।

ছা ২য় : নহাল ফাবহু ইকাইদ্রাও?

ছাত্র ১ব : অথকপ মীন ফাদে, থক্তব মী লাক্লগ ফার। অমুক ফাব, অমুক থাদোকপ তৌবসি Power পায়ব, Licence পায়ব মীগি মরাগনি ; মথোয়ন ইকাইভম থোকই। মথোয়বু ফায়গ থক থাদোক্তে হায়ব থুডগল্লবদি অফাব পোং য়োন্ন-গত্রাও ? কানিংলগ হেক ফাব, থাদোক্লিংলগ হেক থাদোকপগি Licence পায়বশিংগী লৈবাক্তি খুাইদগি মাডনব তৌব ডম্মিবসি।

তো : অরেম্ব রা ডাডনহুন লৈদৌশরুক স্কুল চাওথংনব Head Master নচিংব ঐথোয়ন পামদ পামদব ওঝামথৈ লৌথোক্লব রা পাডনসিবা। করি হায়বগে Dear পরশুরাম ?

প : পাডর ওইনি হূব কাক্লে লংজাদ হংউনে। মপাবুং হাক্তক্লগি Principle অমগি মতুং ইন্ন All property is theft—লন পুন্নমক হূবান্দুন পায়খিবসি মপু মপুদ হন্দোকপিখিনব ধর্ম্মগি মশক হূরানবদ লুচিংব অম ওইন মমিং লৈরম্বগি—মজাইবুংডো কাক্লেগ তানবিয়ো।

কা : মপা মপু অচোব মচা হায়হুন অহুম্ন মী খোল্লুদন নতুং ইনগে হায়ব্রিবনে। লীডর ওইবিনি ডাই লৈতবগি ওইগে হায়রুবনি, বন্ধুনবু ঐথোয়' ইরক্ত তনবিখিনি হায়রবদি পাকানে।

প : হন্নক বিক্রম জজন ইপা ওইজগে হায়হুন দরখাস্ত থারকই। ইমা অশেডবহু পুরক্তুন সাক্ষী ওইহল্লু অহুগ থম্মসি হায়হুন কেশ অহু চহী অম Pending লৈরী। ইপা অশেডব ওইরম্ব থোক্লগ মাগ ঐগ অডম অডম হাংনদোরিবনি। হুজিকম্ন

ঐখ থুংশিন্নব, কুইন তিন্নরকুব মন্নাপ মপাং কাক্ন সঙ্গ থাদোক্লগ করম্ব রাহোং মরক্ত ভিন্নুব থাথিদগে ? মতম অম ইমা ইপা লৈনিংলম্মী, লন থুম্মগি মপু ওইনিংলম্মী মুগাগি কুমাক পায়বী মশুংলাংগিদমক। মপান ঐবু লহজা পরশুরাম হায়না চৈবদ থুম্ব ভমহৌত্রব, কান্নগদব মতমদ মমা মপা লৈথিদ্রব ঐসি মপা ১০০ ন কৈদোননি, মমা চনীন হায়রুহুন অচৌবীহু মপামদ হল্লকউ, পরশুরামগ লুহোংসি হায়ব য়াথিত্রাও ? No, Never, my dear friends ঐদি পুন্সিগি নত্রগ ধর্ম্ম অমগি মশুংলাংগিদমক মতম চুম্নদ কাউনহৌদনব কথোক্লগদব থরাইনি; ছুনিয়াসিদ ঐগি ইরম্মাইগি অপাম্ব লৈত্রে।

তো: লৈবাক্কি ফনব তৌরম্মু বীর পরশুরাম।

ছা ১ব: মহুনি বন্ধু। লৈবাক কাউনরোইদব থবক্তি।

ছা ২ব: লাইবক থীবশিংগি মঙ্গলগিদমক নপুন্সি কথোকপ ভয়বদি ধন্যনি।

তো: লৈবাক মচাশা! ঐ অমুক্ত হায়জগে ময়াম্ন পামগদব, ঐথোগ্নগি কান্নগদব য়াকমদো।

কা: তোমালগি য়া তাসে অমুক্ত মন্নাপ পুম্ব, ননিং থুংদব কোম্ন হায়নসে।

তো: মন্নাপ মপাং পুম্ব পুকচেল শীরুশুমজি। পাথৌ পরশুরামবু বিক্রম জজংগি ইমুদে থাজিন্নগ লুট চডনব লাক্নব কায়দে। মহুগি শরুক অহল লমন, ওঝাশিং, অণ্ডম অথৌ বদমাইসশিং মথোয়ন ওক্তুগ ঐথোয়গ তাইনম্নিব অসিবু চুমথোক্কগে।

কা : মদুনি মরীল লৈব পাথও ঐথোয়গী পুন্সিদ তৌরমগদব থবক।
মথোয় মথোয়গী তৌব ওক্কব থবক—ধর্ম্ম কায়ব, আইন
কায়বশিং অদুদি থক থস্বদব, ঐথোয়বুন অঙাং ওক্কবনি
হায়গী মফম মফমদ তুকচব মিংয়েংগী য়েংহনব......।

প : নহাবোলগী লানব থবক অহল্লোয় চুমথোক্কব Modern
School নচিংব লিঙ্খৎপিহুন লাক্লরি; অহল্লোয় লানব
হিরমশিংহুন নহাবোলগী চুমথোক্কব হোৎনব ইথৌনি। মী
ময়ামবু যৈহুন, লম্বী লমথাংদ ডাওশিন্নরগ হুপী অঙাং অহল
কযা ওৎহুন, মীগি মপে ৎ হুবান্দুনু মুন্দুনু, ক'ন্নব থবক তৌদন
ঐথোয়গী চ'রিব থকইব, লৈবাক্কি লমন তোল্লকইব কুইরে।
লমন অসি শিংদোক্লগ ঐথোয় পুম্নমক্কি ইথৌনি।

( Head Master কাহ্লাই লৌচৈ অম পায়রগ
লাকই। )

কাহ্লাই : First period তগি লৈথোকপ হোৌবসিবু করি ধর্ম্মনো।
পরশুরাম, কাক্লে?

কা : ওঝাদি ঐথোয়বু য়াম্ন চৈ হাযনা? করিগি চৈরিবনো ওঝাবু?
ওঝাথোয়গি ছিত্রস্নু পুথোকউরাও?

কাহ্ল : ঐন ইকাইথুম্নবদ মতীক চারব ছাত্র ইচা ইশুশিংবু চৈ
হায়বসি কনান হায়রিবনো?

( কিব মত্তৌ উই )

প : ওঝাবু শন তাম্নব লৌচৈহ্ থম্বীয়ু; ঐথোয় অঙাং নল্লে
অহুগ কোম্ন য়া ডাওনসি।

কা : ইচাশিংবু য়ৈগে পাম্নরকপ লৌচে নত্তে।

( লৌচৈ লাপ্ন থমহুন মথুংন লৈবাক্ত শোক্লগ )

ইপান্দস শোম্বথক্লসব অসি Self defence কি অডাংশিংন করিগুম্ব ফূরকপদ ডাক্লব পাম্নরকপনি।

প : কনানো Head Master সাহেবন ঐখোয়বু থীন চৈ হায়হুন পাউ পুরকপ নিপাদো ?

তো : ঐনি ওঝাবু, ওঝান অসাই ক্লাসত চৈথিব ঐ তাহৌই ।

কা : মহুগি সাক্ষী লৈগদ্রা ইবুংডো তোমাল ?

তো : পুথোকপ ডম্নি ওঝাবু। ক্লাস্ত ফম্ব অডাং পূম্নমক তাহৌই হায়ন মরাইন খুমজনি।

কা : অদূদি ক্লাস্ত ব্লাফংনরুরসি, চঙসি লাউ।

ময়াম : ফৈ ব্লাফংনান, অরানবন চৈ ১০/১০ চাননি।

কা : ( ইঙক ঙক্ল ময়ামদ য়েংলগ চঙথিবদ ) ঐন লানব তারবদি ঐন্নু চৈ তরা চাব তারিবা। ( ময়াম্মক চঙথি )

—অনীশুব তাঙ্কক্কি মুখল।

---

# লমজা পরশুরাম

## অহুমশুব মতাং
## অহানব উৎপা

কাশীগি বিশ্বনাথ শিবমন্দিব মনাক্ত লৈব কুটির অমদ লম্বোই-তুবোইবী মান্ন লৈবাক্লে লৈ। নোংম হুমিদাংব্রাই যোগী বেশ ওইন শেংলগ মালা চন্তুন মশম মনা ইফা ফান, মশক্তি ইফ-ফজন খোঙ্গ্রাহ চন্দুন ধ্যান তৌব ঔব্রাইনব অহুম্ন তৌশিন্নরহুন ইনাক কৈবাক খুনব বাবু ভায়ান মাবু লোগে হান্নহুন কন্ন তকশিনব ঙমদে।

স্যুট টাই শেংলগ স্যুটকেশ বেদ্দিং মখুৎ নাম নামন পায়হুন বিক্রমসিংহ লৈবাক্লে নকম অহুদ লৈ হায়ব ভাহুন থুংঙে। লাইনীংবী অদূ শংত্রক য়েংহুন ঙাইহাক লেপই, আনোক হাপ্লগ অমুক মুন্ন য়েংই। ফুবিৎথাওদগি ফোটো লোথোক্লগ মানত্র হান্নহুন অমুকন্তু মুন্ন য়েংই।

মনাক্ত লাকপ হেক ঊবদ মমিং পাওহুন অমুক্তং য়েং-লম্মগ লৈবাক্লেন মমিং থংউই উইশিনখি। নিপাহুবু মশক মুন্ন থঙথি,—শোম্নত্রে, মহাক্কি লমন করম্ন শিংগনি, কৈদোব লাকইব ওইরিনি? চহী ১১/১২ গি মতুংদ উম্নবসি ব্যবহার

তৌকম থোকই—মাথলদ চময়মতুন মমিং চেজেং উইশিনখি, শাউত্রা হয়াউত্রা মশান মশাদ হংজখি।

বিক্রম: ধ্যানদি তৌবিরি য়ারৌবিব য়াদে য়া অমত্তদি হংজগে, ষন কুইন ডাইজরে। মণিপুরী নংপিত্রা, মৈতৈ শক মানখ্রেদা? (খুমদে) আপ্ ক্যা মণিপুরী হৈঁ য়া নেপালী?

লৈবাক্লৈ: ঐ মৈতৈনি, কনানো? করি থবক্কি ওইরবনো?

বি: ঐহাক খাইন মৈচাক ডাঙরব লাইবক থীব নিপা অমনি, লাইনিংবী অমত্তং থিব লাকচবনি; বনারসত লৈ হায়ব তাজৈ, ইবেম্মগি কুটিরসিদ মডানি তয়ানিদং থুংজব য়াগত্রা?

লৈ: নিপা নংপিত্রা?

বি: মানি, নিপানি।

লৈ: ঐদি মুপী লাইনিংবীনি, ইথন্দ লৈজ্জ; ডাক বাঙ্গলাদ, ধর্ম্মশালাদ নত্রগ হোটেল অমদ থুংখিরু।

বি: শক খর খর খঙজবগুম তৌই, মিং করি কৌবিবগে? করিগিদমক অচুক নহা ওইন লাই নীংবিরিবনো?

লৈ: তাইবঙপান্সি মপান্দ ফজন উরগ মনুংদ তীল চঙব হৈনৌ অমুনব মালহনব জাং য়ায় লৈ; অচুগ মপান্দ থীন উহল্লগ মনুংদ থৈবোংগুম্ন অমৃত ফুম্ন জাংম্নু লৈ। লাইবক থীবন হৈনৌ তীল থেংনরুবদগি পুন্সি মাঙলচুন তাইবঙ মপুদ অবৌব পুন্সি নিজরিবনি। তৌব ডমই, ইতীক ইরল লৈ হায়চুনম্নু নাপল পংতৌ তৌবিন্নু। চাউরব কল্লব নিংথৌ কয়া করিম্নু লৈতন উব মী মচাগি মথুক্ত লৈথা জাখি, উং

ওনখি। মী পূম্নমকপু মতম পূম্ননক্ত নমথাক তৌব ওম্বিনি খনগম্নু। ঐন হায়জদৌব য়া অসিন লোইজরে ; য়ুম্বানব মীদি ঐগি থাংপোক অসিদ থুংবিব য়ারোই।

বি : নওন পীবিব পাউতাক্র ঐবু মিং পাঙহল্লে, নওন ডাওব য়া তাবদ পুক্লিংদ অওকপ আশা অম পোকই। ঐসু পুন্সিদ নিওব কায়রব মী অমনি, হৌথিব ইরালন লৌল ওইহ্লন থম্মোইদ হু কান চীক্রে। মসি লাবেংবিবু ওমগদব মীদি লাইনিংবী ইবেম্ম নও নত্তন কনামত্তন ওমগনি হায়বু থাজল্লে। মতম খবদংদি মগাক্র চানবিহ্নন মফম অসিদ লৈহনবিরগ ধর্ম্মগি পাউতাক তাহনবিয়ু।

লৈ : মবুক্লিংদ বিচ র লোযশঙ অচুম্ব লিংদব, মুপী অঙং হাৎপদ লাপেংদব মশাগিদ যেংব বিশ্বাস ঘাটক্বি পায়শ্চত্তি তীর্থ তীর্থদ চৎলগ কোয়ন থিনিক্র ; অপওবী, থাজগনবী লম্বোইবী ঐগিসিদ কাম্নবে হ্ৰ।

বি : ইবেম্মবু থাঙ্গৈংশংন বেশ ওনবিববাও ?

লৈ : কাবগিনো নথৌ লৈত্রাও ? (মম্বিৎ প ংহ্নন য়েংলগ) শেৎনিংবদ শেৎলি, চানিংবদ চায় ; কবি মত্তলব লৈহ্নন হংবিম্নিবনো ?

বি : যোগী বেশন থৱাই তাবিরবদি ঐস্থ লম্বোইজরগ লাই নিংথিমসি হায়র্জরিব।

লৈ : নমথাক তৌব বিশ্বাস ঘাটক্বি য়া কুইন ডাওনবে, পাপ পুব তারে ; মীম উবগ কজত্রে, পরপ পরপ চৎপিখ্রো।

(চওথি)

( বিক্রম ব্লাথল তৌদুন মপান্দ লৈ, হঙ্গং হন্দা চংলি। ইমুংদ লৈবাক্লে চঙখ্রগ কনেক মপান নাইব শেংখ্রে, মুগা ফুরিং লিংলে, লিক কোল শিরে, খোংউপ তোংলে, মিহুখোঙদ বিক্রমগি মতৌ লাম্ন য়েংই। )

বি : ইবেন্মা শাউখিন্নু, ব্না অকব খর ঙাঙনখিসি অমুক্তদি থোরকখো। তারিব্রা লৈবাক্লে, লৈবাক্লে !

লৈ : ( ইমুংদগি ) লৈবাক্লে কৌবিবিবত্নুবু কনাবুনো ? যুমসিদি লৈরাক্লেগি যুম নত্তে, কৃষ্ণদাসী বৈষ্ণবীগি যুমনে, থাংপোক্লে।

বি : ওইনিংব নমিং ওইয়ু, ঐন কৌবিবসি নঙবুনি থোবকউ ব্না হায়রগ।

লৈ : হুকুম তৌবিরিত্নুবু কনাদ ওইরবনো ? ঐগি ইমিং স্নাজাওবী কৌদে। কনাগুম্ব নিপাগি হুকুম ইন্দে ঐদি ; কবি নতীক নগুণ লৈদুন স্নুব্লাইদ পোঙবিররিবনো ? শক য়েংজনিংদে লেঙদে, থবক চংকদৌরি মঙ্গল থুগায়বিন্নু।

বি : ঐ নঙন লৈরম্ব লৈবাক্ মাপুবাগি অচৌব কোর্ট অমগি জজনি, নঙবু অহানব লৌব নিপাত্নুস্নু ঐনি। নঙ ঐগ খাইনত্রি, থোরকউ ব্না হায়গে, নঙবু য়ৈব ফাব পুনব গুম্ব নিপানি থওউ।

লৈ : সাক্ষী য়াওবিরকপ্রাও ? অহল লমম্ন থাজব্লগ লুহোংদুন লৌব স্নুপীব্না ঐবো ?

বি : লুহোংব নত্তে লোম্ন লৌবনি, সাক্ষী হায়ব্ধ ঐনি—High court কি Judge, Gazetted officer অমনি। মতীক

চীফ অচৌব Officer বু থাজদবগি নরাল অমুক লৈশিনগম্মু, হুজিকমক থোরকউ।

লৈ: নিংথৌ মন্ত্রি কয়া কয়া, চাউরা চাউরব মী কয়া কয়ান মবুক পিশক পিশক পীকপ তীল্লাইথোক্কীগুম লৈবাক্কু তুরুচনব থেংনজরে। অচুম্ব মীবু লালহনব, অরানব মীবু, কনব মীচং মীথায় নাইব, মীওৎপ মীহাৎপগি হলেংডব লৈতব, মীবু উত্রবদি হায়রুন করিম্মু লৈতবী নুপীমচাগি মখোঙ ফাওব নোইব, ধর্ম্মনীতি সমাজনীতিদন সউন থোংউপ্ন নেত্তুন চংপ, থাজব য়াদব মী কয়া থেংনজরে। তলব চাউব, ফম য়াংবন থাজনব পাম্মে ঐঙোন্দ ওইদে। সুরাইদ ঙাওশিন্নরম্মু; লেঙডো মিষ্টর, কাশীগি পুলিশত তাকউরবদি কয়া লেম্মোই।

বি: ঐবু থাজরোই হায়রবম্মু মতীক চাব সাক্ষী লৈ থোরকউ রা ঙাঙনসি।

লৈ: শেল পীজরগ খুম্মু হায়বদ খুম্ব সাক্ষীন ঐঙোন্দ কাম্নরোই।

বি: শেল পামদব মতীক চাব সাক্ষী লৈ, নঙগিম্মু মীচং ওইব য়াদব ঐগিস্মু ওইব য়াদব।

লৈ: কনানো, মমিং করি কৌই? মহাক য়াওরকপ্রা?

বি: য়াওরকই, কোম্মোংদ ঙাইরি।

লৈ: মমিং করি?

বি: মমিংস্মু নঙন থোনখিব মমিংনি।

লৈ: ঐন থোনখিব হায়রদে? কনানো?

বি: লম্মোইবী শাহুন নঙবু পরশুরাম কাউরব্রাও? নিপামচা! 'সিদ চঙলকউ। (কৌশিয়ে)

লৈ : ( পরপ পরপ চেন্থোক্লুন ) কদায পবশুবামদি ? কক্লা চাউরে নিপামগা ?

বি : ( মথুং ফাবগ ) ফিজংথিন্নু, ঐ পবশুরামগি মপানিং রা হায়গে তাখো ।

লৈ : ( মথুং কন্থোক্লগ ) রা অতৈ তানিংদে, ইচা মশক য়েংগে । কদায়দ লৈ ? করিগি কোন্থোংদ হুন্দোক্লমই ?

বি : ত্তপথখো রা নিংথন ভাঙনখিসি ঐবু অরেন্বদ শাউখিন্নু । ঐসি কনানে, ঐবু কাউরব্রাও ? বিক্রমসিংহ rd yr. B. A. তম্লম্ব নওন মেট্রিক থাব মতমদ , মেবাগি থাবলদ অতুডৈ রাশ য়েংব চৎমিন্নবদ নওন ভাংখিব হুংশিরব রাশিংহু লোইন কাউখিহুন ওসি থীর থীরব রাহৈন ঐবু চৌবিবসি ঐ থাজব ওমদে.. .... . নমগুনি, শাউনিংহুন লোনব চোইরোজনি হায়য়ু ।

লৈ : নচৎকি মতুং ইন্ন যৈম্বকপ পুঙলোনগ তান চানব শকপ ঈশৈ হায়হুনি ইবুংঙো । থাযনগি রামন পুথোক্লুন শিরমফাইদ থোইদো শাউগৎনব কবি কান্নদগে ? কদাযদনো ? নিপামচা পবশুবাম যাওব্লকপ্রাও, কদাযদ লৈবগে ?

বি : নওবু চানন সন্যাস ধর্ম্ম চত্রিবাও ? ভিক্ষা নিব চত্তোবোই নিংই, ফিজেৎতুদি যাবুশিং থর নক্তন অতৈবদি ..... ।

লৈ : ঐ লম্বোইত্রি । ষ্টৈসন্দ নিপা খিব থোক্লব পুং মত্তম ভাইবথনি । নিপামচা লাকই হাযবত্নুদ উনবিংহুন পরপ পরপ থোরকপনি । অভাংহু কদাইদ লৈ ? ঐ রা অতৈ তানিংদে ।

বি : নিপা অতৈ থিরুদুন করি কাদৈ য়ানব ? ঐ নঙগি মতৌক চাব নিপানি ।

লৈ : ঐসু ইত্তৌকমক চাকাত্রবসু নিপা লৈজে, মীগি নিপা য়াম্নবগি দরকার লৈজদে ।

বি : নঙবু নয়ুম পাল্লব অশেঙব্রা ? হা লৈবাক্লে ? নিপা কয়াদি শুরে ?

লৈ : ঐ য়াইশংন লৈগদব সুপী নত্তে, নিপা মশীং ১০৮ শুরুরিব্রা, থীব ঙম্পোং নত্তে। করি দরকার লৈহুন হংবিরিবনো ? লেংও, ঐখোয়' নিপা লাক্লগ ফজরোই, ইরৈবাক মচানি চোপহন্নিংদে ।

বি : নিপাহু লাক্তু্ফাওব ঐ ঙাইব তারে ।

( বেদ্দিং তিংথোক্লগ ফমথৈ । )

লৈ : কারিগিনো ঐখোয় ননাও সুপাহু ঙায়রিদোরিবো ?

বি : নখো থাদোরিবনি, নমল হল্লম্মগ নঙবু পুহুন চত্তোরিবনি ।

লৈ : ঐন য়াদন ইমল করম্ন হন্দোরিবা ? ঐবু য়োল্লিব ইন্নফিরাও ? মীগি লৈবাকসিদ ঙাওশিন্নবিরসু । ঐখোয়' নিপাহু য়ু তপ্তান থক্লগ লাক্লনি, থরায় মাঙনিংত্রবদি পরপ পরপ লেঙবিরো ।

বি : অওইত্রা লৈবাক্লে, ফাগি তৌরিত্রাও ?

লৈ : অওইব ওইব য়াই, ওইদব ওইব য়াই । ওইদব ঙাঙবদ হাগেংত্রব হুনিয়াসিদ তাইবঙ মান ঙাওব য়াদ অওইত্রা হংবগি করি কান্নবগে ? ঐগি কান্নদোব মতুং ইন্ন ঙাঙনিংবে ঙাঙব থুসিনি । ঐ হুজিক মীন থাজবিব পামজদ্রে, ওইদবদ ঙাঙবিহুন পুক্নিগি মাঙ তেল্লবু নিপান মীবু অচুম্ব ঙাঙহন্নিংব্রাও ?

বি : ওইদব ভাওহুন মাঙ তেল্লব পুন্সিসি থংভেন ভেন্দোব মাল্লে। নও ঐগি থরায়সি অমুক্তদি কল্লু হায়। ঐবু অওইব ভ'ঙব কংনব পুন্সিসি থিত্তদি শাংদোকহনথিসিবা ?

লৈ : শিবন মত্তীক চারব নিপান কয়া কুইন হিংনিংইবনো ? পরপ পরপ শিখ্রোবা !

বি : ঐ শিবদ নচা নিপা য়াওর য়াই, মদূগি তাকপিব লাকপনি। ঐগি ইথরাই পাম্মুবগি নতেং লৌব লাকপ নত্তে : নচা নিপা য়াওন শিব থোক্লবদি নথরাই মুংডাইরোই হায়রুন মতম থর লৈরিভে নওন অওহ উপাই শিজিন্নহৌ তাকপিগে লাকপনি। ইমুং মুংডাইন মুংডাইত্রব নিপানি ঐ। শিবগি করিমত্ত চিংনব লৈত্রব পাপ চেল্লবনি। ইহুৎ শিলহৌগদব অমত্ত ডাইজব ইচ'তুসু লাইরৈবাক্ত ইতুং ইল্লকপ যাই ভন্তান হায়বগি কিবন নওগ তানব লাকপনি। নওন ঐবু ভসি থীন তৌবিবসিন ঐন নঙে'ন্দ লানথিবগি লমন কোক্লব ওইরসি, ফন ফরে। ঐ চৎলে ইবেম্মা, নও লৈহৌরো লিক্লীদ ওংখ্রবী !

( মপোৎ মচৈ য়োম্মগ শেম-শাই চৎনব )

লৈ : নিপামচাবু কৈদৌরবগে ?

বি : নশান চত্তুন মণিপুরদ য়েংউ, ঐঙোন্দ হংগমু। ঐদি মীন থাজবদ মত্তীক চাব নিপা অম নত্তে। ইরা লৌব য়াদব ঐ চচ্চরে। ( চংপ হৌই। )

লৈ : ( থাম্মগ মপোৎ-মচৈ ইমুংদ মুন্দুন থম্মুই, থোরক্লগ ) অডাংগি অশেঙব রা তাক্লমদল চৎপ য়ারোই। নিপামচাহু কৈদৌরবগে ?

বি : ডাওরে ; ডাওরে' হায়রিবসি ঐবু চীন থীব তারব্রা ?

লৈ : করম্ম, করিগি ? মপান থীন ফুবদগি ভাওরিব্রা, মমান হুন্দোক্লুন চংখিবদগিবা ?

বি : ঐবু হাৎকনি হায়রি চানন ঐন চহী অমত্তদি ডাইখো, নমাগি জবান তাখো অদূগ হাৎলু হায়হুন যুমদ থেমহুন থনম্মি। মমা নঙন মাবু মবুক ঙলহনব ঙমত্রবদি ঐবু মান হাৎপ ঙমগনি হায়ন চিংনৈ। করিগুম্ব মান ঐবু হাৎপ থোক্লবদি মাবুম্বু আইন্ন শোয়দন— (কপই)

লৈ : অদূদি ইচানি, ঐ অমুক্ত থেমহুন য়েংজগে। মণিপুরদ থোক্লসি, হুজিকপু বেল ল কপ মতম ওইরিদ্রা ?

বি : হুমিং তাবদ অম লাক্লনি।

লৈ : মদূদি লুক হাব নংথিনি, চাক থোংউ হায়ত্রা ?

বি : নথোম্ব' নিপাতু লাক্লগ ব্রা থে'ক্লোইদ্রাও ?

লৈ : ঐগি নিপা অতৈ লৈজদে, শাউনিংহুন কা হেন্ন ফাগি তৌখ্রে ব্লারৌবিন্নু ; অব্লাব কয়া নংলবীনি।

(মপি তাই, থুরুমই)

বি : (চিঞ্চংপিরগ) নঙনহুম ঐবু শাউন্নু অমত্ত ভায়জব ইচাগি মমা! লাইবক্ল তপ্পন কায়নবনি!

লৈ : পরশুরামবু ভাওরে হায়বা!

(মমিংত্ত মপিন থল্লী)

*Light Off.*

## অহুমশুব মতাং
# ইশুবা উংপ

খিক্রমগি Drawing room দ Table ফজব অম, ফম্নব চৌকি বেঞ্চ থর থারি। টেবল মথক্ত লাইরিক থব অমস্থং Telephone equipment লৈব উই। পরশুরাম্ন মাগি মহৌশাগি মোৎলপ তৌব, শেগায়ব উব ফিজেৎ অহুম শেত্তুন লৈবাক্ত ফমই। মনাক্ত চা গ্লাস অশাব অম থিল্লি। স্নাজাওবীন চৌকিদ নাম্ন কেন শেং-চাহুম ফম্নগ চা থকই।

সনাজাওবী: চাহু থকউনে নিপামচা নওবো চৌকিদ লেম্ন ফম্নগ।

প: চাদি থকচগে ইমাশি, চৌকিদি ফমদ্রবস্থ ম্নাজগনি।

স: নওন নকি নাম্ন শেংলু, চৌকিদ ফম্মু, হুংঙাইন লৈযু হাম্নব স্নুকন্না ম্নাত্রিবসি করিগিনো? ঙসিদি ব্রা অম মেন তানদব ম্নাররোই। নওগি নমা খিব নপাবুংন চংখ্রবনি, ঙসিগ থান ২০ নিরোম্ন শুরে, থোম্নক্লমি হাম্নব পাউ লাক্রে। নওন হুজিক লৈরিব ফিভমসি উবগ মমা পোক্তবী ঐন থীন তৌবদ তাগনি; ঐগি ইমাম্ন ভাকউ ইবুংঙো। নওগি হুংঙাইতব লৈব থিবিক্তু ময়েক শেংন তাক্তবনিন ইমা পুক্লিং ম্নাম্ন হুংশি। নও' পাবুং থোরক্লগ ঐদি য়ুমসিদ লৈতবস্থ খওদে। নথোয় মথৈদ হুংঙাইন লৈজহৌরগদবনি; নওন য়ুম্বনি, ঐন অমানবনি।

প : নত্তে ইমাসি, ঐবু ব্রারৌবিগনু। ঐদি য়ুম অসিদ্দি মপু নত্তে, মপু ওইরক্কদবস্থু নচ্চদে। ঐদি শাংলবদ চহী অমগি মীনাইনি। মীনাইন মপু মচা শাতুন শেৎপ চাবস্থু ইতীক নর্চ্চদে। অশাবন হরাওব ঙম্ব মীস্থ নত্তে। ঐদি য়ুমসি শেমগৎকে লাকচব নত্তে, য়ুমসি ম ঙহনগে লাকপ চঙ্গালনি।

সনা : ইরা ব্রাদন নবাইবক্ক নিংথৌমচাগুম মুংঙাইজৌ হায়ুন খুদোংচাব পীরবদ নঙন হুংঙাইজবে ই, ঐদি ব্রাজগে, অরেম্বদ পুন্সি মাঙহনগে লেপ্লিবত্তুবু নঙবু ঙাওররবাও? অতুক পঙব মী লৈব হৌনদে. নঙ্সি ইবুংঙো ঙাওবব হায়বতু ওইব তাই।

প : ফন হুংঙাইন থম্বিতুনস্থু ঐদি পিদৎ-পাদৎপ, লমজা, মমা মপা মশক খঙদব হাযবসি কোক্লবোই ইমাসি। হুংঙাই-নিংলম্ব মতম—ইশুং ইমান্নবস্থু লৈরম্মি, কুক্তিক্তি হৌখ্রে। লাইরৈবাক্ত চৎথিবন ঐগি খ্বাইদগি হুংঙাইগদব অাশানি।

স : চুমই, তমথীরব তাইবঙপান ওইন নঙ্গোম্ব মতম থর থোকখিব য়াই, মতম পুন্নমক মান্নদে। হুজিক নঙগি নমা নপা লৈবনি, নঙবু লুন নীংব নশুং নমান্নবস্থ লৈরবনি. ননিং তম্ম শেৎ-চাবব নরল লৈরনি। কৈদোনব অরেম্বদ শিদো-রিবনো?

প : লৈবাক্তি ফনবগিদমক ব্রাদন ফংনরিব খুদোংচাব পুন্নমকসি থাদোক্লগ থৌনা ফনা থরাই থাদোকপ নিপামচাগি মথৌ নত্রাও ইমাশি?

স : নরৈবাক্তিদমক থৌনা ফন শিদো শরুক থৌনা ফন হিংতুন

লৈবাক মুংভাইহল্লু। নওগুম্ব নশক নতৌ রাত্তব, নগুণ
লৈব পাখণ্ড পৃথিবীদ দরকার য়াম্ম লৈ।

প: থব্লাইন পামজব হায়বাস ইমাশি মরৈন হোংহনব ঙমদে। ঐ থঙৈজ্ঞে, মণিপুরন ঐবু য়োক্তুন থম্লিংব থোক্লবম্ব মবম অতৈগি নত্তে, লক্লনব—থীন চৈনব কুম্মৈগিন। শায়োকশঙদ য়োকপ শাগুম ঐ হিংজনিংজ্রে। ঐবু লক্লবশিংদ পাউত্তাক পীনব, মণিপুবগি মচা মনাও মুংশিব থঙদব অহল লমনশিংগি মমিং পাঙহন্নব ঐ কুম্মৈ অমত্তং উচ্চব পামই ইমাশি।

স: অহল্লোনগি থল্লমু, অঙাং নগুং নমান্নবগি রাখল তৌ।

প: ইগুং ইগান্নব শাগৈ জাং মশক থঙদব লমজা শারাশিংবু সমাজন তুক্কচন য়েংবিরির্বাস খব ফগৎনব অঙম্ব উপাই তৌ২দোরিবনি।

স: অহল্লোম্নি হাযত্তুন নঙ ঐবু থাজত্রে, নমান্নব পীগে, রা ভাগুনৌ থঙনি।

(ফোন পায়থৎলি।)

Hallo! M. I 136. জজগি বাঙ্গলাদগি স্নাজাওবী Speaking—ইন্দ্রাণী লৈত্রাও? মাবু পায়হল্লু। Yes, নঙ হৌজিক পরপ পরপ অমুক্তং ঐথোয়'দ লাকউ, থীনব য়াপোং নত্তে। নঙগি নত্তেং নত্রবদি ইথন্দ থাংব ঙমদব অম কোমদ তাখ্রে, থর লৌথৎমিন্নসি—পরপ পরপ লাকউ। কম্বি, লৈম্বে, মাবুনি—লৌথৎকদৌরিবসি মাবুনে, অতৈ নত্তে। সাইকল থঙদে, জীপ থঙদে অফংব অমন পবপ পরপ

(ময়ক মরক্ত পরশুরামদ য়েংই।)

প : করিগিনো ইন্দ্রাণী কৌবিবিবো ইমাশি?

স : অহল লমনগি রা চাইব য়াদ্রে, চেল্লগ হোঙ্গদোরিবনি।

প : ঐ করিমত্ত ভাব তাজদ্রে।

স : ভাব কোল্ল তারক্কনি, অহানবদ ভাব তাব মী তাঙই। নহান লৈবকপ নফি নবোলত্থ লোইন ইস্তি তক্কবনি শেৎচিল্লুচো পরপ পবপ। নমাল্লবগি মমাঙদ নঙবু ইকাইদ্রাও?

প : করিগিনো ইমাশি?

স : ঙসি নঙ এস, পি, গি মচানুপী ইন্দ্রাণীগ চেনব তারে। ঐগ নহাল্ল রা লোইনরে, মাদি হরাও হরাও য়াই। নঙসু ঐ'গ মায য়েংহুন হবাও হবাও য়াউ নমাগ নপাবুংগ ল্যাক্ত্ৰু ৈঙদ নথোয়নি লুহোংবিবম্মগ ঐ চৎলনি।

প : শিগদব কুইত্রব ঐন মীগি মচানুপীবু লুখ্রা ওইহন্নব করিগি লুহোংফম থোকপগে ইমাশি?

( শাড়ী শেৎলি, মুগা ফুবিৎ অবাংব লিৎলি, খুনিংরাংবী তোংই, মুগাগি রুমালন মকোক্ত য়েৎলি, বেগ পায়হুন ইন্দ্রাণী গপ্ গপ্ চঙলকই। )

ইন্দ্রাণী : ( চেলকপদ তাহৌহুন ) শিগদব মতম কুইত্রে হায়ববু অনাব কনানোনে ইমাশি?

স : ( পরশুরাম বোমদ মমিৎ থৎলগ ) অনাব নত্তে, অকনবনে।

ই : অকনবন করিগি শিদোরিব ইমাশি?

স : মশাদ হংউ ইবেম্ম'—। নঙন ঙসি মসি নিপাসি চেন্দুন পুত্রো, হয়েংলা হংচিৎলা মাগি পাবুং থোরক্রগ কোল্ল হোঙসি।

মদু নত্রবদি ঐদি মাবু শেন্নব ভন্মোইদৌরে, খ্বাইগি মীরোল ভাউদ্রে ; মাগুম নহান শিববু নুংঙাইদোবোই নিংলিবসি ভক্তব ওমদ্রে ।

ই : অওইব্রনে ইমাশি ?

স : ঐ চানন মুংশা থীরব জাংনি, মমা পোক্তবীন হাংলে হেক্ক হায়দোরব মান শিখিব থোক্লগ । মদুগি শক্তি নথোযনি চেল্লুবো লুহোংবিবগে, মীন ঐবু থীন ভাউনগে ভাউনজবসনু । ঐ উত্রিঔদ চেনখিবান হায়ব য় নর্ব ঐ লোত্তুন লৈক্লগেকো ।

( চঙখি )

( পরশুরাম ইন্দ্রাণীদ অভাওবগুম মুন্ন য়েংই । )

ই : নযুমদ লাক্লগ কৌদ্রিবা, ফম্মুকা হায়দ্রিব করিগিনে ?

প : চৌকিদ লেঙশিল্লু ইবেম্মা । ( হোগংলি )

ই : ইথন্দ ফমগদ্রাও, নওসু ফম্মুদনা ।

( পরশুরাম মমিত্ত মপি তরং তরং চেল্লী, বেঞ্চত ফমই । )

থোংউপ থোংগ্রাও ফজরব ভাক্ত ইমাশিন লৈরে, অমুক্ত শেংলু হায়ব য়াদ্রিবা করিগিনে ? হকচাং ওমদব্রাও ?

প : হকচাং ওমদব নত্তে মেম্মা : থর'ইদ ওমদবনি ।

ই : কৈদৌবগ ফগদগে ? ইমাশিন ইমান চেল্লগ ফনি হায়-রিবসি অচুম্বাও ? অচুম্ব ওইরবদি ঐদি বেরা লৈস্লে, লুহোংনব চেল্লসি হায়রকউ নও নিপা হাংবতু থোকই । থুমদ্রিব করিগিনো ? ঐবু অহোঙব মুপীরাও ? এস, পি গি মচাম্বুপী মিস ইন্দ্রাণী, লাথঙগি থরাই-মি কোনবীনে ।

প : মেম্মা নঙন লমজা ঐবু মুংশিবিহুন ঙাওহল্লিংদহুন চানবির রা তাকপিবগিদমক মশীং নাইদন থাগৎচরি। মপোক মপোক খুদিংদ কাউদব তাইবঙ মপুন পী'বসনু।

ই : মপোক অতৈগি রা সোড়দো, হন্দক মপোক অসিদ ঐবু মুংশিব্রাও? ময়েক্ত থক থক হেক্ত ঙাঙনসি, কোইথোকপ ওন্থোক্ল হৈনখিদ্রে।

প : মুংশি ইবেম্মা।

ই : কয়া য়াম্ন মুংশিবগে নখুৎ-নশা য়াওন প্রমাণ পীহুন তম্মু, ঐ অমুক্ত মুংঙাইন তাগে।

প : মেম্মা ঐ ইমা মুংশিব হায়বহু মশক থঙদে, ইথন্ত ঙায়বন ইচন ইচে মুংশিবম্নু মুন্ন থঙদে। তনৌরবী ইবেম্ম নঙন মীন লক্লরব লমজা ঐবু মুংশিবিরিবসি ইচন ইচেন অসি য়েৌনি থাজদে। ইমা মশক থঙদব ঐঙোন্দদি নবুক শেংন মুংশিবিবসি চাংদম্লিংঙাই মপা থিব থঙদে। অঙকপ মমুংশিনি চাংজো লাম্ব ফংলোইদব মেম্ম। (মপি তৈথোকই)

ই : অদু য়েৌন মুংশিরবদি নিপা নত্রাও? চেল্লগ লুহোংনব হায়রকওদন?

প : লুহোংনিংবগি মুংশবহু নত্তে ইন্দ্রাণী, চাংদম্লিংঙাই লৈতব মমুংশি। তাইবঙ মহাসমত্রুদ ঈরাক্লরব নিপাগি থরাই হিংব য়ানব পোঙ অম থেংনহনবিব মপুব মুংশিবগুম মুংশি। লাইবক থীরব, মীন মুংশিবিত্রব মচাবু মমাদনদি মুংশি হায়বগুম মুংশিবিরকপ মুপীমচা নঙবু ঐন মুংশিরিবসিদি মীচমগি মমুংশিহু নত্তে। চুৎলিব চহাঁসিদ ইমা মশক থঙদহুন ঐন

তাইবৱঙপানসিদগি ৱাংম লাল্লমদাইদ ইমা কৌব তাৱবদি নঙবু নিংশিংহ্নন কৌগনি মেন্মা।

ই : অহুক থীন দাদান ঙাওরিবসি কনাগি মশুংলাংগিনো ? মুগাগি রুমাল পীথিবী ছাত্রী মমিং—মমিং করি হায়ম্বে ?

প : অচৌবী।

ই : মান ময়ুম পানখিবদগি ঙাওরিব্রাও ?

প : মহুমক্তি নত্তে, মতম অহুরাইদগি অরানবসি হৌথিব্রা থল্লি।

ই : মশক মত্তৌ, মতীক মরল কয়া য়াম্ন লৈহ্নন অহুক থীন ঙাওরিবনো ? ঐথোয়ন মহুৎ শিনবদ মতীক চাদ্রবস্তু অতৈ অতৈ থিসিদনা।

প : দরকার লৈত্রে, লাইথেক হাপখ্রে, লৈবাক্তি সেবাদ থরাই কৎখ্রে, লমজ ইমান্নবগি লমন শিংনব ইপা হাংকে ৱাশকখ্রে। মহুন খুদম ওইহৌহ্নন লমহেনৰ অহল ওঝাশিংবু কল্লক পেলহনগে ৱাশকখ্রে।

ই : ঐথোয়গুম্ব মুংশিব হৈবী কনাগুম্বন পোকঙমদন পোকপ পুন্সিদ মতম থরদস্তু মুংঙাইন পাল্লমদন অরেম্বদ আত্মঘাট তৌব হৌনব্রাও ? বেদ শাস্ত্র কয়াদ মথন্দ শিজব তৌহৈদে হায়ব তাদ্রা, নরক তাব কিদ্রাও ?

প : অপঙৰবু কিহন্নব হায়ব ৱাশিংহু থাজরুনু মেন্মা। কল্লব তাইবঙপান্সিদ লৈবাক্ত লক্রুনব লমজা ওইন হিংদৌ শরুক নিপা অম ওইন কান্নদৌব মানব হিরম অমগি ইপঙ পঙন থৱায় থাজরগ নরক্ত লৈরুবন শরুক চাম হেন্ন মুংঙাইগনি।

সনা ; ( লাক্লগ ) নঙবু ঐথোয়ন য়োকইবসিদি কৈ মচা য়োকপদ তারেনে পবশুরাম ! নপাবুং হ'ৎকনি হায়রিব নঙবু ঐন য়ুম অসিদ থঙন থঙন য়োকপ তারবদি লুখ্রাবী ওইজনব চারা লিংব হায়ব অদূ থেকই ; মরম অদূন ঙসিমক, ঙসি হায়ববু হুজিকমক নঙন মৈ থাগে থল্লিব য়ুম অসিদগি লাপথোকথিব চুমই নিপামচা ! নঙ ঐবু শাউহু, নপাবুংন থম্মু হায়রবস্থু ঐন নংবু থম্ব চুমই থল্রে।

প : চুমই ইমাশি, ঐ হুজিকমক চচ্চরগে।

স : নঙগি নবুকচেলহু ওন্নিংদ্রেনে ?

প : ঙনব ঙমজররোই ইমাশি, লাইবক্ক তমখ্রমানে। ননাই ঐগি ইরাল পূম্ব ভাকপিয়ু। ( খুরুমই ) ঐ চচ্চরে ইমাশি ; মেম্মা নঙ লৈহৌবোকো !

ই : কদায়দ চত্তুন লৈরুদোবিবনে ?

প : ঈশ্বরন তম্ব মৰ্ফমদ লৈরুরগে।

ই : চৎলম্মো ঐ তানখৎলক্কে।

স : থেমহুন নঙ থর নথোয়দ পুখো মুপীমচা, পাবুং থোরক্লগ ঐঙোন্দ শাউরব য়াই।

ই : তেজপুরদ নক্সগ রাঞ্চীদ লায়থেংব দরকার ওইগদ্রা ইমাশি ?

স : কোম্ম থম্মব হায়দুনি নঙ' পাবুংদ ভাক্কুন মাঙখিদনব থর শেম্মহল্লুকো।

ই : ঐ চৎলে ইমাশি। ভাইথো, চৎমিন্নসি হায়মি দাদা পরশুরাম ! ( তাম্মথি )

( সনান চিন্তা তৌহৌই। )

### অহুমশুব মতাং

# ৩ শুব উৎপ

বিক্রমগি বাঙ্গলাদ অতুম্। মুমিদাং পুং ৮ তারে, থাংমৈ থাল্লে ফজরব Electric Table Lamp অমন। নিংথৌ কৌব মীনাই অমন চা অশাব অমস্তুং তল মিঠাই পুহুন থোরক্লগ টেবিলদ থমই। পোংচৈ শেমজিন শাজিল্লি, অমোংপ কম্থোকই। মুগা ফুরিৎ পারব লিং, হুমাই অম হুম, ফেনাং তোং, ফনেক উরৈরোম শডব অম শেং, সনাজাওবী কেন থোরকই। নিংথৌন বাসক ঙংই।

সনাজাওবী : (বাসক তাবদ নোকফেং তৌরগ) লৈবাক্কি ওঝা ওইন ঈশৈ শকপ কোইচং চংকদবদ সঙ্গ ফত্তবদগি তা নিংথৌ নঙ মাঙহুন তে'কই পাম্মুইদা।

নিংথৌ : নমাই ঐ ইথোল মুংশিপোং নত্তে, চানবিবগি তাকপি-রিবনি। ঐথোয়' অজ্ঞান লেঙখিবসি কুনলিরোম শুৱরিল্লি, কৈদোইডে লেংঙক্কনি হায়রকপগে ঙৱাংগি চিঠি মরোলহুদা?

স : ঙসি লেংঙক্কু বস্তু হয়েংদি শোয়রোই; থঙদে কৱম্লো তা নিংথৌ, চিঠিদদি তাকু পরশুরামহু মচ' অশেঙবনি মুন তৌহুন থনম্মু হায়রকই, ঐদি ঙসি তাম্থোকখ্রে।

নিং : তাম্থোকখিবন চুমক্ত অজ্ঞা ইবেম্মা। মহুগি অঙাংহু মথোং চাব মী নত্তে। হঙ্গাম থোংবশুম, ইরোনবশুম অমত্তগ চাকলুক

তঙ্খায় অমত্তগ চায়। অহাউব মথেল ভাথোংব, অতাওব, সন্দেশ লড্ডু বেড়া অমত্ত চাও য়াদে। অদুগ মচীন্দ তৌহৈদব য়া ভাক্ত ভাওই।

স : ঐস্যু য়ুমসিদ লৈতত্র করিনো থওদ্রি।

নিং : করি'গনিনা অজ্ঞা ইবেম্মা ?

স : পরশুরামগি মমা থিব লেঙথিবনি, থওহুন পুরক্লবদি মথোয় মথৈ 'সিদ লৈহল্লগ ঐন তোপ্প লাইব্রেরী ওইনরিব য়ুম মচা বোম্বদ হোংদোকপ তাই। নত্তবু ঐগ চাগদ্রা, নঙ' অজ্ঞাগ চাগদ্রাও ?

স : ননাই ঐদি অজ্ঞা ইবেম্মবু থাদোকচবোই। মশক থওমদব, শাগৈ জাং মকম থওদব মুপী অনৌবীগি মীনাই শুইবদি তল্লি।

(মপান্দাগি বিক্রম লাউরকই।)

বিক্রম : নিংথৌ চাউব! কনা কনা লৈবগেনে হায়! পোংচৈ লোইশিল্লবো লাউনহ'ঘ।

স : লেঙলক্লে হায়, পোংচৈ থব লৌশিল্লু। মাগি মুপীদু য়াও-রকপ্রা যে'উ, পাউ পরপ পরপ হন্দোকলোরাও। ঐদি হকচাং উমদহুন লৈহৌই হাবদু।

(মবুক মমহুন মাশিন্নৈ চা থক্ক থক্ক নাহেরগ, নিংথৌ থোকখি।)

বি : (মপান্দ) হেক্ক চঙসি লাউ হায়রি, করিগি ইকাইরদগে।

লৈ : ঐ চঙজরোই, নিপামচাদু হায় অমুক্ত কৌথোকপিথো।

বি : কনাবু করিগি ইকাইবিবনো ? ঐ লৈরি, নও ঐন লৌব মুপীনে হুজিক্ত চেল্লরোইয়ে ঈশ্বরন থওনি ।

( সনান মনা থাঙ্গত্তুন তায় )

( বিক্রম অমস্তুং লৈবাক্লে সুটকেশ অমমম পাযহুন কেন লাকই Honey moon দগি হল্লকপগুম ।)

বি : সনা ! পরশুরামগি মমা লৈবাক্লে কৌবীহু মুপীসিনি । ঐন নহা ওইবিডে কোয়রম্বী, হুজিগি ফোংন লৌদব যন্ত্রবীনি । তাহুগ যুম অসী পুবম্মিবী. ঐন লুহোংহুন লৌবী নিংথৌগি মজাইবেম্মহ অসিনি । লৈবাক্লে, শাউনম্নু অনীমক চপমান্নন লমস্তে তৌনৈ ।

স : নিংথৌগী মচাইবেম্মস্নু ওইশ, লুহোংহুনস্নু লৌব ঐডোন্দ মান খুরুমগদবনি । চপ মান্নবগি ভাব লৈতে, চংনবীগি মতুং ইনগদবনি ।

লৈ • ঐদি যমাক শাগৈ লৈজদে, তোল্লবী লমজানি । মীগি মপীদ, লুহোংহুন যুম পানবী লৈশিজদ খুকমগে লাকচব নত্তে, যুম তাংহনবিনব হায়জব লাকপস্নু নত্তে । ডাগুরে হান্নন তারুব ইচাবু উন্নগে লাকপনি । মরম লৈতন মীডোন্দ হায়জব নোঙব তৌজদে সমাজন হস্থন উজরবস্নু ।

বি : মুপীসি য়াম্ন শাউরে সনা, থংনব হৌবিম্নু । ঐ মজ্ঞোন্দ লাল্লুরে, নগুন হাম্ন ম্নমদ লৈরব থোকই, তরাম তরাম কৌশিল্লু । ধর্ম্মগি মথক্ত ভাঙনরবদি ঐন লৌব মুপীদি মান অহল থোকই ।

স : আইনগি মতুং ইন্ন ঐন অহন্দনি . অদূবু ব্রহ্মসভান য়াব, সমাজন য়াব মুপী ওইরবদি অতোনবী ওইন লৌবীয়ু ; ঐ খংনব তল্লি, জজ সাহেবন য়াখল তৌবিবগ--।

লৈ : য়ুম থুগাংগে লাকচব নত্তে, য়ুম তাংগে লাকচবসু নত্তে। সমাজন, ব্রহ্মসভান ঐবু লৌব নিপাচু ইস্থোকপসু য়াই, ইস্থোকতবসু য়াই, মদূগি য়াচু থিগৎনবিবসু । ঐগি ইচা লমজ্জাচুদ উন্নজগে লাকপনি। য়ুমসিদ মাবু লৈ লৈতে হায়বচুদং তাকপিয়ু চানবিচুন।

বি : পরশুরামবু কদোমদ চথোকখিবগে ?

স : ভসি অসাই নুংথিলদগি চৎখ্রে । নহান মথৈদি লৈ । নাবোল ইয়াং য়াংন হায়হৈদব য়ান মচীন্দ ভহাক লৈতন মমা মপা হাংকে হায়ন শোনব অভাংবু য়োকপসি কৈ য়োক-পদ ভাই হায়চুন য়ুম মৈ থাগদব ওইরবদি চৎনিংব মফমদ চৎখ্রো হাযচুন তাস্থোকখ্রে।

বি : তাস্থোকখ্রে হায়ব সনা ? ঐগি অমত্ত ভাযজব, মৈ হৌন শাউরিব অভাংচু মযুমদগি তাস্থোকখ্রবা ?

স : সঙ্গ তৌদব, থোগল্লোন থভদব, অংগল লমন্ন নাওকোন্দচুন লম হেনব পাথভচু ভসি ঐন হয়াও হবাও ইন্দ্রাণী কাওব নেকুন চেল্লসি হায়হল্লি। শিরনি হায়চুন শিথাভ থাভই। য়োকপদ কান্নব অভাং নত্তে ঐবু লুখ্রাবী ওইহনগে থৌরাংব চুমল্লি হায়চুন তাস্থোকখিবনি। কৈ মীজ্জাব য়োকপ কান্ন-বোই জজ সাহেব ।

বি : চুমই সনা, অদুবু নিপামচাহু মজম থর যুমসিদ্দ থমহুন মমাগ লোয়নবা ঐহাক্ত মাবু পায়য়েংগে থল্লি। কৈ নত্তে, মী অনাবনি।

স : খুসি তৌবিয়ু, বেরা লৈজদে। ঐদদি তোডাম্ন লাইবিকশঙ লাইব্রেরী লৈবিবসিদ লৈজকরগে। ঐদি থরায মাঙনিংদে, জাং তানিংদে; লেম্ন নু'ঙাইনা লৈব পামজ্ঞে, কাম্মদ লীন চঙব হৈনদে।

বি : করে অহুদি, শাউনন্নুশিকো সনা!

স : শাউব ইত্তাক নচ্চদে।

বি : কদায়দ থিরগ, কনাদ হংলগ মাগি লৈভম থঙব য়াই?

স : এস, পি গি মচানুপী ইন্দ্রাণীদ অমুক্তং হংবিয়ু, মথোয়নি থোকমিল্লখি।

বি : চংসি লৈবাক্লে, নচা হায় থিরগ ক্ষোয় পোখাসি। নঙগি পোত্তু থমস্মু, করিমত্ত মা'ঙওই।

লৈ : মাঙখিনি কিবগি নচ্চদে, ঐ স্তুম পায়জগে। শাগৈ জাং মকম থঙদবগি পোংনি, য়ুম স মাঙলে শি'উ হায়ত্র থোক্রবদি শিংনিংডাই লৈজদে।

বি : (থোকমিত্নখিবদ) য়ুম ইস্কোল লৈরিব সম্পাত্তি পুম্ব নমা নচাগি তঙ্খায়নি। মাংব শোংবাগ য়া লৈতে, লৈত্রবস্থ ঐঙোন্দ চঙহল্লরো'ই।

স : (মথোয়ন চংখ্রব মতুংদ) নিপাবু থাজব স্তুপীন রাদবদি মরৈত্রে।

*Light Off*

---

### অহনগুব মতাং

# ৪ শুমা উপ

মুমিদাং পুং ১১ তাবব মতমদ লম্মাং লম্বী মনাক্ত পোংয়োনবীগি শঙ অগাঙব অমদ ফমহুন পরশুরাম, তোমাল অমসু কাক্লৈখোয় য়ানী শাবী। পরশুরাম্ন য়াখলদ উংলি, তোমালন কাক্লৈগি পেক১র তায়ী, অতৈন উইব য়াওই, তুম্ব য়াওই।

কাক্লৈ : হয়েংদি Independence day নি, ইমান্নব পুম্নমক মাগি মাগি লৈজব মফি মবোল শেংনরক্কনি। ঐদি কনাদগি য়াযহুন শেংকনি ? ফিজেৎ মাম্নরকউ, হান্নব ইল্লু, মরম ওকঞ্জউ, খংনব হৌরুম্ন, লম্বীদগি মুপী চিংঙুম্নু, মী মৈয়েনৌ হাযহুন শেল পীবগ নেকপ য়ারুম্নু, লৈরি লৈরিব ফিভমহুন পেল্লু, আইন কাযগম্নু, ধর্ম্ম ডাক্র চংলু—অসিরা স্বরাজ, মনিংতম্ব হায়বদো ? মুংডাইত্রব ফিভমদ লৈবিব ঐ:খায়বু খাঙহুন অম্নম লৈযু হায়বসিরাও ? Never—কৈদৌউভদম্ন ওইব য়াবোই। মুডাইতব কোক্লব, অপ স্ব ফংনব ইনিংতম্ন থৌনা উংপ ; শেল লৈবন মী যৈব, খুংনেক্ক মুপী চিংবিব, পোং মুনব, ফুরিংখাও চম্পনচিংবদ অথিংব অখাম্ব লৈতববু ইনিং তম্ব কৌই। ইমাম্নবগ মীমাম্নব ভমদন লৈশাবী মমাংদ থোক্লোইনহুন লৈব ফুরিং শেগায়ব লিংপ, খোংউপ অতংপ

তোংববু স্বরাজ কৌত্রাও? তৌব য়াব ইতীক চাব থবক পীয়ো, করিগি মীচং মীথায় নাইন থবক হাপ্পি, করিগি পুক থম্নবব ইহৈ তম্বিগে? লাইবক থীব ঐখোয়বু সমাজন লক্কবসিন্না স্বাধীনতা।

তোমাল: নচিন্ন ডাক্তবতনদি কান্নরোইয়ে ভায়, নরিংজেল নখুত্ত হাপ্লগ থবক পায়ো। হয়েংগি 15th August অসি মচু কন্নাগি ফজ্জ ফজরবী কুরাক মানবী কয়া কয়া পাইরক্কনিদন? ঐন হায়বীদো, মচীস্বান্দ শন্ন, শাংপী, মুগারং থোক্কদবী কুরাক লৈম মচা পিকতক চেংতকপীদো অমুক্তা ফাবিয়ে। ইমা ইপা কাংডৌ চাগে, ঘড়ি য়োল্লগ লুপা ৩০৲ পীগে, লৈনিংব লৈহুন শেংলগ লম্বীদ হেরো শাজ্জোও। নখুং য়াওদন চিস্বান্ন শেল থোকপ্রাও?

কা: মুগারংগি কুরাক তীন্দু ফারগ লফু চনান্ন মখোডদ কিহুন শান্নদৌরিব্রাও?

তো: No, no! ঐবু অডাংলাও? য়ুমদ য়োক্কদৌরিবনে। কাকান চেন্দ চেল্লকউ, উকিল পিকথন্ন লৈ, কেশ তৌবিগে হায়রিপোৎনে।

প: ব্রারেমহুব ব্রাথল মাংহনবসি করি কান্নবগে? অডাং নরে পাম্মুব্রাও নথব্রাই মচাশিংহু মতম লৈব থিবিক্ত কাউনরোইদব থবক্ত শন্দোক্লম্মো হয়েং মপোক্ত শন্সাল মীশাল তম্বিরক্কুন অহেনব মুংডাইব য়াওব কংনব।

কা: অমুক্ত ডাইবিথো my dear, বন্ধু তোমালন হাত্ত ঘড়ি

য়োম্নগ লৃপা ৩০ পীগে তাযক্তম নেকইব kidnapping case অসি অমুক্ত argument লোইনজখিগে। তোমাল ভায়, নঙন লুপা কুন্থু শিত্তন য়োম্লোরিব হাত ঘড়িহু কদায় য়াওরকপ্রা, মশক অমুক্ত য়েংগে?

তো : ঐখোয় কাকান পাখঙ শাহুন শিরিবহুনে, ইশাদ কদায়দৈ য়াওরকদগে। ঘড়িকা থুদোপক শিবগ মরম ওক্লোই কোয়-নিংলকনি হায়হুন ঐঙোন্দ শেগ, শো অমত্ত থাদেয়ে। ঐঙোন্দ পীনি হাযহুন ঐগি মিংদ কোনব সনাথুদোপকাস্থু লৈরিপোংনে। ঐখোন ইন্দোমচ ন অযুক সুংদাং শিনরিবহু উদ্রাও ভায়া ?

কা : নথে য়' কাকাগ নান্দামচাগগি মথুত্ত লৈব পোত্তু ওইরে নঙন ঐঙোন্দ পীদৌবিবদি; য়াম্ন নহা ওইবি, মথোযবুদি নঙন হান্ন শিব য়াই, নবা লৌব য পোং নত্তে। মতুং মনাও থক লম্বীদ পাহবী কুবাক ফানিংউন্নুকো নতীক নপা চাদন।

তো : খঙদেনে ভায়া, নহান্দি কাকাহু জয়দেব হল্লকপদ মবুক লেংই হায়হুন ইন্দোমচ ইমানন নাইব কৌহুন ফন লাক্লবনি। প্যাঞ্জনস্থু গ্রহ ৮ তিল্লী, দশ। ফন ফত্তে হায়, অদুবু কুইন থক নাদে। কাকাসি নিনী হিপ্পুরগ হুম্নি গুবদ চেঙ মেরুক অনী হেক্ত চায়।

কা : ননিং তম্ব ফংগে হায়রদি তোমাল ভায়, ডাক্রা পোরোম হাৎপদোন উতুপ্প থাহুন হাৎতোকও।

তো : পাপ পুগত্রা হায়হুন কিবননি, লাইবক য়েংনিংলপোৎনি।

প : ঐাগাদ্দ হাৎলনি কুইররোই, সমপূর্ণ স্বাধীন তাইবঙপান্দিদগি কংনিংলে।

তো : অদুক মুংঙাইন লৈব পামদদুন ভায়ান ঐখোয়' ইবক্ত তিল্লরিবসিসু ঙাওদে কয়ম হায়সিগে Dear নঙবো।

প : মঙাও অমনি ভায়, ঙাওদবদি কদায়দগি ওইগদগে। থরাইসি মুংঙাইমনখিদদুন মুংঙাইব হৈনদ্রে, অম্বদ হৈববোই। ঐন হুজিকপু Wool গি খোংউপ খোংগ্রাও নেকটাই, motor cycle, Jeep, Car থৌদুন চংলু, মৌন কবি হাযননি। লমজা লম্বীদগি খুনবসিন তৌজশাবিসে—নোক্লগদব মরৈ। অহাওব য়েঙ্গাং মথেল ঙাক্রা, শরেং, মাখন ছানা, লডু বেড়া চাব হৈনদে, খোংউপ গে গে লাউব তোংব হৈতে। হন্দক মপোক অসিমগি ঐসি মৌন লক্লভম ওইব থক তোক্লরোই-দবনি। ইশান ইশাবু তুক্কচবে। মনিং তম্ব ফংদ্রব ঐগি থরাইসি মতীক চাব মফমদ মুক্তি পীবিবগ ঐগি খ্বাইদগি মুংঙাইব হায়বদু ওইজবনি।

কা : My dear ন লেপখ্রবদি ঐখোযন খাম্বদ য়ানি হায়ব থাজদ্রে। মুমিৎ তম্বিরব্রা? চাক্ চারা অমত্তুদি চামিন্নখিসি মরূপ, অতুগ ঙাঁসিদি ঐখোয়দ লেকউসি।

প : মুমিৎমক্তি তমদ্রি। পাবুং শাব অকোনবগিসিন ঐগি ইমা অশেঙব চেম্মোকপ চংখ্রি, মদু ঙায়রিবনি। ইমান অশেঙব ওইবমদুন তাকপ ইপাদু মশক হেক থঙবদ—মান ঐবু হাংপ অম নত্রগ ঐন মাবু হাংপ—মসি ঐগি য়াশরি।

তো : Dear পরশুরাম, নমিংগ নংগি য়াশক অসিগ তাবদ মুংশা থীদব ঙমদে। অদুক কিব য়াশক শকউরিবদি কয়ি কায় নবনো ঐখোয়দ খঙহল্লম্মু।

কা : ইমা হাংকেদি হায়দন ইপারোমদ তাইনরিবন করিগিনো, মদুস্থু থঙনিংই মকাপ্প চা'নবিগে হায়রবদি ?

প : মচা মুংশিব থওদব মমা মপা হাংপসি ধর্ম্মনি, পাপ নত্তে। লাইবিক অরানবন থায়ব রা তাকুনু ; ঐগি রারীসিন মমা মপা হায়ব জাং অদুন হা'ং তুংদ মচা লুন তৌনিংহৌনবনি। কান্নদ্রব পুন্সিসি থিত্তং কান্নদৌব হিরমদ মাঙহন্নিংহুন রাশক-উবনি। নিপাগ নুপীগসি 'নপা'ন লানব হৌগল্লি ; অদুগ নুপীসি অবলা হায়নৈ, নুপী হাংনিংদে। পাখও অম ওই-রকপগি ঐন মুংশিজথিব নুপী খর য়াওথি, মরম অদুন মথোয়গি কংবুদি হাংনিংদ। আশান মুমিংকুম্ন ঙাল্লব ঐগি মতম থব লৈরাম্ম, ওঃ। মতম অদো, অমুক হন্ন লাকরোই।

( অহুম্মক মপি তৈথোক্লুন কপমিন্নৈ, অতৈন মিকপ থোকই। S P, বিক্রম অমস্তুং পুলিশ খব লাকই। টোর্চ কাপ্পা মথোয়বু হেক উবদ S P ন লাউই। )

এস পি : কনা কনানে ? অমত্ত চেনব য় দে থবরদার !

( পর- শুরাম নত্তন অতৈ চেনথি )

প : কনা কনানো ? কর্র্রিগি ওইরবনো ?

এস : পরশুরাম নওবু থিব লাকইবনি।

বি : নিপামচা নওন যুমদদি লৈরমগে হায়দন পোংয়োনবীগি শও অসিগ অহিং থেংনবসিদ কারিগি লৈরমইবনো ? লাকও যুমদ চংসি।

প : ঐগি ইমা পুবিরক্ত্রা ?

বি : নঙবু উনিংবন খোৱাংনে ঙাইহোরে নঙবু পোকপী পলেম। লাও, ইপাগি য়ুমদ চংসি ।

প : ঙসি ঐবু ইমা উব ফংজরগদ্রা ? ঐবু পোকপী লাইবক থীবি পলেম।

বি : লাকও চংসি । নঙন করিগিমো য়ুমদগি চথোক্লম্মিবা ?
(মথুং পায়ত্তুন কোল্লি)

প : ইমাশিন ইরানগিদমক, ইরমচংকিদমক তাম্থোকপিবনি ।

বি : ইচাগি ময়ুমদগি ইচাবু তাম্থোক্লবু অধিকার কনামত্তগি লৈতে। লাও, য়ুমদ চংসি ল'কও। হোরেল নঙ নমাগি মমাঙদ পাবুং কৌব কাউরকন্নু, হঙ্গোইগন্নু। হুজিক অমুক্ত হান্ন কৌ, ঐ ঙাইব ঙমদে। ইচা লৈন লৈন ইপা কৌবিদন লাক্লব বিক্রম জজগি থম্মোইসে খোৱাংলে। ইপাগি পরশুরাম। ঔরাইব ওইন লন্থীদ নমা উদ্রিবঙদ হান্ন পাবুং অমুক্ত হায়য়ু, থোকপ্র য়েংগে ইপা।

প : য়ারৌবিন্নু, ননথাক হৈব মী কয়া থেংনবদগি ঐ থাজব ইকাইরে। ইমাগ য়া অশেঙব অমত্ত তাজথিগে অতুগ নোংমদ পুং ২৪/২৪ পাবুং কোজত্তুন পিল্লিবঙদ কোহৌদবহু শিঙ্গৎ চগে। ইমা! ঐবু পোকপী পলেম নঙদি হুজিকফাওব হিংলিবোইরেকো! ঐদি ইমা কৌভম লৈতন নহানমথৈ মীগি য়াথল তৌরুদ্রে, ঐদি শা ওল্লে ইমা!

(চংমিন্নথি মপান কোনথি)

*Light Off*

---

অহুমঙ্গুর মতাং

# ৫ শুলা উদেপ

ৰিক্ৰম জজগি হিপ্লব কাদনি; ফমুং-মেজ অনানব, চৌকি সোফানচিংব থর থারি। ফক্ অরোনব, গালিচা ফিদা থাই। মথল-মথা অয়াম্ব লৈতেংন ইমুংত্নু থল্লি— রেডিও, গ্রামাফোন, হারমনিয়ম ···· ······। সনাজাওবী সিতার খোংই অয়াকপ মখোল থোক্লব থত্তুন। মতম পুং শুম তারে, নোংয়াই মতুংনি। থংনব কাদগি হকাম চন্দ্ৰুন পুলিশ সাহেব চংলকই—জ্ঞান মাঙব উপাই লৈতব শককমদ।

সন: কৰিদ ৱাই তারে পুলিশ সাহেব? চৌকিদ ফম্মু।

চন্দ্ৰ: সনাইবেম্ম ননাই ঐ জ্ঞান তাদে, অম্মুক ডকপ অডাংদি অমুক্ত থেংনজ্ৰি। নুংঙাইন হিংব পামদ্ৰব নহাসিদি ডাওগে হায়ব নত্তুন করিস্নু ওইভম থোক্তে।

স: চুম্ম মবুক তপ্প ঙাওব নহা ওইরবদি লায়, হাংকে নত্ৰগ মাবু হাংলু হায়রিবসিবু তাহৈব ৱারাও? কান্নপোং নত্তে, ডসি অহিংসি থানাগি উপুদ থম্মিক্লরো, হয়েং নোং ডানবগ জেলদ পীখিনব।

চ: মদুন ফগত্ৰা থল্লি অহুবু জজ সাহেবকি হুকুম অমত্তং তাদনদি

(বিক্ৰমম্নু জ্ঞান মাঙহন থোরকই, মতুংদ লৈবাক্কে ইল্লকই, ৱারী শাহুন চঙলকই।)

বি: করি উপাই লৈরি লৈবাক্রে?

লৈ: নীংব কায়বদগি তৌখ্রিবনি, ফবকখিনি; অচৌকপদ থেমহুন য়েংখিসি।

স: নোংমাই মতুং পুং অমবোম তারে, এস-পি সাহেবখোযদি তুম্মিংলরিনি। অঙাংহুবু য়ূমসিদ থম্বিদোবিব্রা নত্রগ জেলদ পুহনখিবন ফবোইদ্রা? ফন নুংশি হাযহুনস্সু য়ুম মৈ থাগে মচৌন্দ লাই তোংলিব, মপাঙ্গল কল্লব, ভুতন পুবগুম তৌরব হায়ব ইন্দ্রব অঙাংসিবু য়ূমদ থম্বদি রাজনীতিনস্সু ধর্ম্মনীতিনস্সু য়াফম থোক্তে। মাগি প'বুং লাক্তি ভৈদ মমা পোক্তবীন মীচাবোক তাম্মোকখ্রে হ'যহুন ঐবু বদনাম তৌই লৈবাক্র। ঐ লান্দ হায়বসি ঈশ্বরনদি উবিরিনি। হুজিকপু মাগি প'বুংন মীরোল হুক্তুব অঙাংহুবু থানাদ থম্বিদোবিব্রা নত্রগ জেলদ?

বি: য়ূমদ মতম খব থমহুন ল ইযেংখব তারি সনা।

স: থিংজব্বাদি ইতৌক নচ্চদে, খুসি তৌবিযু; অহুন্নদি ওইরবদ অহল লমন লাইগুকশিংগি পাউবৌ খুজিন্দ তুম য়ুব, কাঞ্চদ লীন চঙব হাযবহু নুংঙাইব পোং নত্তে অহিংব মীদদি।

লৈ: ইমা ইচা অতোপ্প মফম অমদ ভারা য়ূম অম ব্রাযবগ ওইরবস্সু লৈজক্লগনি। কাঞ্চদ লীন চঙবগি ভাবতুদি চিংনবিরুস্সু।

স: ঙসিদ লাক্লগ খংনব হৌরকস্সু। কাঞ্চদ লীন চঙলে, তাম্মোকউ হায়বগি য়াফম নত্তে। পীকখ্রব কাঙ তুমিং ফাওব তাম্মোকনিংলবদি তাম্মোকপ ঙম্বী নিংথৌগি মচানুপীনি ঐ। য়োকপ য়াব পাখঙ ওইরবদি ইচা লৈতে য়োক্লগে হায়হুন

থনম্ব অঙাংনি—মহাক্ক চানিংঙ্খদ চা, শেংনিংবদ শেংহনগে লাক্করম্বী মুপীনি, থাজত্রগ নচা মুপাদ হংউ। পাথঙ অসি মবুক্লিংদ লাই চঙলে, হাযহৈদব ব্বা হায়রে, মীয়োল য়াংপগুম তোরে, মমা মপাবু য়েক্লবগুম তোরে। ফিভম অসিদ মহাক মমা মপাগ পূম্ন যুম্ন অমদ লৈমিন্নব চুমদমানে হায়বদনি; মসিবু কবি শাউভম লৈবগে পুলিশ সাহেব?

চ: থোঙ্গন কাম্নব ব্বা নত্তে, অহিংব মীন থব্বাই চেকশিন্নব মশিন্নি হায়বদনি।

লৈ: থব্বায় পাম্মুদবী ঐদি ইচাগ লৈমিন্নজনি। ইমা ইচাগি দোষন মী অতৈদ দশা তাদনব লাপ্প তোঙাম্ন লৈজরুগে হায়বনি। নিংথৌগি মচানুপীদ লমজা ইমা ইচান থংনব হোব ইতীক নচ্চদে। মীগি কাদ য়েত্তন ইচাসি পুরগ মী অত্তে শোক্তনব লাপ্প চচ্চখ্রগে হায়বসিবু কয়া য়াম্ন কায়ববগে?

বি: নখোয়নিন ঙাঙইহু অচুম্ব ঙাক্তনি। লাল্লুরিব, লাল্লিব নিপাদি ঐান। কোর্টকি ধর্ম্মাবতার শারিব বিক্রম জজ, লৈবাক্ক অচুম্ব চংলি হায়হুন থাগংনরিব নিপা ঐান লাল্লবদি। পুলিশ সাহেব। মতম থেঙখ্রে, অঙাংসি ঐগি য়ুমদ থম্বিরম্মো; ঙসিদি স্নুম লৈহল্লগে, ঈশ্বরন ৩ম্ব লৈরম্মানি। ঙসি মাবু থেমহুন নৌহুন য়েংবদ কান্নদ্রবদি হয়েং জেলদ থম্মুব হান্নবহুনি mental Hospital অম seat ফংদ্রি ফাওব।

চ: অহুদি ননাইশিং দারোগা অনী মাবু শেম্নরিব্সি থম-জরমখোরা?

বি : মথোয় য়াওত্রবস্ত য়ানি, ছুটি পীবিখ্রো রাররিনি।

( চন্দ্রকান্ত কা অতোপ্প অমদ পুলিশ কোব চঙথি। )

স : রাবগি রাব পুলিশ অনীহু ঙসি অহিংদি শেন্নব য়াওহনব ফগদ্রা থল্লিদা।

বি : করিস্ত তৌরোই সনা, নুংশা থীগন্নু। মাবু নুংশিরিব মপাবু মচান হাৎপ ওইথোক্তব রানি।

স : ঐবুদি লাইরিকশঙদ তোভাম্ন লৈজরুদোবনিন করিস্তু নুংশা থীনিংঙাই লৈজদে, শোয়রগ নিংঙমদব তৌদনব নিংশিংজবনি।

বি : চান থরুব করিমত্ত হোৎনহন্দ্রবা ?

স : নিংথৌজাওথোয়ন বুজারীগ হোৎনরি, অসাইন লোইররিনি। হাবিব য়ারনি, চাকথুম সেবাসি ঙসিদগি ছুটি থর লৌজব তারি মী য়াম্ন লৈরবনিন।

( এস পিগ দারোগা অনীন পরশুরামবু মথুক্ত থৌরীন পুল্লগ লাকমিন্নে। )

চ : ননাই ঐথোয় হঞ্জব য়ারদ্র ?

বি : য়াম্ন রাবিরে, হনবিব য়ারনি। ( পুলিশশিং চৎথি )

স : চৌকিদ ফম্মু নিপামচা। ( ফমহল্লি চিংশিন্দুন; পরশুরাম্ন মমা মপাদ মমিৎন অঙাওবগুম য়েংই। )

রা হংগে নিপামচা, অচুম অচুব থুম্মুকো। নঙ পাবুংন য়ুম সিদগি নমা অপোকপী কোব চৎপ্রিঙৈদ ঐন নঙবু কয়া থীন তৌই ?

প : থীন তৌবিদে, অঙকপ ফংন লুনচুম তৌবা। ইতীক চাজ-দচুন ঐন শেংচ চ জদবনি। ঐ ইমাশিগি লমন তোল্লি, হন্দক মপোক্তদি শিংব ভল্লি থাজত্রে, হয়েং মপোক্ত শিংজগে।

স : ঐগি লমন করিগুম্ব তোন্দুন নঙন শিংবিগে হায়রবদি হয়েং মপোক ঙ'হব ঙম্মোই, হন্দক মপোক্ত শিংবিয়ু।

( পরশুরাম অতিয়াদ য়েঙ্খৎতুন রাথল তৌই। )

রারী শারবদি কৈম্মু তৌদন উই, নঙন করিগিনো থলহৈদব রাথলদ থল্লিবা ?

প : ঐ ঙাওদে ইমাশি। ঐবু মীন ঙাওবোই নীংন্নরিবসি লাইন তাকপ রাথল অমন ঐদ্রোন্দ কন্ন ইন্‌শিল্লি, অদুননি। থোইন্সিন্সি ইন্দব ঙম্মোইদোর।

স : ঐন নঙবু য়ুমসিদগি তাম্হোকপতু শাউনিংত্রা ?

প : শাউনিংদে, শাউফম থোক্তে, তাম্হোকপিব চুমই। ঐ য়ুম অসিগি য়েক্কবনি, য়েক্কবগি মথুক্তগি য়ুম কন্নব হোৎকবল য়ুমগি মপু ওইরিবা ইমাশিগি মথৌনি। ঐগি ইরাল গুম্মক ঙাকপিয়ু। ( মথোঙদ খুক্রুমই )

স : ইচাদি করিমক্ত সান্দে, হোৎলু; অহম্ম লমনশি সেবা তৌদুন মিংচং তাল্লু, পুল্লিয়ু। মুংঙাইব পানব রানব রারী শাবিহৌরো, ঐদি তোঙান্ন লৈজরক্লগে।

বি : সনা নঙ ঐবু শাউমু, তারিব দশাসি নঙমু খঙলেনোকো ? রা য়াম্ন ঙাঙনদোব লৈ, কোম্ন ঙাঙনসিকো নিংথৌশি মজা ইবেম্মা। ঐ লোইন ঙাব তাজে, ঐ কায়জরোই।

স : নিপামচা চাক লোইরপোংনি, লম্মরিনি চাথোকউরো ।
(চংখি)

খি : নিপামচা নঙ চাক লামজ্রাঙ ?

প : ঐন লাম্মিবদি চাক নচ্চদে, চাজরোই ।

বি : নঙন লাম্মিবু করিনো ?

প : অরানব খুভম ! পাবুংন ঐবু হাৎপিব অম নত্রগ পাবুংবু ঐন । ঐবু ঙাওই হায়নরিবসি রাথলসিমত্তগিনি ।

লৈ : মদু হায়হৈদে নিপামচা ।

প : তাইবঙপান্সদ হায়হৈব হায়হৈদব, তৌহৈব তৌহৈদব তাইবঙ মীন লিঙ্খৎতুন লৌরিব ময়ামাস মা থরন ইন্, থরন ইন্দ মাগি মাগি কান্নব মতুংইন্ন তৌনরি। মচাবু পীাক্লৈদ লং-থোক্লগ চাউরগ ইচানি হায়বাসিদি তৌহৈব্রা ? অদুগ ইমান ঐগি অশেঙব ইমা ওইরবদি কারাগ মীরোল তাদ্রব নচাবু লংথোক্তুন লোৎপিরুবগে ? শন্বী ফাঙব শন্নাও মচাবু মিকুপ অমত্তং উদবদ থোংহৈ, লাউই, কোইথি থি। চহী ১২/১৩ বু ইমান ঐবু কাউবিরুরগ হুজিক্ত থিবিরকইবসি তৌহৈ হায়গদ্রা ? ইমা অমুক্ত তাকাপন্নু, পাবুংস্নু স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু— ঙাওরিবসি ঐরা নত্রগ পাবুংগ ইমাগরা ?

বি : ঐখোয়ন নঙোন্দ য়ান্ন লানখ্রে নিপামচা। মদুগি লমন হুজিক শিংলগে হায়ত্তুন নমাবুস্নু কৌরুরিবনি ; নখোয়নিন হায়রিবমথৈ য়ারনি ।

লৈ : নঙন থাজগে থাজরোই ননিঙনি । নঙবু ইমান হুন্দোক-লম্নগি অশেঙব মরমদ অসিনি—তাও ইমাস্নু শাগৈ জাং

মফম মবাং থওদবী লমম্ব'নি হ'বুতুন পাবুংন ফোংন লৌনিংদে।

বি : ঐদি সমাজগি চৎনবী, নিংঙ্গোগি ম্না য়াথং কিন্তুন নমাবু ফোংন লৌদব নত্তে। ইদম চাউনব, ইতৌক ইরল য়ামা লৈরগ নমা নচাবু নংডাই য়াইফহনগে হায়তুন পাবুং হায়বদি নবুঙ্গোগি য়াথং ইল্লুবনি। হুজিক্তি নবুঙ্গো লৈত্রে, নমা নচাবু ফোংন ঐগি ইচান মুপীনি হায়ববনি। নথোয়নিবু ঐন নতৌক চান মুংডাইন থম্মনি। মমাংঙৈদ ঐন পাওথি-দবহুগি মথো' লাকথংতুন নথোয়নিগিদমক ঐন ওমদব লৈবরেই, অপাম্বদ হায়যু। ঐন চহী থব মওবু ইচানি হায়ন ফোডদোক্তবদি ঐন হুজিক ওইরিব বিচারপতিগি ফম, ঐগি লৌবিব লন্থুম ময়ামসি নঙ্গোন্দ কাম্নগৌনবনি।

প : চাক পুক থন্দব, শেংনিংব শেংপ ফংদব. মী লৈজদব, মীন লকবদ খুম্ন'ডাই লৈজদব লমজাগ-লনথুম, মরূপ-মপাং, মম মপান কন্নগদব মতম লৈরম্মি। ইমান ইমান্নবগি মমাডদ চাঙথোকচনি'ডাই কবিমত্ত লৈজদতুন থরায় চাকন লৈবম্মি, মতম অদুদ চানাবগ্নবাদ কয়. মুংডাইজরমগবা! হায়হন্নিংদব মতনদ, ইকাইখ্রবশিংগি মমাডদ ঐবু লমজা পরশুবাম, মমা মপা মশক থওদব হায়থিব মতমতুদ ইচাগি মপা কোর্টকি বিচারপতি ঐনি হান্নবিরম্মবদি মমল য়াওদন পাবুংদ অশেঙব পাবুং হায়তুন কৎপ ওমজরমগদবনি লমজাগি থরায়সে। হুজিক্তি জ্ঞান তাজরে, ইপাঙ্গল চাউজরে, ইমা ইপা য়াওদন ওম্মনি।

লৈ : ইমাগি রা লোইহিন্ন তাথো নিপামচা—। নপাবুং য়াওদন

ইথুংগী লোমন্থন নঙবু ঈমান থাকপ ভম্নগদবনি । অতুদ নঙন ইপা মশক তাক্‌উ হায়রতুন মুক্তিগি তকখি, মতুদ ইমাগি খুম্নিংডাই লৈখিরে । ইগ্যদ ওইদব তাকপদি হৌনদবশিন ; অচুম্ব তাকউরে নঙন নপাবুং থিত্নুন কৌরুবদ খুম্বিরক্ত্রদি হায়রবগি কিবন ইমা ননাক্ত লৈনিংদে ।

খি : লৈবাক্রে । ঐবু অত্নুক থীন, ইচাম কৌবদ খুম্মকওই থাদম্মিবা ! (কপই)

লৈ : ঐম অমত্ত ভায়জব লায়রবী গি মণি নঙবু হুন্দোক্লুন লোৎপগি অতোপ্প মরম অমন নহাক্ত তুংগি পুন্সি যেংবদগি নপাবুংন হেন্ন চেকশিন্ন হোৎনবিহৌনি ঐ লৈত্রগ হায়ব থাজবদগিনি। নরাইবক থীবন নমানস্থু হুন্দোক্লম, নপাবুংনস্থু লৌশিনব ভমদ মতম থর ব্লারুরে ইচাদি , মদূ পুন্নমক হুজিক কাউবো, অমুক ব্লারগন্নু।

প : ব্লাব নত্তে ইম', ঐ ভাওববনি, খ্বাইগ মাম্নত্রব পাথভনি। অহাওব চানিংদ্রে, অফব শেৎনিংদ্রে। লাইবক থীব ঐগি খ্বাইদগি মুংভাইব লম্বাদি হৌখিব ব্লারিসি কাউনব, অনৌব মপোক অম তীল-কাড ওইন পোক্লব।

খি : হায়রহৈদে নিপামচা ! অহুম্ন খনগন্নু। লাইবক্ত নঙবু মতম থর মুংঙাইতন তম্মুরে, হুজিক মতম অদু লোইরে। মুংঙাইন ননিং তৌন পাল্লপরদ মতম হৌরে ; চিন্তা পুন্নমক থাদোক্লো হুজিক। অহৌব কবন চৎনদে, অরোইবদ করগ লোইরে ।

পর: লৈথোক্লদৌন পেংলিইতেনদি শালিংবে মওংগি চক্‌ শাম য়াম্বি হাপ্পিংব পোং হাপ্প য়াব পান্ত্র এইখক্‌— কাজলব পাউত্তাক কল্লা তাদনব অশ্তাং ওইনব। হাঞ্জক্তি লৈথোম্ন শাব ঐ মৈ ইক্র বম পেংলু য়ারক্লোইদব চেপাক্ত অচেংনি। ঐবু অমুক পেংনব হোংনব অরেম্বনি ধর্ম্মাবতার। ঐ মরাম লৈব নিপানি, মমান মপান, মোংদম্ব বিধিন পাক্সিব নিপানি। লৈবাক্ত, নিপা নুপী পুম্বন থোঙ্গোইনরব মীম্নুখাংনি। ঐবু পরপ পবপ অবান খুভম ফংহল্লু, হাংলু বিক্রম! মীম লক্ননব থোক্সেইনত্তন থম্বিরম্নু। ঐ খ ভব ডমত্রে, ঐন হায়-বিব স য়াত্রবা ঐন হাংচখিনি চেকশিল্ল। ঐ নঙগি মুংশিব যাব নচা নত্তে নুপী। নঙ লাপ্প চেনখ্রো; মথক্লাই শোনবী নঙন মী হাংনব য়েংনিংগম্নু। চংখ্রা চেনব হৈবী, মদুন নঙগি শাস্ত্র ফংগনি। অঙাংন কপ্পদ ভাব হৈনদবী নঙদি মীরক্ত লৈগম্নু, লোত্তুন লৈক্ত অপাম্ব মফমদ।

লৈ: ইমাগ পরশুরাম। নমাদ অহুম্ন হায়রবনিকো! হে ঈশ্বর ইবুংঙে, মসিরা নঙগি খুংশেম। মসিরা মচা মরা লৈবগি মুংঙাইব হায়রবদো?

রি: থা তরা গর্ভ পুম্নকপী, চহী ৫/৬ নচবু য়োক্লকপী, নঙগি রাখলদ চহী ১২/১৩ অমস্তু মীরৈবাক্ত অম্নাব কম্রা থাঙহন লৈক্তরবী নমান মমিত্ত মপি ভাক্তন কশ্যপ করিমত্ত মুংশিমব শ্রব পরশুরাম নঙ মী নত্তে শানি। শাদি অমা মুংশিব থক্তই, নঙ শা ওইবদ ফাওব মক্তীক চাদে; নক্তদি ভীম

কাণ্ডগি পুকচেল চেনব চঙালনি। নওন ঐগি ইচা ওইন পোক্লপপ অওকপ থুংশেম্মি তাইবঙ মপুগি।

প: তাইবঙ মপুদ তাইনরুহুন কাম্নদে, ঐসি পাবুং অমস্মুং ইমাগি থুংশেম্মি। শোয়খ্রব থুংশেম্মি, থুগায়বিয়ু! লমশা ঐবু হাংপিয়ু; নত্রবদি শান হাংথিহুন তোকনি। মমা শাব মপা শাব নমথাক লোনমগি লিলাসি ঐ য়াওজনিংদ্রে।

(নিংথৌজাও লাকই)

নিং: লুক হাথিরোইদ্রা, ঈংথ্রনি।

বি: (পরশুরামবু পুনবদগি থাদোক্লগ) য়া কোয় ডাওনসি, চাক চাথোকউথো। নিংথৌজাও, মান চানিংবমথৈ ওক্লুব ফাওব হাপ্লগ পীজো। চাব লোইরগ ঐগি ফমুংসিদ হিগহল্লু; মথন্তু থাদোকপ য়াদে, শেম্নগদবন।

নিং: ননাই ঐ ভাব ভাজরে। (চংমিন্নথিবদ)

প: অয়ুক চাবদ ওকপ, মতুং চাত্রবস্মু য়াব য়েংঙ্গাং পীজো ওসিদি খুড়া নিংথৌ। তাইবঙপানগি নমথাক লোনম উংপ লিলাসি-দগি পরপ পরপ তোকচনিংসে

নিং: কনান ইবুংঙোদ নমথাক তোয়বগে?

প: ইমায়বস্মু অগল্লমনস্মু তাইবঙপান্দ লৈব মী পুম্নমক অওইব অমত্তু খঙনদে। ঐবু লক্লনিংব মীসি য়াংখ্রে, খুড়া নিংথৌ নওস্মু য়াওরিবনি থওউ।

নিং: ঐদি কদায়দ য়াওরিব ইবুংঙো?

প: হোটেল হোটেল খুদিংদ ঐনবু চঙলুরবদি ফুরিংথাউ চেক্‌শিন্নৈ। লমজা ঐবু নওন ওসি চাক য়েংহাং অহাওব পীজ-

দৌরিবসি নডস্থু ঐবু লরুব য়াওরি নত্রা? হা হা-হা
( নোক্ল নোক্লহুন চঙখি )

লৈ : অডাংসিবু ডাওয়ব হায়গত্রা ডাওত্রিব হায়গত্রা?

বি : ঐস্থু খল্লিবনি।

লৈ : থন্দুন ফুখংনবন কায়রোই। মান হায়জব চুমই, মমা মপান ডাওহনবনি।

বি : নডদি কৈদৌন হুন্দোক্তুন চেল্লুরি?

লৈ : ঐবু মুংশিত্রবস্থু মচাবু দি মুংশিব য়াই থন্দুন চেল্লুবনি। মীন নীংজবন অম, লাইন তম্বন অম—হে ঈশ্বর ইবুংডা! ঐগি লাইবকসি ওম্থোক্ল থীখ্রবোইদা। ইমা ইপা য়েংই কদায়, ইচা ইরা য়েংই কদায়!

বি : চাক চারগ তপ্প থন্নসি, লাকও লৈবাক্লে।

লৈ : ঐ চাক অমত্ত চাজনিংদে, ইচা ডাওরিবসি শিংবিয়ু। নতীক লৈব কোর্টকি জজনি, লন-থুম য়াত্তব নিংথৌগি মমাক ইবুংডোনি। ইচান চানিংডাই লৈতহুন হোটেলদ নিহুন চাব, লুথাক ফেডব মতমদ করিগি য়েংহুন লৈবিহৌবগে? অমত্ত ডায়ব নচান তুম্ফম লৈতহুন লম্মাংদ উথোংদ মাফ শেগায়ব শেত্তুন তুম্ব মতমদ করিগি কৌশিনবিদবগে? অমত্ত ডায়জব ইচাবু ডাওহনবদি জজ সাহেবনি, হুজিকমক শিংবিয়ু।

বি : নমা নচা চঙহুন ঐবু অমুক ডাওহনব মতম ওইরত্রা? ঐগি লৈজরিব লন-থুম, ইতীক ইগুণ পুম্নমক শিজিন্নহুন নচাগি লায়েংনব হোৎনগনি। ঐগিস্থু ইচানি, ঐগি ইচা অতৈ লৈতে। ডাওব য়ারোই, বিক্রম জজগি অমত্ত ডায়জব মচা

কৈদৌউদ ভাওব য়ারোই। ঐন শোয়রদন ক্নব লায়য়েং- গনি। পৃথিবীগি হৈর হৈরব মাইব মাইবী, ডাক্তব, সাই- কিয়াত্রিষ্ট পুন্নমক্কি মত্তং লোগনি। ইশাদ পকপ ঈ মরীক ক্ষাওব য়োন্দুন লায়েংগনি, ঐগি অমত্ত ডাইজব ইচা ভাওব য়ারোই, পরশুরাম ভাওরোই। ( অভাওবগুম লাউই )

( ছুরি অম পায়রগ পরশুরাম অভাওবগুম লাকই ফিংন। )

প : জজ সাহেব, রিভোলভর পায়যু, নত্রবদি মবুক লায়ব ছুরিগি মচিক্কাক পীব তাই। ওসি মপা মমা শাবগি লিলা লোইব হুমিংনি।

লৈ : করিনো পরশুরাম, নঙবু চান্নন ভাওরব্রাও? ছুরিহু কদায়, ইমাদ পীয়ু। ( মুনব লাক্লে )

বি : নও চাক চারব্রা নিপামচা?

প : ঐ চাক লামদে পাবুং, নোংমৈ মরূ লামই।

বি : ঐদি ইচা হাংকদব চণ্ডাল নওে। নঙন ঐবু য়েক্রবনি হায়ন থল্লবদি, ঐগি থব্রাই অসি হাংলগ নুংডাইনি থল্লবদি— লাও নঙন পায়রিব ছুবিহুন ঐগি থবাক অসিদ থিন্দুন ননিঙ থুংজরো, নঙবু ঐন পিক্লিউদ হুন্দোকপগি লম্বন থুমজরো।

( থবাক লোংন লৈ )

লৈ : ছুবিহু থাদোকত্ত নিপামচা। নঙন হাংকে হায়জল নমা ঐবু হায় হাংখো। নপা নচাপি কুম্মেসিং ঐ মেংব ওক্কজরোই।

( মগাবু ফাব, ওপোাইদব নাম্বোকে তৌব মাল্লি )

বি : লাইশুক্লগি সেব তৌরৌলব, লৈবাক্তি মতীক চাব মী অম

ওইংগৌনব ইচাবু লুন তৌনবনি। মদু থোক্লোইদব ইচা চণ্ডাল পোকপগি মবাল লৈরব ঐবু নখুৎমক্ হাংলোরাও পরশুরাম। মদুতন ঐগি অপেনব ওইগনি। থামমচু লৈবাক্লে, নচা চণ্ডাল খাদোকউ।

প : খাদোকউ মুপী, নঙ ঐগি অশেংবা ইমামক্লা মদুদদি ভাকউ। অদু ওইরবদি ঐ নঙগি নিপা, ঐগি ইপা শাস্বসিদ করিমত্ত তৌররোই।

লৈ : থা তরা শর্ভদ পুরগ চহী ৫॥০ য়োক্লম নমা অশেংবচু ঐনি। নঙন হাংকে খল্লিব নিপাসি অশেংব নঙগি নপাবুংনি।

প : খাদোকউ, ঐ পাবুংদ করিমত্ত তৌরয়োই ইমা। ঐ পোক-পদগি ইমাবুস্তু ইপাবুস্তু ইকাইব নংহল্লে। হুজিকস্তু ঐন মী ওইন হীংলিবসি ইমা ইপাগি ইকাইনব ময়েক লাব খুদম ওইরি। ঐন ইরমচং কত্তবন, ওক্তবন ইমা ইপা, অহল লমন কয়াবু য়াহল্লে। মতুংসিদ ওক্তবদ হৈনরব ঐন অফব থবক তৌরক্লনি হায়ব উদে। মরম অসিন বিদায় পীবিয়ু, ঐ লাপ্প চচ্ছখ্রগে। ( ফাব খাদোকই )

লৈ : কদায়দ করিগি চত্তোরিব? ইমাস্তু নতুং ইল্লকনি।

প : মুংভাইন লৈবিহৌ, ঐ পোকপদগি অরাব কয়া নংজরবী লায়ররবী ইমাগি লমন্ শি'ব ডয়মদ্রে, য়'রোগস্তু অপোকপী।

লৈ : নমাগি লমন্ তোনব অভাং নঙদি নত্তে, ইচাগি লমনতুম ইমান তোল্লি।

প : পাবুং ইমাবু মতুংসিদ লুন তৌবিরক্রা, অমুক হন্দোকপিরু-রোইক্রা?

বি : ইপা ইপু পুম্নমক সাক্ষী ওইসনু, মুমিৎ থা লেঙলি পাল্লিব পুম্নমক্কসু সাক্ষী ওইসনু ; ঐ মতুংসিদদি নমা নচাবু লুন তৌহন খম্মনি। করিমত্ত চিংনমু, ঐন নডবু থর লায়থোক-উবগি লমন শরুক চাম শেম্মোর লাকথত্তুন লুন থম্মনি, শেমগৎলনি। ঐগি ইচা কৈদৌউদ লেম মাঙব য়ারোই, ইপা ইচা হুজিক্কি মুংঙাইন পাল্লগদবনি।

প : ( ফিংন হন্দোক্তুন মথক্ত লেপ্লগ ) ঐ চৎলে মুংঙাইন পান বিহৌবো। থাজব য়াদব ভাইবঙসিদ রাশক ঙাকপিহুন লিপা থোকপিয়ু। পাবুং ! ইমাবু লুন তৌবিনি হায়বহুগি সাক্ষী ঐনি—বিদায় ইমা ! লাইবক থীরবী, মুংঙাইবিহৌরে , ঐগিদমক করিমত্ত য়াবিগনু। ঐন পামজব লম্বীদ চচ্চরে।
( থর চৎলগ ছুরিন মথক্ত থিঙহুন তুথখি। )

কৈ : কবিনো করিনো ! মাঙলেদন তৌরিবসিদি ইমাগি পরশুরাম। ইমাদি মাঙলেদন ইবুংঙো ! কবি মতৌ কোই হারবগে ? অহুক নরিংজেল থাবদি করিগিনো ইমাগি ইবুংঙো ? হা কৃষ্ণ ইবুংঙো, অসীরা চায়ব—মুংশিবগি লিলাবো ? অসীরা ! মীচং মীথায় নাইব ঈশ্বর নঙগি নোংদম ? মুপী মচা অমদ অসুক থীন লাক্কবদি নঙ মঙাইরে হায় বিধাতা !
( অঙাওবে মতৌ উই। )

বি : ( পরপ পরপ চঙহুন থাঙ শংলি মবুক্তে, ঈ তৈংথাকই। ) ঙাইথো লৈবাক্কে, ফিংগৎথিনু। ইমানিগি মুংশিরব ইচা অমত্ত ভারজবসি চানন শিরে, ডাক্তরদ পুরগ হিক্কংলরোই। অহুত্তৈ ইমানি মুংশিনখি ; মহাক থুদম মুংশিরব ইচাসে শিরে,

মপা তাংকে হায়রম্বগ হাত্তন মথত্ত—শিজগ্রে কুপী। মাক নঙবু লুন তৌ হায়রম্মী, নঙ ঐবু ছন্দোকুন চেনখিত্রা ? ঐ নঙবু লুন তৌরবনি, ইচান নঙবু লায়থোকপ শাওনিং-মানে; নঙ চেনাথনু। ( মখুদাং পায় )

লৈ: সনাগ নিংগিন লৈমিং ঐ, ঐদি চংলনি।

বি: ঐ নংবু থাদোক্লোই, কদায়দনো, নচান শাউনি।

লৈ: ঐ অঙাংসি পে ছুন পুজখ্রনি, মাগিদমক লাকচবনি।

বি: কদায়দ চত্তোরিবা ?

লৈ: ত ইবং মপুগি মনাক্ত। ইচা হাৎপ পাপী! ঐবু পুন্সি চুপ্প ব্রাংহনব, কপহনব, লাইবক থীহনব বিধাতা হায়ব চণ্ডালছুগি মযুমদ চংলগ ব্রা খর ভাঙনিনিংই। অঙাংসি অমুক্ত থোঙ্গৎপীরো।

বি: ( অঙাওব মাল্লে ) নঙবু বিধাতাগি মযুম খঙব্রা? লম্বী কদোমদ চৎপগে? ঐস্থু চৎকে। অঙাং অচৌবসি নঙ পোব ঙমগদ্রাও? ঐ পোবিগে চৎসি লাও। মযুম খঙলবদি নঙ লম্বী চিংউ, মবুক ফত্তব বিধাতা হায়বদো নিপানি, নঙ কুম্মে য়েংউ মুপী, ঐগ ভাঙনগে। তপথো, জ্ঞান মাঙগম্মু, কবিমক্ত রাগনু।

লৈ: ইমাগি পরশুরাম, নিংঙমহৌদেদকো ইমাগি ইবুংঙো। চহী অমত্তস্থু পুম্ন লৈমিয়রম্বগ কায়নরবস্থু খর ফণদরলিকো ইবুংঙো। ইমাগি ইবুংঙো, লমজাগি মচা লমজা।

( ভাঙজহন হঙ্গং হন্দা চংলি, মশম কোয়ঙ্জে, মফি শেগায়জ্জে—বিক্রম থামই। )

বি : কপকনু লৈবাক্লে, য়াগনু করিমন্ত। বিধাতান উরগ নোক-লমগনি। হুম্মমনগি ময়াংদ অৱাবু উংকনু কল্লক পেনখিনবনি। অচ্ছা-চা! লাকচৈদ মিষ্টর বিধাতা, চুম্ন ডাওবদি মতৌক মরল লৈব বিক্রম জজন লায়ন লায়য়েংব ডমথিগনি হায়হুন নণ্ডন অডাংগি মবুক্ত চঙহুন শিনিংহনবনি ঐ খঙই। ঐন তাইবঙ-পান্দদ তৌখিব অক্কব খবক ময়ামহু উং য়াইগুম্ন খল্লগ সমাজবু ইকাইখুম্নহুন মতম থরদং কেকু লোংপী শাম্নরুবগি দণ্ডবু ইথরাইদগি হেঞ্জবব, অমত্ত ডাযজব তোম্পোকপু প্রাণ দণ্ড পীবদি কবম্ন Penal Code কি করি Section পাল্লি-বনো ? হা-হা হা হা নঙগি বিচার মতৌসিদি তমথীরব Military Court ত ফাওব মপা থিব ফংদে। ধর্ম্মদসু কায়দন, আইন্দসু কায়দন ঐন তৌখিব বিচারশিংবু নোক্কব তাইবঙ মীশা! য়েংউ ডসি তাইবঙ য়ায়েন মপু বিধাতাগি দণ্ড মপীসে। চংসি কান্নদে লৈবাক্লে, বিধাতা জজ থিরুসি, বিক্রম জজগ য়া থর ডাডনগে নঙ তাও।

( পরশুরামবু পমথক্তুন চংপ হোই )

লৈ : মাডলেকো ইমাগি ইবুংঙে! পেল্লব্রা বিধাতা ; কুম্মৈ অসি নমিং থিংন য়েংজরো। সমাজ কিহুন লোম্ন চান্নরুবগি পো-লোইসে সমাজগি য়ায়েন কাতি পায়বশা! নমিং থিংন য়েংহোরো। নথোয়গি বিধাতা হায়বহুগি ময়ুম সমাজন, ধর্ম্ম পান্নব কাংবুন তাকপিব তাই।

( বিক্রমগি মতুং ইন্দুন চঙথি )

( অরোয়বগি মুখল )—

# Epilogue

## ( লীলাসি নুংঙাইন লোইনব হাপচিনব মচেৎ )

—(*)—

থম্বাঙ্গাও : ও! ইবেম্ম অমুক্ত ঙাইবিখোও, থাওদন মানবী তংথোংগী।

ইন্দ্রাণী : ও কনাগি খৈন কাংক্রম মফোংম্বাক্লো ? ঐ খেংখ্রে।

থ : লেংগে হায়বদি লেংবিখো ; তল মথক্ত তাব লডুগুম, শায়ব নাইত্রব রসগুল্লাগি পাউনে।

ই : রসগুল্লাবুদি হৈনৈয়ে ; য়োল্লিব্রাও কদায়!

থ : লম্বীদ কোইহা হাত্নন য়োনবত্থ নত্তেনে তথেল্লে।

ই : হৈমা, ঐখোয় ইপল ওইরে। ঐদি কনাগি রসগুল্লা য়োনবনো মতুম অচৌব অমত্ত চাগে খল্লুয়েদা ! কনাগি পাউনোনে ইপল ?

থ : বিক্রম জজগি ইমুং সনা ইবেম্মগি পাউনে।

ই : করি রা ওইরমগদগে ইপল ?

থ : ঐঙোন্দ চপ চাব রাদি তাক্লক্তে। ইপন্ন লম্নাই বুদ্ধি তৌবদি শোয়রোই রসগুল্লাগি রা মাল্লী।

ই : ম্বাইবেম্মবু রসগুল্লা য়োনফম ফয়ত্রনে ইপল।

থ: রসগুল্লা ফজখ্রব শাব হৈবী অম হন্দক লংকৈদগি পুবক্কে; য়োনবন স্নাইবেম্মন য়োনগদৌরিব, মশক উবদ তিন কুং-কুং য়োংপ ফজখ্রব জাংনি।

ই: ইপম্ন পুরকপ রসগুল্লাগি পাউসি তারগ থজাই হরাওব, তিন্ য়োংপদ নত্তন নিংদোলসি তিঙ্ তিঙ্ চোংইব করিনে'! ইপল ঐ ছুজিক হাসপিতালদ অনাব অমগি অমুক্ত চংলু-থিগে, পুং ১০ তাদ্রিইভে মমাঙদ য়োরক্নি হায়বিয়ু ইমাশিদা।

থ: ইবেম্মন ছুজিক হাসপিতালদ লেঙবিদৌরিবসিবু কয়া লুব রাফমগি ওইরবনো?

ই: ইপল, ঐগি প্রাণ ওইন তিন্নব মরূপ অম থাওন শোক্তুন নাত্থন লৈরিয়ে, ঐ হেক উদবদ চোইরোল-পারোল লোল্লম-দৌরবা—করিমত্ত সুংশা থীগনু, ঐ ননাক্ত লেঙদন লৈ হায়রম্মগ ঙসিদি ছু: হেক্ত হঞ্জরক্লগে রসগুল্লা য়োনকমদা।

থ: ঙাইখো, ইবেম্মগ প্রাণ ওইরিব মরূপতুবু ওঙ্গি শাগৈরা য়েংকি শাগৈরনে?

ই: ওঙ্গি শাগৈ, ঐগি প্রাণ ওইরিব মরূপপু ইপল য়েং নত্তন ওঙ্গ ওইব হৌনব্রাও?

থ: ঐন লাল্লে ইবেম্মা, থুংপু ওঙ্গ ঙাক্ত অনী পানব হৌনদে। ইবেম্মন হায়বিরিব প্রাণ বন্ধু অদুবু বিক্রম ত্রজ্ঞ্মি মচা ইবুংঙো রসগুল্লা মতুম অচৌংহুরাও?

ই: কদাইদগি চাউজরুগবনো ইপল, মানবুদি মাল্লে।

থ: অমন থাউদন মানবা অথোংপী, ছুজিকালগি অচাথাউসিন

মহাও খরদি রাংনে, মশক হন্দ্রবস্নু। অদুগ আজকালগি রসগুল্লাসিস্নু—

ই: য়াম য়াম্ন য়াল্লবনিদা ইপল মতম ওইরমানে।

থ: নাতৈদি চাথ্রেদা, তপ্না রসগুল্লাগ।

ই: কারগি তুবং নাতৈনোনে ইপল, থাবল চোংবীস্নু নত্তনা?

থ: লম ইগি রানি ইবেম্মা, ফজনি হায়বনি। ছুজিক হায়রিব রসগুল্লাগীদা নহাল হাসপিতালদগি ফরত্নুন পুথরক্লেনে ময়ুমদ বিক্রম জজগি।

ই: হৈমা, পুক্ষ ফরব্রনে ইপল?

থ: মশাদ ফবদ নত্তে, মাগি মীরোল রাংপস্নু ফরে, জ্ঞান য়াম্ন তাবেব্রো হবেম্মা। অনৌব মপোক অম ওইরবনে।

ই: থক্লিংব চ্যানংব থওলব্রনে ইপল? চাকপু পুখম ফান চারব্রাও? চেনব চোংব ভম্মব্রাও? ইপা হাংকে ইমা হাংকেকা হায়ব্রব্রাও? সিনেমা থিয়েটর থেংব চংনিংইদি হায়ব্রাও? ট্রাউজর উপ্পু, কোট শিংলু, নেকতাই পুল্লুকা য়াবব্রাও? সত্য মান ফেল্ট হেট অম পৈরপ উপ্তুন চংলগ চেপ্প য়েংলকপহুদি কাউব য়াপোৎ নত্তেকো।

( মথন্দ মুংঙাইহুন পংভাঙদ ভাভবহু তারম্বদৈ )

থ: ইবেম্মাগহু লোইবরবাদ ঐ অমুক্ তমজরগে? ( ইতপ তপ্প )

ই: পরপ পরপ তম্মুনে ইপল চথোম চাউন চাউন, ডাইব রাথ্রে নভাগি পাউদমহু।

থ: থবাক ময়াদ থাওভম থিত্তং সৈবদ মডাব্নরে, মশাহু বোক্সিং থিনব ভম্ম ফরে, চাক মথেল ফান চারে মফি মরোল অনানব

শেংলে, হায় কেরে, মীরোল তারে, মমা মপা লাইগুরুদ ব্যবহার কায়দ্রে ; ঐবু মান ভাওরিবৈদ পুন্দুন ফুথিব অভাংনিদো ।

ই : মদু রারোম্ন ইপল, মহাক মচিং লৈরিভৈদনিকো । জয় !

( খুরুমই শয় )

খ : ঐ করিমত্ত শাউজদে ইবেম্মদস্থ প্রাণ বন্ধুহুদস্থ । ঐন জুজিক মুংশা থীব হায়ববু, মমা মপাগস্থ মোক্ত তিন্নববনি, পাথওসি ফবদি পূষ্ফ ফরবদ মাগি লিংজেলদো মায়কৈ লান্নন চংথিদ্রা অসিনে ।

ই : পূষ্ফ ফরবদ মরিংজেলহু মায়কৈ লান্নন চংথিব হায়দে ?

খ : মফি য়াম্ন নান্সে মুংশা থীরে, মাগি মচা লম্বীদ লমথাংদ থেংনরুরগ থংন চৈনরকদ্রা হায়হুন ।

ই : ইপল মদুনি অকব, মমান মমান্নব য়েৎকি শাগৈ থেংনরুবদি লায় —মপান জজনি । ( মুংশা থী )

খ : মমা মপান মাগ মুংশিনব মতীক চাবী কনা কনা লৈবগে খিরকউ হায়রে । মহুদ ঐন থিবসে মণিপুর শাংলবনে ভসি নিনি হুমনিসিদা ।

ই : ইপলবু ভরাং নহাল ঐথে। য়হুরাইদ লাকপদি উদেদা ?

খ : রাহৈ হায়বহান, মফম পুন্নমক শুবদি ভম্পোং নত্তে । থিব মথৈ থিরগ খভদ্রেনহায় মুপীমচা !

ই : মফম ওম্নববদি কদায়দগি থিব কংদগেদো অহল । (শাউই)

খ : মহুদগিদি উপায় লৈরক্তুহুন মশাদ হংলেনহায় মুপীমচা ।

ই : অং অং, মশান করি হায়, হা ইপল ? পরপ পরপ হায়য়ুনে ।

থ : অহে হেম ; মতা অমনিনে ইবেম্মা মাম ইকাই থীরিবগু।

ই : হুজিকফাওব তাক্তি্রবা ? য়ৈহুন হংব য়াত্রাও ?

থ : তাক্তি তাক্তে হায়বব্ব স্নুম্ন তৌরে। মাগ ঐগ কা অমদ তুমিন্নৈ ওরাংহু ; মমডদ চোইরোল পংলোন্দ লোল্লক্লেনহায় মেম্মা কনানো অমগ য়ারী শারহুন। মদুগি মুপী মাগ মুংশিন য়ারী শারীহুবু —ঐবু কাউখ্রে, করিনো অম হায়দা মাগি মমিংদো।

ই : ক, খ, গ, ঘ, চ, ছ, প, ফ নকা হৌব মিংলাও ?

থ : নত্তে, অমত্ত নত্তে। অ : — —

ই : অদুদি হ্রস ই নকা হৌব্রাও ?

থ : মানি মানি হ্রস ইন হৌই গুপীমচা—। ইন্দ্রাণী হায়বনি। মসিগি মুপীমচাসি কদায়দ লৈ, ইবেম্ম নঙ খঙব্রাও ?

ই : মশক খঙই ঐ, কোম্ন তাকে, মান মঙদ ডাঙলকপ য়াদু মত্তেক অমত্ত তমখো হান্ন। ( উইহুন তায় )

থ : মহাক্ল লোনবহু করিনো— 'থরায়গি মবেম্মা, ইন্দ্রাণী, ঐন নঙবু হন্দক মপোকসিমগদি কাউব ঙম্মরোই। নত্তে, হন্দক মপোক্তদ নত্তে, নঙদি মপোক খুদিংদ ঐগি খম্মোইগি লাই-শঙদ ডান্দুন লৈরগদবা লাইরেম্নীনি।

( উইহুন ইন্দ্রাণীন তায়, মঙক হাই, মমডদ মুংক্তাইবন জগোয় থেকই, মুরুম মুরুম শোল্লী। )

মহুদগিদি—( ইন্দ্রাণী থংহুন মিকপ থোকই। )

ই : ( খংশিন্নদন ) অহুদগিদি মিকপ থোক্লগ মান করি হায়বগে ? অশেঙব তম্মুকো ইপল।

থ : মিকপ থোক্লগ তাইবভদদি তাকউ য়াদে ; ঐন মুংশিদহুন মমাশিজদ মুন্ডহু লীরুরে, মন্ডহু তাবদপিনি ইবেম্মবু কৌম হায়হুন থারকইবা—ইন্দ্রাণীগি মশক হংদোবগি ওইরমান্নে মেম্মা। মুপীসি মাগি থম্মোইদ ফন চেৎন য়েমহুন থম-খুমানেবো মেম্মা, তাইবভদ পুথোরকউ ইয়া য়াদে। শেল খিত্ত লোজহৌগে মমা মপাদগি—ঐভোন্দ মীশক্তু অমুক্ত তাকপিয়ুবা মেম্মা!

ই : ঐ তাক্কে ইপল, ইতুং ইল্লকউ। ( ইল্লি ) ভসিন ল্যাইরেল নোংজাদা! ( চৎন, কেন শকই )

থ : ভসিন লাইরেল নোংজাদা! ( খুমই )

ই : শাবীন শানৌ অনীমক! ( মস্তক চৎলি )

থ : শাবীন শানৌ অনীমক!

ই : থরায়বু মভা অনীদো!

থ : থরায়বু মভা অনীদো! মিগ থারগ!

ই : তরাদৈ অনী থোকইবদো!

থ : চাথুমবু অমদ পূল্লনি।

ই : ম্যাইদা ইকাইজৈ ইপল, লম্বীদ থাবল চোংলগ মীন ভাওই হায়নব।

থ : ইমোসিদি মী অমত্ত চৎপা উদে, উররম্ম উরম্মু। নত্তে মুপীমচাহু কনানো, নিপাহুগ অম্লক্ত য়া লোইনহনসে হায়বনে?

ই : ইপঙ্গ ঐগি মিংসি য়ুমদ মেম্ম কৌই, মুলদদি ইন্দ্রাণী কোয়ে।

থ : হৈয়ো, নঙ ওইরেকো মেম্মা, ঐমু মচিংনৈকো ওইরমগন্না হায়হুন। থীলমুহৃদি, চেন্দুন অমুক্ত উনরুরি খাউরন মানবী!

ই : খলগুল্লাঙ্কবু লৈহৌব্রাও?

থ : লৈহৌই কি ইস্তি ততুনা।

ই : ঐ মথোয়'দ চংলসি ইকায়জৈ, থোঙ্গান্দ লৈরমগে ; মগুগি নিপান্ত থর কীগোকপিবকউ। মমগুদ ঐবু মান পনবগি রাফ'নদব ম। (চৎমিমৈ হরাও হরগে) ঐ মথোয়গি হৌজংসিদ লোম্ব ফম্মমগে, ইপলন থর কৌথোক-পিবন্মু। মী অতৈদদি তাকপিরুনু, তৌব ওমই হাযখিনি ইকাইজৈ।

থ : মচীন চুম্মবদি ইবেম্মা, ফারগ হেক্ত চেনথোকো হোয়েল হুংদাং হোওনবা। ঐবু'দ কাউনুকো মেম্মা, ঐ খম্বাঞ্জাও তুতি হাযবতুন নপাবুংথোয় হাক্তক্তগি থবক আপ তৌজ-রক্লবনি, পৈক্সিন্দি পীযু য়াদ্রিব।

ই : হন্দক্তি পন্সিপ কাচা, মচীন তেক্লি, কালোম মুক্তাবী, চেঙফুদ চেঙ শোবী পীনি। (থম্বাঞ্জাও চঙথি।)

হে কামাখ্যা দেবী, ইমা ইবেম্মা! নিপাসিগি মচীন্দ চুম হনবিযু তাইবঙদ. ফিগে ফনেক ফজখ্রব অম কচ্চগে। (থুরুমই ভাবন) ইকাইজৈদ করি হায়ন রাহৌদগে, মান .হৌরক্লবদি ফৈককো ইম্নুক্তো থাংজীং। মুপী ঐন কৌথোক্লগ উনবসিবু চোপমল্লত্র কন্নিবো ঐসে থঙদ্রে! মুহোংলব মতুংদদি কাউমখ্রদৌব ভাক্তনি তৌববুদি। সত্য কৈনো মশক উক্লিরৈন নিংলোপ তিং তিং! অপাম্ব নিপাসিদি লৈহৈকব ভাখনি! উদ্রে রাম্ব. উদোম্রে রাম্ব!

( থম্'ঙ্গাওন পরশুবামদ মফম তাকই অদুগ মপা
কোথোক্লুন লোম্ন লুম্মগ ন্নান্নী শাবস্থ তাহল্লি।
ইন্দ্রাণীন মকোক রুমাল য়েৎলমই, ইকাইরম্মী )

পরশু : মেম্মা, মেমা! ইন্দ্রাণী, নঙবু কদ'য়দ লৈবগে?

ই : সিদ লৈজেন্নে, করিনো তাকপিগদব জব্‌ জর্‌ হেক্ত হ'বথ বিয়ো ; ঐদি করিমমত বেরা লৈজদেবে। হিদাক হাঙ্গু হাঞ্জনি, চুরুট লাল্লকউ লাঞ্জনি, তপ্ন চৎলু চচ্চনি, লমজেল চেনবদ তুং ইল্লু ইঞ্জনিয়ে।

প : ঙসি মরি মঙানি শুবে উদব, কদায়দ চৎলুরবগে? অরাম্নদ বনভোজন ৎৎলুব্রাও? কনা কনা চৎলুই? সুপীমচা ঙাক্ত।? নিপামচ'স্থু থর ম্নাওবিনিদা?

ই : কদায়দৈনো কৈস্থু চ'ত্তয়ে, যুমদগি হেন্দেয়ে বিদ্যাসাক্ষী। বনভোজনগি ভাবকা লৈজদে, হরাও তয়াম্ব চাকচা হৈজ্ঞানবদি থম্বিয়্ম, ঐদি অন ব ফক্রিফাও চাক চাবা অমত্ত চাজৈ, ঙাস্থু চাদে, য়েরুনস্থু চাদে। পাবুংন যাঙ কংলনি হায়ত্থুন ইস্থোক চৈথ্রপোৎলন। ঐদি ঙরাং ওস্তোকপ মঙ অম মঙই হায়ব, ঙম্মোই তাকও' ইকাইজৈ।

প : ঐস্থু ঙম্নাং অহিং নঙবু মঙদ উরমই। ইমানী নারক শিংলক চীং মান্দ শা তাল্লিবলি হায়ত্থুন চৎমিম্নৈ। নঙসি মঙদদি নথোনা কম্রেদা, অকিব করিমত থঙদে।

ই : তাইবঙদস্থু ঐদি কয়া কিগন্নে। মথাদি কমদোবা?

প : লমঙক অম ইমানীন হাংলি হায়ন তৌই। নঙন নথোর পাবুংগি রাইকল পার, ঐন ঐথোম্ন পাবুগি ম্নামহুন ইমাণী

উথোঙ অমদ ফমতুন ক্লাস্তগি চা হৈরগ থকমিল্লয়ে।
ইস সত্য, মঙদদি নঙসি ওস্থোক্ল মুংশিখ্রেদা মেম্মা।

ই: অদুবু তাইবঙদদি ইমুং মুংশিত্রাও ? হায়রো, হায়রো হায়মি।

প: তাইবঙদস্মু মুংশিয়ে মুংশিববুদি। অতুগ মঙগিতুদি য়ৌনি থাজদে। মথাতুদি ঐ তাক্লরোই ইকাইবে।

ই: তাইবঙদবু কয়া য়াম্ল মঙগি মুংশবতু লেমহৌরিবগে, নখুংন অমুক্তদি তস্মু কৈদোগে রসগুল্লা মতুম।

প: এস পি গি মচা ওইগে ওইজৌ, নঙবু চেনবদ মোংমৈন তন্নহন কাপকে কাপচরকউ—হিংলিমথৈদি নখুংত পায়তুন চন্নবমুক মুংশিং।

ই: খুংয়েত্ত পায়বিগদ্রা ওইদ পায়বিগদ্রা চোংবিনিংলিব থাবল, লাইবেল মথেক পুবিনিংলিবসিবো—তরত রত!

প: ঙাইথো, নঙগি মঙদো অমুক্ত তাগে।

ই: ঐগি মঙসি নঙ্গোন্দ তত্ব ফবিদ্রা ফরিয়োইদ্রা থঙদ্রে, নঙসি যোম লৈবাক্ত চৎলিবনি হায়তুন পংচত্ত চৎখি, নারক শিংলক, লস্মাং তুহাং থঙদে, ঐন ঙাইথো হায়তুন থাম্বসি সুকয়া য়াদবনে ওস্থোক্ল শাউনিংখ্রে হায়ব মঙদ।

প: অতুদৈ কমদোবা ?

ই: কাম্লপোৎ মত্তে হায়তুন ঐন তাম্লতুন নখুংত ফারে। অদুগ চিংতুন য়ুস্মোমদ লাকমিল্লরগ—লম্বোদ কনানো রুমাল অরাংব মুগাগি য়েৎপী অমন ঐঙোন্নাগ মুন্দুন পুখ্রে, ঐন কপ কপ্পুন লৈহৌবা। (কপাশিন্নৈ।)

পর : নঙবু হুজেরুম্মগ অমতুম ঐবু অতুম পুথিব্রাও?

ই : পুথিবনিনে, ঐন কপ কপ্পুন কৌবনু তাথিবপোৎ নত্তে অমতুগি মমাঙদ। (কপই)

প : মদু মঙগি য়ানি, ঐ নঙবু তাইবঙদ থক থাদোকওই। কপকনু তোক্লে ইন্দ্রাণী।

ই : ভম্মোই কৈস্নু থাজদে, নঙ য়াম্ন চেনগল্লি ইবুংঙো।

প : মঙদবু চেনবান, তাইবঙদ চেনব নিপা নত্তে নঙনবু চেন হল্লিংদ্রবদি।

ই : ভম্মোই কৈস্নু, রাশকউ থাজদে।

প : ইপান পোকপ অশেঙব ওইরবদি, লমজা নত্রবদি ঐ নঙধু থাদোকওই ইপাগি মায় ঙাক্তুন।

ই : অহল লম্মর হায়ব ইল্লনি, ইপা ইমাগ য়েংথীনরমোই হায়তুন রাশকউ।

প : ঐ ইপা ইমা মামনচিংব পুন্নমক্ত থুরুম্মে, ইরাল ঙাকপরে, ঐ অমোব মপোক অম ওইরবনি ইন্দ্রাণী; লমংেনব লমজাতুদি ঐন হাংখ্রে, লৈত্রে। ঐ বিক্রম জজন লৈবাকমচা তানব য়োক্লব পাখঙ অমান, নঙম চোপই হায়ন থনব থবক অমত্ত তোররোই—হুমিং থান সাক্ষী ওইসনু রাশক্রবনি।

ই : নথুঙু কদায়। (মথুং শায়) হুজিকমক চেল্লসি লাকও নঙগি মঙগি লৈবাক্তু য়ৌনব।

প : হায়, হুজিক অমুকপো?

ই : অমুক হায়ব লৈত্রাও? ইমাজিন রামরগ লোইরে।

পা: চেনবদি মীদ ওক্তে হায়রোইদ্রাও ? অহল লময়দ হায়নহন্নে।

ই: অহল লময়ন্ন পীনক্লগ হোউবহুদি তাইবগি মহুংগাইলে, মগি স্বর্গন্ মোপোং নওরে। নথোয়' পাবুংগ ঐখোয়' পাবুংগন্ মরুপ্নি, ইমানা লোন লৈনবদ খেন্না লৈদোব নত্তে, অদুদি নিপা মুপী থোক্ল চেনবগি, লোংপগি, শা আনবগি মুংগাইবনু মহাও খেংহৌদব য়াব্রাও ?

প: মদুবুদি চুমই। ঐখোয়' পাবুংন পুলিশ মন্নাম থাহুন মরাইন থিজরকনি। তরাংনিমুক্তি থিব থওহনমুসি চংসি।

ই: অদানিদ পেনপোং নত্তে ইবুংগো, থা অম পুরা মাডমিন্ন-গদবনে। চংসি লাকও।

প: নডগি গাড়ীসি কদায়দ থনমসিপে ? বস্তু তোংথিবন মুংগাইনি।

ই: ইপল থম্বাঞ্জাওদ লৌজরো হায়হুন, পিথোক্লম্মগে ?

থ: কদায়নো ইবেম্ম লৌজহৌরগে। ( চেঙ্কোরকই।)

ই: গাড়াসি লৌজরো ইপল, ঐখোয়নি চেনখ্রে হায়ব পাউ, অসি পাবুংদ মুমিং তাবহুরাইদ তাকপিয়ুকো।

( বিক্রম্ম তাশিন্নদনহন্দোক্লগ অরাপ্পদৈ কৌরকই।)

বি: নিপামচা। নথোয়বু নথোউন কদায়দনো ?

প: মরূপ মপাং মরাইবক থীবশিং থর উন্নরুগে তৌবনি পাবুং।

বি: করিগি নথোউন চংকদ্দি, ঐগি কারদ তোংথো। খেংউ রা হায়গে, নডগি মরূপ মপাং, নডগ হান্ন তিন্নরশিংদো মান মান হৈনব থবক অমমম পীরনি হায়য়ু। মহৈ

তমর্থনিংবেন মতীক চাব স্কুল অমস্নুং ওআগি থৌরাং, খুৎশা হৈবদ খওদে—মান মান পাম্বহ্ শিনবিরগনি। মতুংদদি ওক্তব মরম অমত্ত তৌরম্নুসি হায়রুকো।

প: পাবুং।

বি: হুজিক্ক নখোয়নি কদায়দ চংকে হায়বা ?

ই: সুম হয়া চাব চংলুগে তৌবনি পাবুং।

বি: নখোওন চংথিন্নু, ঐগি কারহ্ তোংখো, চংলো চংলো পংকুইদি কুইরক্কনু হায়।

ই: কুইরোই পাবুং, (লোয়) থামুক্কনি।

(চংমিয়থি হরাও হরাও মথুং শয়হুন)

বি: তা খম্বাল, মখোয়নিসি চেনখ্রব হায়রহ্ নত্রা ?

খ: মানি অজ্ঞা, চেনখ্রবনি।

বি: অদুদি মপাদু কৌরু, লুহোওনব পোং-চৈ লাওদব য়াদে।। পরপ পরপ চংলি, মমাদ তম্বীরুসি।

খ: লুহোওববু হুমিং তম্ব য়ারোইদৌরি, থা অম চেননি হায়রিদ !

বি: মপা পুলিশ সাহেবন মরাইন কাজরুনি, ঐখোয়গি থৌরাওদ লোইবা ... রে।

(চংমিয়খি।)




(... লোই)